**ECHADO MARAL LEITABANI**

*(A Collection of Manipuri Very Short Stories*
*by* ***Waikhom Manglem****)*



অকোঙবী ঃ রাইখোম ওংবী মণিলেমা দেবী
পেলেস্ট কম্পাউন্দ, ইম্ফাল

থুংলম ঃ অহানবা, ইং ২০০৯

কোপী মশীং ঃ ১০০০ (লীশিং অমা)

হক ঃ অইবগী

মমল ঃ লুপা

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

# কচ্চবা

তাইবং মপুনা পীরকপা
তাইবং শীঙ্বা লোইদুনা
মপুগী লৈকোন্দা
শীংঙেল লৈশাং তমখ্রবী
ইচেগী মফমদা কচ্চবি
নৌপ্পানা হৈত হৈত ইজবা
ৱারীমচাগী লাইরিক
ইচাদো মরাল লৈতবনি।

Where there is love
there is no enemy.

Where there is love
there is peace.

Hurt never help ever.

Believe God and
respect others religion.

Aum Sai Ram

# ৱামাঙ য়ানবা

ৱাইখোম মংলেমগী **ইচাদো মরাল লৈতবনি** হায়বা ৱারীমচা য়াঙ্খেমঙানা পূনশিল্লগা লাইরিক অমা শেমগৎপা লাইরিকনি। কুপ্পা পাজবা ফংবদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা পোকই। হন্দক পুথোরক্লীবা লাইরিকসিনা মহাক্কী মরিশুবা খুদোলনি, মমাঙদা লাইরিক অহুম পুথোকখ্রে। তৌবদি মমাঙদা পুথোকখিবা লাইরিক অহুম অদুদি ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিক ঙাক্তনি। হন্দক্কীসিনা ৱারেংগী শরুক্তা অহানবনি। ইবগী লমদা চাউরাকপা মশক তাকপা য়ারবা ৱাইখোম মংলেমনি হায়বদা থোইনা কায়ররোই, মরমদি সাহিত্যদা লাইরিক মরি খুদোল তম্লকপা হায়বসি ঈঙ্খোকফম থোকত্রে। চাউরাকপা অইবসিবু মশক তাকপা য়াবগী তাঞ্জা অমসু মতাং অসিদা লৌফম থোকই খঞ্জরগা অইবরু খরদং শক তাকচগে. অইবসি অঙাং ওইরিঙৈদগী ইবা-খোৎপা, জর্নেলদা নত্রগা লোকেল পেপরশিংদা কমেন্টকা পীজবা ওইনা হৌরকপদগী হেন্দোক্তনা এ.আই.আর ইম্ফালগী এপ্রুফ লিরিক্কীস অমনি অদুগা চহী খরগী মমাঙদা ওদিও কেসেৎ তনীখকসু পুথোক্তুনা ঈশৈ ইবা অমনি হায়বসি শকতাকখ্রবা ৱাইখোম মংলেমনি পনবা য়াই।

মথক্কী হন্দক পুথোরক্লীবা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিদা মপুং ওইনা থম্লীবা মীৎয়েংদি পাউতাক পীবনি অদুগা তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংলোমদা ৱারী শেমগত্নুনা মখল মথেলগী ৱারী য়াঙ্খেমঙা অসিবু খোমজিন্দুনা পুথোকইবা লাইরিকসি অপাবা মীপুম খুদিংদা থম্বা ৱাখল্লোনদি চৎহৈদবা লমচৎ, তৌহৈদবা খবক অমদি অশেংবা অচুম্বা তৌবা হায়বসিগী খেন্নবা অদুনা করি ওইবগে হায়বদু তাক্লবা হোৎনবনি। পুথোরকইবা মখল অমগী লাইরিকনি পাউতাক্কী ওইবদদি অহান্বা লাইরিক অমনি'

ৱারীমচা য়াঙ্খেমঙা পূন্না শেমগৎলিবা লাইরিক অসি পাবদা নুংঙাই, লোন চম্না ইবা ৱারীমচা ঙাক্তনি। পাবদা অপনবা থোক্তে, তশেংনমক ৱারীমচাগী

মশক লেপ্পবুদি ফুঙ্গা ৱারী হায়বনা লাইরিক অসিগী মশক থোকপা হেনগনি নীংই। অইবা ৱাইখোম মংলেমনা হৌজিক মতমগী মীওই অয়াম্ববু মোরেল ইয়াও য়াওরক্তবগী নুংঙাইতবা অমদি হৌগৎলক্লীবা অঙাংশিগী চৎন লোনচৎ, ৱাঙাঙ শঙাঙ অমদি মহৈ মশীং তম্বদা মখোয়না ওইরিবা পুন্সিগী মশক অসিবু নুংঙাইতবা অমা পোকপগা লোইননা, মখোয়গীদমক ইবা ওইনা তৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিনা পাউতাক ওইরগা অফবা, অহেনবা, মরৌশিং পীদুনা কান্নবা খরা ফংবা ঙম্লগদি অইবসিনা হোৎনরিবা অসি মহৈ য়াক্লে হায়না লৌবা তাই। মরমদি অইবগী থম্মোয়দা ফাওখিবা ঈস্বলগী অনীংবা অপাম্বদু লাইরিক ওইনা পুথোরকপদা মীয়াম্না লাইরিক অসি পারুরগা ফৈনে হায়বগী ফিদা অমদি লৈরে হায়বসিনা অহানবা মীৎয়েংসু থম্লবনি। নাকল অমরোমদা লমচৎ শাজৎকী মপুং ওইনা চৎপা মখলগী লাইরিক পুথোরকপা অসি মশীং লিক্কা ইরমদমসিগীদি লৈরি, পুথোরকবু ইথেং থেংনদে অদুনা অইবা ৱাইখোম মংলেমবু সাহিত্যগী লৈচলদা মোরেল লেসন পীব অইবা অমা পনবা তারক্লবদি খূৎ থেকপা য়াগদৌরি হায়বসিনি।

লাইরিক অসিদা অইবগী লোন শীজিন্নবদা নুংঙাইতবা অমদি তৎখিবা মানবা লোন্দা খরা থেংনরবসু লাইরিক অসি মশক থোক্তবদি নত্তে। অরোইবদা অইবা অমা ওইনা খোঙদাবক্লীবা ৱাইখোম মংলেমবু মতম কুইনা সাহিত্যগী সেবা তৌবা ঙম্বসু ওইসনু হায়না মপুগী মফমদা ঐনসু থৌনিজরি।

ইম্ফাল মুতুৱা তোম্বা

২২/৮/২০০৯ ইং

M

# ৱাহৈ খরদং

ঐনা পুথোকচরিবা ৱারীমচাগী লাইরিক অসি অশুম্না লাইরিক ওইনা পুথোকপা ঙমগনি হায়বা কৈদৌনুংদা থাজরুদে। ওঝা গুরু কয়াগী মমাঙদা ঐনা ইজবা ৱারীমচাশিংদু লাইরিক ওইনা পুথোকপা য়াম্না কিজরম্মী। অদুবু পামজদুনা ইখিবা কয়া অরেম্বদা তাদুনা লৈবদা নুংঙাইতবা অমদি অদুম ফাওই। হন্দক ঐগী অহুমশুবা ঈশৈগী লাইরিক ওইনা পুথোকচরিবা "সুরগী লৈচল" অসি নম্বগী অরোইবা প্রুফ ককপা লোইরকপগী অদুৱাইদা ঐগী ৱারীমচাশিংদু লাইরিক ওইনা পুথোক্লীংবগী ৱাখল অমা ফাওরক্লম্মী। খঙহৌদনা পুক্লীংদা ফাওরকখিবা ৱাখলদু থবক ওইনা পাংথোক্লগে খন্না লময়ানবা প্রিন্টর্সকী মরুওইবা থৌদাং পুবীরিবা ইনাও ইবুংঙো মঙ্গীদা ঐগী ৱারীমচাগী লাইরিক অমসু নম্বগী অপাম্বা ফোংদোক্লুই। মতমদুদা মখোয়গী থবক য়াম্না লৈবা মরম্না অথুবগী ওইনদি ঙমগদবা মান্দে হায়বীরকখি। অদুবু তৌবীদবা য়াদে হায়জবদগী মাসু লৈথোকপা ঙমদবদগী হোয় নম্লসি, ময়েক্তুম খরা থুনা পীবীরক্লো হায়বীরকই। অশুম্না ঐগী ৱারীমচাগী লাইরিক নম্বগী ৱা লেপ্লখি। হায়নখিবগী মতুং ইন্না ৱারীমচাশিং ইরগা থমখিবা কয়াদু থিরুবদা অয়াম্বনা লৈরমদ্রে। মসিনি ঐগী য়াম্না মওং তাদবা থবক। পামজবনিনা ইবদি লেপ্তে, চেবাং অমবু ফংলবদি ঈশৈ নৎত্রগা ৱারীমচা ইদুনা পংথমদা থমজিনবা অসিনি। ৱারীশিংদু থিবদা থবক অমা ওইখি। থেংনবা খরা পীশিনখ্রবা মতুংদা অতৈদি থিবা ফংদবদগী নৌনা অমুক ইবা তাখি। নম্বসু হৌজিল্লু লাইরিকসু মপুং ফাদ ঐ য়াম্না মথা শাখি। ঐনা হান্না ইখিবা ৱারীমচা কয়া নীংশিংলগা ইনৌ নৌনা অমুক ইনবা হোৎনখি। মতমদো ঐ ইশাগী থবক চিনবগী মথক্তা অদুক্কী মতিক চিনবা মতমনি। ঐহাক লাইরিক ইবগী মতম কায়থোকপা ঙম্লমদে। তৌশিল্লুবা থবক্লীনা মপুং ফানা তৌদবসু য়াদ, ঐ য়াম্না মথা শাখি। অসুম্না মতম ঙাইহাক ফংবদা ৱারীমচা খর অমুক ইদুনা পীশিনখি। মদুনসু লাইরিক মপুং ফাবা ঙম্লমদে। ঐবু করিনুংগী

তৌরুরবনো হায়না খল্লকখি। তৌফম খণ্ডলমদে, ইবসু ঙম্নমদে, ৱাখলসু থোক্তে।

মরু ওইনা ঐনা শাগৎচখিবা ৱারীশিং অসি লমচৎ শাজৎকী ওইবা মওংদনি। মসিনা নৌনা হৌগৎলক্লীবা নহারোলশিংদা অফ-ফত্তগী পাউজেল খরদং ওইরবসু পীজবা ঙমগদ্রা খন্না পুথোকচবা লাইরিক্লী। তশেংনা ঐ খণ্ড-হৈরে হায়দুনা ইজবা নৎচদে। পামজবা ৱাখলনা লমজিংদুনা ইখিবা ৱারীমচানি। হোবে-হোবে তৌবা হায়বসিদবু মওং ইতা তাদবা মহৌশানি। হৈগা-হৈত্রে, খণ্ডগ-খণ্ডদ্রে, শিন্দম্নগা ওইরে, মওং ইতা তারমগদবা মান্দে। অদুবু পাবীরিবা ওঝা-গুরু, অখণ্ড-অহৈ অমদি নহারোল ইচিন-ইনাও কয়ানা ঐগী লাইরিকসিদা অশোয়বা অরানবা য়াওরম্লবসু ঙাকপীগনি অমদি পূক্লিং লৌশিং ওইনবা পাউতাক কয়া পীবীরকপদা হরাওনা লৌজগনি।

ঐনা ঙসি মীয়ামদা খুদোল তমজরিবা ৱারীমচাগী লাইরিক অসি অথুবা মতমদা পুথোক্লবা হোৎনবদা য়াম্না চাওনা মতেং পাংবীখিবা মীশক খরদং পঞ্জবা তারবদি মীয়াম্না মশক খণ্ডনরবা অইবা অমা ওইনা ফাওগৎলক্লিবা লম কয়াদা খূৎ থারিবা এৱার্ড কয়াসু ফংবীখ্রবা মুতুৱা তোম্বা অমদি লময়ানবা প্রিন্টর্সগী মপুং ওইনা থৌ পুবীরিবা তাওরেম মঙ্গী মখোয় অনীনা চাওনা মতেং পাংবীখি। অদুগা লাইরিক অসিবু য়াম্না থুনা পুথোক্লবা হোৎনবদা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী ইচিন-ইনাওশিংনা শোয়বা য়াদে খন্না থৱাই হকচাং য়াওনা হোৎনবীখি। মখোয় খ্বাইগী শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জরে।

অদুগা ঐগী ইথৌ চিনবা মরম্না থেংখাং কয়া পোক্লা মচিৎ-মচিৎ পীদুনা খুদোংচাদবা পোকহনখিবা অদুগীদমক্তা ঙাকপীগনি। অরোইবদা ঐনা থমজনীংবা ৱাফমদি ঐনা হৈত্রবসু হৈতনা অখণ্ড-অহৈ, ওঝা-গুরু কয়াগী মতুং ইনবা ঙমজরিবসি ঐগী ইমুং মনুংগী মীশিংগী অচৌবা মতেংদগীনি হায়না থমজনীংই।

ইম্ফাল

১৯/৮/২০০৯ ইং

অইবা

M

# য়াওফম তাকপা

M

# শ্রীনিৱাসগী পূকচেল শেংদবা

মতম কুইরবগী মমাঙদা পালর তুরেলগী মপান্দা শঙ্গোম য়োনবা নুপা অমা লৈরম্মী। মাগী মমিং শ্রীনিৱাস কৌরম্মী। মহাক নুমিৎ খুদিংগী কৈথেলদা শঙ্গোম য়োনবা চৎলি। মাগী শঙ্গোম য়াম্না শেংই। শঙ্গোম লৌবা মীনা মাগী শঙ্গোম ফবগীদমক য়াম্না থাগৎনরম্মী। মতমদুদা মাগী শঙ্গোম য়াম্না মরাং কায়রমদে। শ্রীনিৱাস হিংনবা হোৎনবদা মা য়াম্না কন্না থবক শুরম্মী। নোংমা মাগী মবাই মাগী য়ুমদা কোয়রক্লম্মী। মহাক য়াম্না হৈথোই শিংথোয়না লৌনম চাওবা মীনি। মহাক্না শ্রীনিৱাসতা হায়রম্মী, "নঙ শঙ্গোমদা ঈশিং য়ান্দ্রিবা করিগীনো? মী খুদিংমক লোইনা তৌনরিবা ঙাক্কনি। মনা মেন্দুনা মরৈ চিক্লুনা খাঙলগা শ্রীনিৱাসনা খুমলকই, "নত্তে, নত্তে ঐ কৈদৌঙৈদসু পূকচেল শেংদবা মী ওইবা ঙম্লোই। ঐ মদু কৈদৌঙৈদসু তৌবা পামদে।" মবাইদুনা মাবু ভাব তানবা হোৎনরম্মী, "হে ইশেন ইবুংঙো মসি তৌবা পাপ নত্তেনে। মসে শেল হেন্না তান্নবগী লম্বী অমনি। নঙ শেল য়াম্না তাল্লবদি নঙগী ইমুং মনুংসু হেন্না নুংঙাইবা ফংগনি।" "অদু ওইরবদি ঐসু শারি শেংপা ঙম্লগনি, অঙাংশিংসু শঙ্গোম ক্ষির চারনি অদুগা মখোয়গী অপাম্বা কয়াসু মনীং থুংহনবা ঙম্লগনি" অশুম্না মাগী নুপীনা মবুংগী ৱাদু তাবিনবা ৱাপাংলম্মী।

শ্রীনিৱাস মখোয়গী ৱাখল্লোন্দু য়াব তারম্মী অমসুং শেল তান্নবগী অনৌবা মওংদা থবক তৌরগে হায়না লেপ্লম্মী। মাসু শঙ্গোমদা ঈশিং য়ানবা হৌরে। মা হান্নদি শঙ্গোমদা ঈশিং য়ান্দবনি অদুবু হৌজিক্তি মহাক ঈশিং য়ানবা হৌরে। মাগী শঙ্গোম লৌবা মীশিংদু মসিগীদমক্তা থোইনা খল্লুদে মহৌশাগুম অদুম খল্লি। মসি তশেংবদি মানা মবুকচেল শেংনা থবক তৌরম্বগী মহৈনি।

শ্রীনিৱাস মাগী শেল তানবা হেনগৎলক্লে। হৌজিক মহাক শেল পায়বা মী অমা ওইরক্লে। নোংমা মাগী নুপীনা সহর মনাক্তা লৈবা কৈথেলদগী মখোয় ময়ামগী ফিরোল লৈরক্লবা হায়রম্মী। মহাক শঙ্গোম য়োনবা লোইদুনা মতু-মচাগী ফি-রোল লৈনবা কৈথেলদা চৎলম্মী। খরা চৎলবা মতুংদা মহাক মবুক য়াম্না লাম্লম্মী। মহাক্না

খল্লম্মী, চাক চাদ্রিঙৈ মমাঙদা মনাক্তা চেনবা পালর তুরেলদা ইরুজখোক্কে খন্না মাগী ফিরোল অমদি শেল য়াওবা বেগ অদু শাফগাদবা মফম অমদা থল্লগা ইরুজবা চৎলম্মী। মানা ইরুজবা লোইদুনা কারক্লগা অচা অথক পুখোক্লুনা উখোংদুদা চারম্মী অদুগা ঙাইহাক পোত্থারম্মী। ঙাইহাক পোত্থারগা চৎকে তৌবা মতমদা মাগী শেল য়াওবা বেগতু লৈরমদবা থেংনখি। খুদক্তুদা য়োং অমা উ মথক্তা লৈবা উরম্মী। য়োংদুনা মাগী বেগ অদু পায়বা উরম্মী। শ্রীনিৱাসনা মাগী পোত্তু ফংননবা য়োংদুদা নুং লংদুনা হোৎনরম্মী। য়োংদুসু মখুৎ হনবা ওইনা মঙোন্দা পৈশাশিংদু লংলক্লম্মী। পৈশাশিংদু লৈমাইদা চোয়না তারম্মী। পৈশা কয়া অমসু তুরেলদা তাখিরম্মী। উপাই অমা তৌদুনা পৈশাশিংদু লৈমাইদগী খুনগৎলম্মী। অদুবু তুরেলদা তাখিবা পৈশাশিংদুদি মানা খুনবা ঙমলমদে। মানা মাগী খুনগৎলবা পৈশাশিংদু মশীং থিরম্মী। মদু মাগী অপুনবা শেনফমগী তঙ্খাই অমখক ওইরম্মী। শ্রীনিৱাস য়াম্না কপলম্মী তৌইগুম্বসুং মহাক লেমহৌরিবা শেনফমদু পেনফম থোকপনি। মাগী মচাশিংগী ফি-রোল লৈবা ঙম্নরোই হায়বা মা খঙলে। মহাক ভাব তারক্লে। ঈশিংদগী তানবা শেল ঈশিংদা লুপখিবনি হায়না। মসি ঈশ্বরনা তম্বীবা পরানি মবুক শেংনবগীদমক। মদুদগী মা ৱাশক্লুনা অসিগুম্বা পূকচেল শেংদবা থবক অমুক হন্না তৌররোই হায়না খনখি।

M

N.B.: *ৱারীসিদা ঐখোয়না খঙবা ঙমলে মদুদি পূকচেল শেংবা হায়বসিনা খ্বাইদগী ফবা নিতিনি।*

# চখাওদা ফত্তবা লাই

চহী কয়াগী মমাঙদা খুঙ্গং অমদা মার্রি কৌবা নুপা মচা অমা লৈরম্মী। মাগী মমা মপা অনীমক মানা অঙাং ওইরিঙৈদা লৈখিদ্রে। মানা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা খুঙ্গংগী মীশিংনা চানা থক্নবা অমদি তুমফম পীরম্মী। তৌইগুম্বসুং মানা পাখং ফারক্নবা মতমদা মীশিংনা মাগী চান্নবা অমদি লৈফম পীব তোক্রম্মী। মঙোন্দা পীতৎ পাতৎপা পূ-পাং শুদ্রবা হায়দুনা বা ঙাওবা হৌরক্লে।

নহাদো মখোয়গী বাঙাঙ তাবদা তানীংলকত্রে। মহাক মশামক অহাংবা মফম অমদা শঙ অমা শাদুনা লৈরে। মহাক নুমিৎ চুপ্পা লবুক্তা থবক শুদুনা লৈরম্মী। মহাক খুঙ্গংগী মীগা মরী অমতা লৈনদ্রে। নোংমা য়াম্না কীনিংঙাই ওইরবা হিংচাবা অমা খুঙ্গং অদুদা লাক্রম্মী। খুঙ্গংগী মী পুম্বা মীপাইনরম্মী। নুমিৎ হেক তাবগা মহাক খুঙ্গংদুদা চঙলক্লগা শা-ঙা কয়া চারম্মী। খুঙ্গংগী মীয়াম্না হিংচাবদু কদায়দা লৈবগে হায়বা য়াম্না খঙনিংলম্মী। মমৈথংদা হিংচাবদুগী লৈফম খঙবা ঙম্লম্মী।

নোংমা খুঙ্গংগী মীয়াম হুপ্তুনা লৈজবা খূৎশু খূৎলাই পায়দুনা হিংচাবদুদা লান্দারম্মী। তৌইগুম্বসুং হিংচাবদু মফম অদুদগী নাম্থোক্তুনা চেনখিরম্মী। নীংবা কায়না প্রজাশিংদু ময়ূম ময়ূমদা হল্লকলম্মী। মথংগী নুমিত্তা মহাক অমুক শা চাবা লাক্রম্মী। খুঙ্গংগী মথৌনা লৈবা মী থরনা মাবু ফারম্মী তৌইগুম্বসুং মহাক নাম্থোক্তুনা চেনখিরম্মী। হন্দকমুক্তি খুঙ্গংগী মীয়াম্না মাবু হাৎনবা খন্নরে। মীয়াম পুম্বা মাবু ফান্নবা মানা চেনখিবা মায়কৈদা তান্নরম্মী। খুদক্তুদা হিংচাবদুনা মার্রিগী শঙদু উরম্মী। মানা মফমদু লোৎপগী খুদোংচাবা মফমনি হায়না খল্লম্মী। মানা মার্রিদা মতেং পাংবীনবা হায়জরম্মী। "চানবীদুনা ঐবু খুঙ্গংগী মীয়ামদগী অমুক্তদি কনবীয়ু। মখোয়না ঐবু ফংখ্রবদি ঐবু শোয়দনা হাৎখ্রগনি।" খুঙ্গংগী মীয়াম্না মাবু ইকায়বা পীখিবগীদমক মার্রিনা হিংচাবদুগী মতেং পাংলগে হায়না খল্লম্মী।

হিংচাবদুনা হয়িং ওল্লগা মাগী হকচাং মনুংদা লোৎকে হায়বদু য়াবীরম্মী। হিংচাবদুনা হয়িং ওল্লগা মর্রিগী খনাওদগী চখাও তান্না চঙলম্মী। খুঙ্গংগী মীয়াম্না

লাক্লগা মার্রিদা হিংচাবদুগী মরমদা হংলম্মী। মার্রিনা খঙদে হায়না খুম্লম্মী। খুঙ্গংগী মীয়াম্না চৎখ্রবা মতুংদা মার্রিনা হিংচাবদু চাকখাওদগী মপান্দা থোরক্লবা হায়রম্মী। অদুবু হিংচাবদুনা য়ারমদে, মফমদু মাগী শাফগদবা লৈবা নুংঙাইবা মরমনা মহাক মফমদুদগী থোরকপা পামলমদে। হৌজিক মার্রি অৱাবা অমা ওইরক্লে। মানা খুঙ্গংগী জাদুগর অমদা মাগী অৱাবদু কোক্লবা ৱা তান্নরম্মী। তৌইগুমসুং জাদুগরদু য়াম্না শাওরম্মী মরমদি মানা খুঙ্গংগী মীয়ামগী মায়োক্তা থবক তৌবগীদমক। মার্রিনা খুঞ্জাশিংদা মাবু ঙাকপীনবা হায়জরম্মী অমদি অমুক হন্না তৌজরবোই হায়দুনা ৱাশক্লম্মী। মাগী ৱাদু য়াবীদুনা জাদুগরদুনা হিদাক ওইবা মনা খরা মার্রিদা পীরম্মী। মার্রিনা মনাশিং অদু চারম্মী। খুদক্তুদা হিংচাবদু চখাও মনুংদা শিরম্মী। অদুগা মার্রিনা হিংচাবদুগী অশিবা হকচাংদু মপান্দা ওথোক্লম্মী। অদুদগী খুঞ্জাশিং অদু ইং-তপ্না নুংঙাই য়াইফনা লৈবা ফংজরম্মী। অদুগা মার্রিসু মখোয় ময়ামগা পুন্না লৈমিন্নবা য়ারম্মী।

M

N.B. ঃ *ফত্তবা থবক তৌবনা অৱাফমদা তাই হায়বসে ঐখোয় খুদিংমক খঙগদবনি।*

# সেন্দ্রাংগী হৱায় মরু অমা

মফম অমদা সেন্দ্রাং অমা লৈরম্মী। নোংমগী নুমিৎনি, মানা মফম অমদগী হৱায় মরু অমা ফংলম্মী। মানা মিল তান্না পাইরম্মী অদুগা মিলদা হৱায় মকুদু খোকপীনবা হায়জরম্মী। অদুবু খঙহৌদনা মাগী হৱায় মরুদু মিলগী মনুংদা তাখিরম্মী। সেন্দ্রাংনা মাগী হৱায় মরুদু পীবীরক্নবা হায়জরম্মী অদুবু মিলদুনা খুন্নকই, "চৎলু অদুগা উশুবদুদা ঐবু খাইদৎলগা মরুদু ফংনবা তৌবীয়ু হায়জৌ।"

সেন্দ্রাংদু উশুবা অদুগী মনাক্তা চৎলম্মী অদুগা মিলদু খাইদোক্নবা হায়জরম্মী। অদুবু উশুবা অদু অতোপ্পা মীগী থবক শুদুনা লৈরম্মী। মরম অদুনা সেন্দ্রাংদুনা মঙোন্দা হায়জবা অদু মানা পূক্নীং চঙলমদে। অদুদগী সেন্দ্রাংদু নিংথৌগী মনাক তান্না চৎলম্মী।

নিংথৌদুসু মাগী মন্ত্রিশিংগা ৱারী শাবদা মথৌ চিল্লম্মী। সেন্দ্রাংদুনা নিংথৌদা মিলদুদা হায়রগা মাগী হরায়দু লৌথোকপীনবা হায়জরম্মী। অদুবু নিংথৌদুনসু মাগী ৱাদু থৌশাবীরমদে। অদুদগী মানা অমুক মহারানীগী মনাক্তা চেল্লম্মী। মতমদুদা মীনাইনুবী অমনা সনাগী শমজেৎ অমা পায়দুনা শমচেৎ হাৎপীরম্মী। মহারানীনা শেন্দ্রাংদুদা হায়রম্মী, "নঙ মদুগী হৱায় মরুদু কাওথোকলো, ঐ নঙোন্দা মুক্তা খরা হৱায়দুগী মহুৎ পীরগে।"

শেন্দ্রাংদুনা খল্লি, মুক্তাদু মাগীদমক্তদি কান্নদবা পোৎনি, চাবসু য়াদবা পোৎনি। অশুম্না মথংদা মানা অমুক লিলগী মনাক্তা পাইদুনা মহারানীবু চিক্নবা হায়জরম্মী। অদুবু লিনদুনসু মাগী ৱাদু থওইনা তাবীরমদে। অদুগা মহাক্না শেন্দ্রাংদু মফমদু থাদোক্নুনা চৎত্রবদি চিক্কনি হায়দুনা কিহল্লম্মী। অদুদগী শেন্দ্রাংদুনা চৈদা অমুক লিনদুগী মঙক থুদেক্নবা হায়জরম্মী অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবদা মানা শেন্দ্রাংদুদা ফুগে তৌরক্লম্মী। মহাক মফমদুদগী হিংননবা লৈথোক্নুনা চেল্লম্মী। মথংদা মানা মৈদা অমুক লমহেনবা অপোংবা চৈদু মৈ থাদোক্নুনা উৎ ওলহন্নবা হায়জরম্মী। অদুবু মৈদুনা মাগী ৱাদু থওইনা তাবীরমদে। অদুগী মতুংদা মানা সমুদ্রগী ইচাওদা চৎতুনা হায়জরম্মী, "নঙগী

ঈশিং মরাং কাইনা লৈ অদুগা করিগীদমক্তা নঙনা মৈবুল মচা অসিফাওবা মুখৎত্রিবা করিগীনো? মাসু থওই ৱাওইদনা লৈথোক্লম্মী। ঈশিং ইনোৎকী হৌরবা মখোন্দুদা করিগুম্বা অমতা তাদবদৌনা মাগী ৱাদুদা পূক্লীং চঙলমদে। অদুদগী অমুক মানা শামুগী মনাতোন্দা তোংলগা ঈশিং ঈপাক্তু কংহন্নবা হায়জরম্মী অদুবু শামুনসু মাগী ৱাদু য়ারমদে।

মমৈথংদা মানা মাগী য়াম্না লুনা তিন্নজবা ককচেংগী মতেং নিরম্মী। ককচেংদুনা মাগী ৱারী পুম্বা পূক্লীং চঙনা তারম্মী। অদুদগী ককচেংদুনা মাগী খোঙমী লাম্মী ময়াম অমা পুদুনা শামুদুবু পরা অমা তম্বীরগে খন্না চৎলম্মী। শামুদু য়াম্নবা ককচেং শংগুদু উবদা কীদুনা ঐ হৌজিকমক ইচাওদু কংহননবা চৎলগে হায়না লাউরক্লম্মী। ঈচাউদু তমথিরবা শামুদু মঙোন তম্না লাকপা উবদা পাখৎতুনা লাউরকই "ঐবু থকতোক্কনু। ঐ হৌজিকমক মৈদু মুথৎলগে।" অতেনবা মতমদা মখোয় খুদিংমক থবক ওইনা পাংথোক্লম্মী। মৈদুনা চৈদুবু কীহল্লম্মী, চৈদুনা লিনগী মতুংদা তান্নে; লিন্দুনা মহারাণীদা অমুক চিক্কে তান্নরম্মী। মহারাণীনা অমুক নিংথৌদা হায়জরম্মী; মথংদা নিংথৌদুনা উশুবা নুপাদুদা। অদুদগী উ শুবা নুপাদুনা মখূত্তা হোৱায় অমা পায়রদুনা মিলদু খাইদৎনবা চৎলম্মী। পীকখ্রবা শেন্দ্রাং অমনা অশুক চাওখ্রবা থবক অমা তৌরকপদা মিলদু উ শুবদুগী মওংদুদা কিরদুনা য়াম্না কন্না লাউরক্লম্মী "ঙাইহো ঐবু খাইগনু ঐ হৱায় মরুদু লৌথোরক্কে।" অরোইবদা শেন্দ্রাংদু মাগী হৱায় মরুদু পুদুনা হনখিরম্মী।

M

N.B.: *ৱারীসিনা ঐখোয়দা তাক্লিবদি হনবা লৈতনা হোৎপু হোৎনরবদি ঙমদবা লৈতে হায়বসিনি।*

# খোংগনবা শা

উমং অমদা হুইনাও অনীখক লৈরম্মী। মখোয়গী মমিং অম্তু অমসুং মম্তু কৌই। মখোয় মমাগা লোয়ননা নুংঙাইনা লৈরম্মী। অয়ুক খুদিং মখোয়গী মমানা মচিঞ্জাক থিবা চৎলি। মমা লৈতবা মতমদা মখোয় য়াম্না লাংলম্মী। মমানা নুংথিল হল্লকপদা য়ুমলোন্নবশিংনা মচা অনীগী মরমদা ৱাকৎলক্কনি খনবদা অৱাবা অমা ওইরম্মী।

অশুম্না নোংমা মানা মচাশিংদা হায়রম্মী, "য়েংঙু নখোয়না অফাওবা নতিক নগুণ অমদি শক্তি লৈবা অতোপ্পনা মশক খঙবা অমা ওইনীংলবদি নখোয়গী লম-হেনবা ঙাওশিন্নবদু থাদোক্কদবনি।" "ইমা শক্তি লৈবা হায়বসিগী অর্থ করিনো?" মম্তুনা হংলকই। মমানা য়াম্না ইংনা খুম্লকই, "ইচানুপা, শক্তি হায়বদি অতোপ্পা অমগা মায়োক্নবা ঙম্নবগী থৌনা অদুবুনি। ঐখোয় উমংসিদা লৈগে হায়রবদি উমংগী শাশিংগা লাম্থেংনবগী শক্তি লৈগদবনি।" মখোয় হৌজিক মমানা হায়রিবা ৱাদু ভাব তারম্মী। মপাঙ্গল মথৌনা উৎনবা হোৎনবদা মখোয় মথৌ য়াম্না চীল্লম্মী। নোংমদি মখোয়গী মমাদু য়াম্না শাথিনা শোক্লুনা য়ুমদা হল্লক্রম্মী। মানা শিদ্রিঙৈদা হায়রম্বা ৱাহৈ অমখক হায়রম্মী অদুদি মহাকপু লমহুই অমনা হাৎপনি।

মমা শিখ্রবা মতুংদা থংনবদা লৈমিন্নরিবা কয়া লাক্লগা মমা লৈতবগী অৱাবা ফোঙদোকপগী মহুৎতা অম্তু অমসুং মম্তুবু মফম অদু থাদোক্লুনা চৎখিনবা হায়রম্মী। মখোয়না মখোয় অনীবু করিগুম্বা অমতা য়েংশিনবা ঙম্মোয় হায়রক্লম্মী। উপাই লৈত্রবা হুইনাও অনীদু কপ্লদুনা মমাগা য়াম্না লুনা তিন্নরম্বা মমান্নবী শামু অমগী মনাক্তা চৎলম্মী। মানা মখোয় অনীবু লৈফম পীরম্মী অদুবু মখোয়দা খোংবা য়ারোই হায়রম্মী। অদুবু হুইনাও অনীদু মখোয়গী হান্নগী হৈনবী অদুদি থাদোকপা ঙমলমদে। নুংথিলদুমদি উপাই অমা তৌদুনা খাঙলম্মী তৌইগুম্বসুং নুমিদাংদদি মখোয় খাঙবা ঙমদদুনা মহৌশাগুম খোংলক্রম্মী। মখোয়না খোংলিবদু কৈন্না তারম্লগনি হায়না শামুদু কীরম্মী। মরমদুনা মানা মখোয়দা মাগী ময়ুম থাদোক্লুনা চৎখিনবা হায়রম্মী। অদুদগী মখোয়না কৈদা অমুক হায়জরম্মী। কৈদুনা মখোয়বু অতোপ্পা শাগী অকিবা অমতা য়াওদনা

মাগী শুরুংদা লৈনবা হায়রম্মী। তৌইগুম্বসুং হুইনাও অনীদুনা নুমিদাংদা খোংবা হৌরকপদা কৈদুসু শাদানবা তারমদুনা মাবু হাৎপীগদ্রা হায়দুনা অকিবা ফাওরম্মী। মরমদুনা মাসু হুইনাও অনীদু মাগী ময়ূমদগী তাহ্মোকপীরমই। মখোয় উপাই লৈত্রদুনা উমংদা কোয়না চৎতুনা লৈরম্মী।

মখোয়না শাদানবা অমা মখোয় তন্না চঙলকপদু উরম্মী। মখোয় শাদানবগী মনাক্তা চঙলম্মী অদুগা মঙোন্দা মতেং নিরম্মী। মানা মখোয়বু ময়ূমদা পুরম্মী। শাদানবা অদুগী মচাশিংনা হুইনাও অনীদু উবদা য়াম্না হরাওরম্মী। নুমিদাং য়ৌরকপদা মখোয়গী মহৌশাগী খোংবগী হৈনবী অদুগীদমক্তা ৱাজরম্মী। মখোয় খোংদনবা কন্না হোৎনজরম্মী অদুবু খাম্বা ঙমলমদে। অদুবু হন্দকমুক্তি মখোয়বু কন্না অমতনা খোংবা থিংলক্তবদা মখোয় অঙকপা পোক্রম্মী। শাদানবা অদু মখোয়না খোংবগী মওং উবদা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী। মহাক হৌজিক পোত্থাজবা ফংলে মরমদি মাগী ময়ূমদু হুরানবশিংদগী কনবা ঙমলগনি খনবদগী। নোংমা হুইনাও অনীদু শাদানবা অদুগা উমংদা শাদানবা চৎলম্মী। মখোয়না মমা হাৎখিবা লমহুইগী মনাক্তা পুরম্মী। শাদানবা অদুনা লমহুই অদুবু হাৎলম্মী। অন্তু অমসুং মন্তু মখোয় অনীমক মমা হাৎপগী লমন শিংবা ফংবদা য়াম্না হরাওরম্মী। মতম অদুদগী মীওইবা অমদি হুই অনীগী মরক্তা অচেৎপা মরী থম্নখি।

M

N.B.: *ৱারী অসিনা তাক্লিবদি ঐখোয় মীওইবসু ইশা ইশাগী চান্নবা মোত তিম্নবা মীগা তিম্নৌ হায়বসি তাক্লি।*

# ড্রম

য়াম্না লায়রবা নুপী অমখক লৈরম্মী। মহাক মচানুপাগা লৈমিন্নে। মহাক হিংনবা হোৎনবদা নোং হেক ঙানবদগী নুমিৎ হেক তাব ফাওবা থবক শুদুনা হিংনবা হোৎনৈ। মানা মীগী মরু মরাং তক্কুনা মমা মচা হিংননবা নোংমগী চারা তাল্লম্মী। মানা নোংমগী তাল্লিবা শেলদুনা চাননবা হোৎনরিঙৈদা মচাগী ফি অমদি শান্নপোৎ অমা ফাওবা লৈবীবা ঙমলমদে। নোংমদি মমানা কৈথেল চৎলমদাইদা মচাগী করি লৈরকউগে হায়না হংলম্মী। মমানা হংবদুদা মচানুপাদু য়াম্না হরাওনা খুমজরকই — "ইমা ঐগীদি ড্রম অমতা লৈবীরকউ"। নুপীদুনা মখোয়গী চাননবা য়াম অমদি থুম লৈবদা শেল লোয়থোকখিদুনা মচাগী ড্রম লৈনবা শেল লৈত্রে। মানা ময়ুম হল্লকপদা লম্বীদা ফজবা চৈ অনীখক তাদুনা লৈরমবদু উবদা মদু ওইনা মচাগী পুবীরগে খন্দুনা খুল্লগা পুরক্লম্মী। মমানা পুরকপা চৈদু উবদা মচানা চৈদু পুরগা মপান্দা শান্নরুবা য়াগদ্রা হংজরম্মী। য়াইএ, চৎলু শান্নরুচো তৌবদবু ইচানা খঙগদবদি নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা য়ুম হল্লকদবনি। অদুগনে য়ুমসিদা মমা মতোমতা লৈহৌই হায়বসি কাওগনুকো। "ইমা, করিমতা ৱারুনু, ঐ য়াম্না থুনা হল্লক্কনি। উ মতেক অনীসি পুরেকো ইমা।" নুপা মচাদু মপান্দা মমান্নবগা শান্নবা থোরক্রে। খর চৎলগা মানা হনুবী অমনা ষষ্ঠি অকংবনা মৈ হৌবা উরম্মী। মফমদু মৈখুনা পুমমম মমলম্মী, য়েংবদা নুপীদু কপ্পা মাল্লম্মী। নুপা মচাদু চংদুনা লেপলম্মী অদুগা নুপীদুদা করিগী কপ্লিবনো হংলম্মী। নুপীদুনা হায়রকই, "ঐ মৈসে হৌগৎপা ঙমদ্রে, ঐগী ইচাশিংদি মবুক লাম্বনা লোইরে। মখোয় মবুক লাম্বনা কপ্লবনি।" "ঐ মাগী চাক থোংবদা মতেং পাংবীবা ফৈনা।" "ঐ করি তৌজৌগে ?" নুপা মচাদুনা হংজে। "ঐগী চৈ মতেক অনীখক লৈজে মসি অদুগা পুন্না মৈ থারবদি শোয়দনা চাক্কনি। নুপীদু য়াম্না হরাওরম্মী। মৈ ফজনা চাক্কুনা ব্রেত খরা হৌরম্মী। অদুগা মঙোন্দা অমা পীরকই। নুপা মচাদু ব্রেত পুদুনা মখা তানা অমুক চৎলমই। খরা চৎলগা মানা চফু শাবগী নুপী অমা থেংনরম্মী। মাগী অঙাংদু য়াম্না কন্না কপ্লম্মী। নুপা মচাদু লেপ্লগা অঙাংদুনা কপ্লীবদু করিগীনো হায়না হংলম্মী। মহাক মবুক লামদুনা কপ্লীবনি, য়ুমদসু মাবু পীজনবা করিমতা লৈত্রে। নুপা মচাদুনা মানা পুরক্লিবা ব্রেত অদু চফু শাবগী নুপীদুদা অঙাংদু পীজনবা পীরম্মী। নুপীদু নুপা মচাদুদা

য়াম্না থাগৎলম্মী অদুগা হরাওবগা লোয়ননা মঙোন্দা চফু অমা পীরক্লম্মী। নুপা মচাদু ঙাইহাক চৎলগা তুরেল খোংবাল অমদা য়ৌরম্মী। মফমদু য়ৌবদা মানা ফি শুবা মতৈ মনাও অনীখক খৎনবা উরম্মী। নুপামচাদুনা মীদুদা করিগী খৎনরিবনো হংলম্মী। ফি শুবা নুপাদুনা খুম্লকই, "ঐগী নুপীনা ফি শুনবা চফুদু কায়হনখ্রে হৌজিক ফি শুনবা চফু অমফাওবা লৈত্রে।" নুপামচাদুনা হায়রম্মী, "সে মসিগী চফুসি লৌরো।" ফি শুবা নুপাদু হরাওমন্দুনা মঙোন্দা শোল অমা অমুক পীরকই। নুপা মচাদুনা অসুম লাকপদা থোং অমগী মনাক য়ৌরক্লম্মী। মানা মফমদুদা ইংবনা থক থক নিক্লবা নুপা অমা লৈবা উরম্মী। নুপামচাদু নুপাদুগী মনাক চঙশিল্লগা মাগী ফি অমতা য়াওদনা লৈরিবা করিগীনো হংলম্মী। নুপাদুনা খুম্লকই, "হ্রানবা কাংবুনা ঐগী অয়াওবা খুদিংমক লোইনা পুবীখ্রে, ইশাগী ফি ফাওবা লোইনা লৌবীখ্রে।" নুপামচাদুনা হায়রম্মী "করিমতা ৱাগনু ঐগী শোলসি লৌবীয়ু।" নুপাদুনা ফিদু লৌরম্মী অদুগা ফিদুগী মহুৎ ওইনা মাগী শগোলদু পীথোক্লম্মী। নুপা মচাদু শগোলদু পুদুনা অমুক চৎলম্মী। অসুম খরা চৎলগা মানা লূহোংবগী মীয়াম অমা থেংনরম্মী। মীয়ামদু উখা অমদা অৱাবা ফিভমদা ফম্লম্মী। নুপা মচাদুনা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মখোয়না থৱাই ৱানা য়েংলিবদু করিগীনো হংলম্মী। বরগী মপানা খুম্লকই — "ঐখোয় লোইনা ইচানুপাগী লূহোংবা চৎকদবনি অদুবু ঐখোয়না হায়নরম্বা শগোল পুরক্কনি হায়নরম্বা নুপাদু হৌজিক ফাওবা য়ৌরকত্রি। ঐখোয় হৌজিক শগোল য়াওদনদি করম চৎকনি। হৌজিক মতমসু থেংজিনখ্রে লূহোংবগী মতম হেন্দোকখিদৌরে।" নুপামচাদুনা মাগী শগোলদু শিজিন্নবা হায়রম্মী, "নখোয় ঐগী শগোলসে শিজিন্নবা য়াগনি মদুগীদমক্তা করিমতা ৱারুগনু।" বরদুনা হরাওদুনা মঙোন্দা হংলক্লম্মী, "হায়য়ু অদুদি ঐনা নঙোন্দা করি পীগনি।" নুপামচাদুনা খুম্লকই, "নঙনা পীগে হায়রবদি নঙগী বেন খোংবনা পুরিবা ড্রমদু ঐঙোন্দা পীরো।" বরদুনা ড্রম য়ৈবদুদা মাগী ড্রমদু পীথোকখিনবা হায়রম্মী। ড্রম য়ৈবদুনা মাগী ড্রমদু পীরম্মী। অসুম্না নুপামচাদু ড্রমদু পুদুনা ৱাখল নুংঙাইনা ময়ুমদা হল্লকলম্মী। নুপা মচাদুনা মমাদা চৈতেক মচা অনীদুনা করম্না ড্রমদু ফংলকইবনো হায়বদু মরিক চুম্না পাটৈক্সালম্মী।

N.B. : *ৱারীসিনা ঐখোয়দা তাকলীবদি মী অমনা মাগী অনীংবা অপাম্বা অমবু থৱাই য়াওনা হোৎনরবদি ফংদবা লৈতে হায়বসিনি। হোৎনবা অমা য়াওদনা পংলৈ লৈথোকপনা করিসু ফংবা ঙমলোই। মমা লাইরবীনা লৈবা ঙমদবা পোত্তু মানা হোৎনজবদগী ফংবা ঙমজখি।*

# মাঙনবা শিনবা তেংবাংবা

মতম অমদা ইনাকখুনবা জেট কৌবা লৌমী নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক মাগী মতেং পাংনবা মী অমা নুংত্তিগী খূৎশুমল পীদুনা থম্বা পাম্লম্মী। অদুবু মানা থম্লম্বা মীনাই অয়াম্বা খূৎশুমন হেন্না পাম্বা নমদুনা লৌবা ঙাক্তা থেংনৈ। নোংমা লম্বীদা থবক থিবা মীনৌ অমা থেংনরম্মী। জেটনা নুপাদুদা মাগী নোংমগী খূৎশুমল কয়া লৌগদগে হায়না হংলম্মী। মীনৌদুনা খুম্লকই— "নঙ ঐগী খূৎশুমনগীদমক্তা ৱাবীগনু। ঐগীদি চান-থক্লবা, লৈফম অমদি ফিরোল খর লৈবীরগা য়াগনি।" জেট য়াম্না হৱাওনা মানা হায়বদু য়ারম্মী। অদুবু নুপাদুনা ৱাফম অমখক থম্লম্মী, — "মপু ইবুংঙো, ঐ চহী খুদিংগী মী মাঙনবগী থবক অমুক তৌই, মদুমতংদি মপু ইবুংঙোনা য়াবীয়ু।" জেটনা খল্লম্মী অসুক হোংবা মীনাই অসিগুম্বা অতোপ্পা অমা ফংবা খর ৱাগনি। মরমদুনা নুপাদু চৎহনখিবা পামলমদে। মহাক্না নুপাদুগী ৱাদু থওইনা খল্লুবা তৌদনা মাগী থবক শুনবা থনম্মী।

নুপাদু থবক য়াম্না কন্না শুরম্মী। হৌজিক লবুক্তু য়াম্না মপুং ফারম্মী। মহে মরোং মরাং কায়না কারক্কুনা লৌমীদু য়াম্না নুংঙাইবা হৌরক্লম্মী। হৌজিক ইনাক খুনবা নুপা অমা হায়বদু ওইরে। মহাক মীনাইদুগী মপান্দগী নুংঙাইরে অদুনা মীনাইদুনা হায়খিবা নমথাক্কুগী ৱাদু কাওথোকখ্রে। অসুম্না থা ৫, ৬ হৌখ্রে। নোংমগী নুমিৎনি, মীনাইদুনা খল্লকই, মা হৌজিক নমথাক তৌবগী মতম য়ৌরক্লে হায়না খল্লম্মী। অসুম্না মতা চান্নদা মাগী নুপীগী মনাওনুপী মাগী নুপাগা মখোয়গী নাক্তা মতম খর লৈনবা লাক্লম্মী। মতমদুদা মীনাইদুনা নমথাক তৌবা হৌরগে হায়না খল্লম্মী। নোংমা জেটনা ময়ুম থাদোক্কুনা মপান্দা চৎলম্মী। মতমদুদা মীনাইদুনা জেটকী নুপীদা চঙজরম্মী অদুগা হায়রম্মী, "মেদাম নঙগী নুপাদু নারে মহাক য়াম্না কুইনা হিংগনি থাজদ্রে। মাগী লায়নাদু লায়েংবদা ফবা ঙমদবা লায়নানি। ঐগী ৱাসি থাজদ্রগা নহাক নশামক অমুক্তং য়েংবিয়ু। মানা নুংথিন্দা ইরুজরিঙৈদা মাগী ঙকশমদা লৈনা লেকলগা য়েংবীয়ু মদুদা থুমগুম্বগী মহাও অমা শোয়দনা ফংগনি।"

অদুদগী অমুক জেটকী মনাক্তা চত্তুনা হায়রম্মী, "মপু ইবুঙো, নঙগী নুপীসি কোক বেরা খর লৈরে। মাগীদমক খর চেকশিনবীয়ু।" অদুদগী অমুক মাগী মনাওদা চৎলগা হায়রম্মী, "ঙসি নঙগী তামো মাগী নুপীগা শাওনরক্কনি। ঐগী ৱাখন্দা ঙসি নুংথিল মানা মাগী নুপীবু ফুরম্বা য়াই অদুনা মখোয়গী নাক্তা লৈবীয়ু।" অসুম্না মখোয়দা হায়রম্লগা মাঙখিরম্মী।

জেটনা লবুক্তগী হল্লকপগা মাগী নুপীদা ইরুজনবা ঈশিং থৌরাং তৌনবা হায়রম্মী। মাগী নুপানা ইরুজনবা ফুরিং লৌথোক্কে তৌরিঙৈদা মীনাইদুনা হায়রম্বদু তৌগে খল্লম্মী। মানা থুনা চঙশিনখিরম্মী অমসুং মাগী নুপাগী মঙক্তা মরৈনা লেক্লম্মী। জেট খঙদুনা খঙচোং চোংখত্তুনা লাওরক্লম্মী, "ও! মসিদি তশেংনা ঙাওরেদনা। মানা ঐবু চিক্কে তৌরিসিবু।" অদুদগী মখুত্তা চৈ অমা পায়দুনা মঙোন্দা ফুগে তৌরম্মী। মনাওদা হান্না হায়রম্বগী মতুং ইন্না মনাওদু মপান্দা চৈ অমা পায়দুনা ঙাইরম্মী। জেটসু মখুত্তা চৈ অমা পায়দুনা মাগী নুপীবু ফুগদবগী তান্নরম্মী। অকিবা মওংদা মখোয় অনি ফুনরম্মী। মখোয় ফুনবগী মখোল তাবদা য়ুমলোন্নবা ময়াম চঙলক্কুনা করিগীনো হংলকই। অদুদগী মখোয় লোয়না ভাব তানরক্লে, থোকলীবা থৌদোক অসি মীনাইদুনা হায়জিনবা ওইদ পাদবা কয়াদগী থোকলীবনি হায়বা অদুদগী মখোয়না মীনাইদু থীবদা মহাক্তি হান্ননা মফমদু থাদোক্কুনা চৎলম্লে।

N.B.: *ৱারীসিদগী ঐখোয় খঙলে অদুদি ওইজবা থিবা অমদি মীনা হায়জিনবদা থাজগনবা, চুম্মী চুমদে থিদবনা ফত্তবা থৌদোক থোকই হায়বসে কাওরোইদবনি।*

M

# মচিন মনাও অনী

মতম কুইরবগী মমাঙদা অশা অমসুং মুনসেরু কৌবা মচিন মনাও অনীখক মীথুংশঙ মনাক্তা পুন্না লৈমিন্নরম্মী। ময়াম্বা আশাদি যাম্না শিংই অমসুং মনাও মুনসেরুনা পঙলম্মী। মখোয় অনী নুংতিগী লম্বী মতাইদা শান্নরম্মী। লমকোযবা মীশিংনা লম্বীদু ফাওদুনা চৎলি, অয়াম্বা মতমদা মখোয় মফমদুদা পোখাদুনা অচাপোৎ চায়। মচিন মনাও অনীমক নুংঙাইবা পুন্সি মরেলদা লৈরম্মী। নোংমগী নুমিৎনি অশা ঙা ফানবগীদমক মপান্দা চৎলম্মী অদুগা মনাও নুপা মুনসেরুনা মীথুং শঙ লৈরিবা অদুগী মনাক্তা শান্নদুনা লৈহৌই।

লম কোয়বা খরা মফম অদুদা লাকই। মখোয়বু মানা মতেং পাংবগী মহুৎ অপঙবা মনাওদুনা মখোয়দা খৎনবা হৌরম্মী। মানা ওৎপিরবা লমকোয়বশিং অদুনা মাবু ফাজিলদুনা খুদুম চল্লম্মী অদুগা মাবু পুথোরক্লম্মী। মুনসেরু কপ কপ্পুনা লাওনা লাওনা ময়াম্ববু কৌরম্মী। ময়াম্বা আশানা মাগী খোঞ্জেল তারম্মী অমসুং লমকোয়বশিং অদুনা পুথোরকলিবা অদু উরম্মী। মানা মাগী মনাও নুপাবু থাদোরক্নবা করিগুম্বা খর তৌগে খল্লম্মী। অশম্বা লম্বীদা চেল্লগা উমং অমদা য়ৌরম্মী অদুগা উদা কাখৎতুনা উশা খুদিংদা মানা ফারকপা ঙাশিংদু যাম্থরম্মী। মহাক থুনা কুমথরগা অতোপ্পা উখোংদা ফমদুনা লমকোয়বশিং অদু ঙাইরম্মী। মানা লমকোয়বশিং অদুদা মাগী মনাওনুপাবু থাদোক্নবা হায়জরম্মী। লমকোয়বশিং অদুগী মকোক্তুনা খুমলকই, "হোয় নঙগী অপঙবা ননাওসি থাদোক্কনি অদুবু য়ান্নবা অমগী মখাদা থাদোক্কনি, নঙনা নঙগী অপঙবা ননাওসিগীদমক্তা মতিক চাব মমল পীগদবনি।"

ময়াম্বনা খুমলকই, "সার, ঐনা নঙবু উশা খুদিংগী উহৈ ওইনা ঙা পানবা উ পাম্বী অমা পীগে। করিগুম্বা নখোয়না পাল্লবদি নখোয় চৎলগা লৌবা য়াগনি। মসিনা নখোয়গী চাকলেনগী লাংবদা অরাইবা ওইরনি।" লমকোয়বশিংগী মকোক্তু মাগী রাফমদুদা থাজরমদে। অদুদগী ময়াম্বদুনা মখোয়বু উমংদা চৎতুনা য়েংলুনবা পুশিল্লম্মী। ময়াম্বদুনা মখোয়বু উপাম্বীদুদা খুদোম্বী থিন্দুনা উহল্লম্মী। লম কোয়বশিং অদুনা ঙা

পানবা উপাম্বী অমা খুদোল ওইনা ফংবদা য়াম্না হরাওরম্মী। মখোয়না মাগী অপঙবা মনাওদু থাদোক্লগা উদগী ঙাশিংদু হেক্লবা চৎখিরম্মী। মতম খরা লৈরগা লমকোয়বশিংদু অমুক লাক্কুনা ঙা পানবা উদুদা য়েংলম্মী। ঙা পানবা উদু অতৈ উপাম্বীগুম্না লৈরম্বা উবদা মখোয় নীংবা কায়রম্মী। মখোয় শাওবনা মচিন মনাও অনীবু পরা অমা তম্বীগে খল্লম্মী। ময়াম্বদি শিংবদা মখোয়দগী তাব নত্তে। মহাক হান্না লৈফম অতোপ্পা অমদা হোংদোকখিরম্মী। লমকোয়বশিং অদুনা মখোয় অনীবু কৈদৌঙৈদসু ফংবা ঙমখিদ্রে।

M

N.B.ঃ *ওইদবা নমথাক তৌব অমদি ফত্তবা থবক তৌবনা পুন্সিবু অরাবা পী।*

# অফবা তৌবগী অফবা মহৈ

খুঙ্গং অমদা লাইশং অমা লৈরম্মী। লাইশংদুগী পুরিত অমদি মাগী নুপী পূকচেল শেংবা অশেংবা লাইনীংবনি। মখোয়না লাইশং অমদি লাই পূজাদা চঙবা পোৎলমশিং শেংদোক্তুনা ঈশ্বরবু পুজা তৌজে। মখোয়না লাইশংদা লাকপা মীবু পীজ পীথক তৌদুনা মীওই কয়াগী সেবা তৌই। তৌইগুম্বসুং মখোয় নুংঙাইবা শুকফং ফংদে মরমদি মখোয় মচা অমা ফাওবা ফংদে। হরাও কুম্মৈ খুদিংদা মাগী নুপীনা অহাও অথুম মখল মথেল শেমদুনা খুঙ্গংগী অঙাংশিংদা পীজৈ। মহাক শম্বর, রাশম অমদি দোশা শাবদা য়াম্না হৈবীনি। মতম অসুম অসুম হৌখ্রে। নোংমগী নুমিৎনি থাজদনা লম্বুদারি ব্রাহ্মন অমা লাইশং অদুদা কোয়রক্লম্মী। মহাক মাগী মচানুপী লূহোংনবা পৈশা খাইরুবগা ময়ুমদা হল্লকপনি।

মহাকপু ব্রাহ্মন মতৈ মনাওনা চাক চানবা হায়রম্মী। ব্রাহ্মন নুপাদুসু য়াদুনা চাক চানবগীদমক ইরুজগে হায়না মানা মাগী শেল য়াওবা বেগতু মচি অমদা থনম্লগা পুখ্রি অমগী মনাক্তা ইরুজবা চৎলম্মী। মানা হল্লকপা মতমদা মাগী বেকতু মফমদুদা লৈরমদ্রে। মী খুদিংদা মানা হংজৈ অদুবু কনা অমতনা পোত্তুগী মরমদা হায়বা ঙমলমদে। মহাক য়াম্না অৱাবা অমগা লোয়ননা ময়ুমদা হল্লক্রে। মানা মাগী মচানুপী লূহোংবা ঙম্লরোই হায়না খল্লম্মী। মতম খরা লৈরগা পুরিতকী নুপীনা লাইশং শিৎ শেংলম্মী। মানা ষষ্ঠি অমা লৈবা উরম্মী। মদু তকখোকপদা ব্রাহ্মনগী মাঙখ্রবা বেগ মচা অদু ষষ্ঠি মনুংদা য়াওবা থেংনরম্মী। মদু ষণদুনা মথি ফায়বদা বেগ মথক্তা ফায়বা ওইরমগনি। অদুনা ব্রাহ্মন নুপাদুনা উখিদবা ওইরমগনি। পুরিতকী নুপীদুনা মাঙলোইদবা মফম অমদা থমজিনবীরম্মী। মানা কৈদৌঙৈদসু মদুবু হাংদোক্তুনা য়েংবগী ৱাখল লৈরমদে। নোংমদি খাওসিগী মপু শোয়দনা লাক্কনি খঞ্জরম্মী। থা খরগী মতুংদা ব্রাহ্মন নুপাদু পুরিতকী লাইশংদা অমুক লাকলম্মী। মহাক হান্নদগী ফিভম থিনা শোকচল্লম্লে। পুরিত মতৈ-মনাওনা মাগী মাঙখিবা খাওদু শিন্নরম্মী মদুদা মহাক অঙকপা অমা পোকলম্মী। ব্রাহ্মন নুপাদু মাগী মাঙখিবা খাওদু অমুক হন্না ফংবদা হায়নিংঙাই লৈতনা

হরাওরম্মী। মানা মাগী খাওদা য়াওরিবা শেলদু তম্খায় অমা পীগে হায়রম্মী অদুবু পুরিত মতৈ মনাওনা য়ারমদে। অদুদগী পুরিত মতৈ মনাওদা তুংদা ফাওরক্কদবা অফবা মচা নুপা অমা ফংজরো হায়না বর পীবীরম্মী।

থংনবা চহীদা পুরিতকী নুপীদু মচানুপা অমা ফংজরম্মী। অঙাংদু হৌজিক ঐখোয়না খঙনরিবা তামিলগী অফাওবা শৈরেংবা কুঞ্জন নঙ্খীয়ার হায়না খঙনরি অসিনি। শৈরেংবা নুপাদুগী লম্বা ঙসি ফাওবা লৈত্রি।

M

N.B. : *রারীসিদগী ঐখোয় খঙবা ঙমলে অফবা থবক তৌবনা অফবা মহৈ ফংই হায়বা। ঐখোয় অফবা থবক তৌরবদি অফবা মহৈ শোয়দনা ফংগনি।*

# পেং চোইবা নিংথৌ

মতম অমদা কাশ্মিরদা মনীং তম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাক মচা মচা লৈরম্মী। মখোয়গী নিংথৌনা মশাগী লৈবাক ঙাকচরম্মী। লৈবাক অমদা অজুবামাল কৌবা নিংথৌ অমা মাগী লৈবাক ঙাকলম্মী। মহাক্না মাগী লৈবাক্তা অনৌবা নিয়ম কয়া শেম্লম্মী। পোৎ খুদিংমক মমল চপ মান্ননা পৈশা অমদা মমল লেপলম্মী। অজুবামাল য়াম্না পঙবা মশাগী ওইজবতা থিবা ওইজনবতা খনবা নিংথৌনি। মানা মাগী মতেং পাংনবা মিনিষ্টর খর শেম্লম্মী। মানা মখোয়গী পাউতাক মতুংইন্না ৱা লেপ্পী। লৈবাক অদুগী মীয়ামশিং মাগী মিনিষ্টরগী থবক্তা অৱাবা অমা ওইরম্মী।

নোংমদি মরুপ অহুমখক থংনবা লৈবাক্কী কোইবা লাকলম্মী। অহানবা মরুপ অমনা মরুপ অনীদুদা হায়রম্মী, "মরুপশা মসিগী লমসে ঐখোয়না লৈবদা অফবা মফম ওইদে, ঐখোয় হন্নবা তৌসি, লৈবাকসে পেং চোইবা নিংথৌ অমনা নিয়ম চলাইদুনা মানা অপাম্বা অনীংবা তৌবা লমনি।" তৌইগুম্বসুং অহুমশুবা মরুপতুদি মফমদুগী পোৎ হোংবদুদা ঙাওরম্মী। মহাক্না হায়রকই, "ঐদি হন্নরোই মফমসিদা য়াম্না নুংঙাইনা লৈহৌরনি।" মহাকপু মাগী মরুপ অনীদুনা য়াম্না কন্না পুনবা হোৎনৈ অদুবু মাদি মানা লেপখিবা ৱাখল হোংলমদে। অরোইবদা মখোয় অনীতা হনবা তাখি। মখোয়না চৎলমদাইদা মঙোন্দা হায়রম্মী, "মরুপ করিগুম্বা নঙনা তুংদা ঐখোয়গী মতেংগী মথৌ লৈরকপা মতমদা পাউ হেক্তা পীরকউ, ঐখোয় নঙগী নতেং পাংবা লাক্কে।" অসুম্না মখোয় অনী মফমদু থাদোক্লুনা থুনা চৎখিরম্মী। মথংগী অয়ুক্তা অহুমশুবা লৈহৌরিবা নুপাদু কৈথেলদা চত্তুনা অথুম অহাও লৈরম্মী। মানা মিথায়দু চাগে তৌরিঙৈদা সিফাই খরনা মাবু ফারম্মী। মানা সিফাইশিংদা মাবু করি মরমগী ফারিবনো হায়না হংলম্মী। মদুদা সিফাইশিংদুনা খুম্লকই, "ঙরাং অহীং হুৱালবা অমা নিংথৌগী লৈফমদা চঙলকলম্মী হায়, অদুগীদমক্তা নিংথৌনা থেংনবা মীনৌ অমা হেক্তা ফারক্লবা য়াথং পীরকপনি। অসিগুম্বা থবকসি মীনৌ খক্তনা তৌরমগনি হায়না মানা খল্লি। মরাল লৈবা নুপাদু শিদ্রিফাওবা ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবসু ৱা লেপখ্রবনি। নহাক খক্তনি ঐখোয়না থেংনবা মীনৌদি অদুনা ঐখোয়না নঙবু ফারিবনি।"

অহুমশুবা মরুপ্তু উপাই লৈত্রে অৱাফমদা তারে। মানা নিংথৌদা মহাক মরাল লৈতে অমসুং করিমতা খঙদে হায়না হায়জরম্মী। অদুবু নিংথৌনা মাগী হায়জবদু তাবীরমদে। মহাক ফাঁসি তৌদুনা হাৎপা তারবদা মরুপ অনীগী মতেং লৌবা য়াগদ্রা হায়না হঙ্গৎচরম্মী। নিংথৌনা অয়াবা পিবিবদগী চিঠি অমা থাদুনা পাও পীরম্মী। মাবু ফাঁসি তৌবগী নুমিৎ লেপলে। মীয়াম তিনবা মফমদা মাবু ফাঁসি তৌরবা য়াই। মাবু হাৎকদবগী নুমিত্তা মানা মরুপ অনীদগী চিঠি অমা ফংলম্মী। ঐখোয় শোয়দনা নঙগী নতেং পাংবা লাক্কনি হায়না নঙ করিসু ৱাগনু হায়না চিঠিগী মরোলদা ইরকলম্মী। লেপথিবা মতমদুদা মাবু ফাঁসি তৌগদবগী লাংলিঙৈদা মাগী মরুপ অনীদু য়ৌরকলম্মী। খঙহৌদনা অহানবা মাগী মরুপতুনা লাওরকলম্মী, "অঙম্বা, ঐনি অশেংবা ইরাল লৈরিবদি মরমদুনা ঐবু শোয়দনা হাৎকদবনি।" "হে অঙম্বা! মানা হায়রিবসি অরানবনি অশেংবা নত্তে ঐনি অশেংবা ইরাল লৈরিবদি অদুনা ঐবু ওইনা হাৎপীয়ু।" মখোয় অনী অমগা অমগা খৎনরম্মী। ময়াম পুম্বা তৌরিদু করিনো খংলমদে, নিংথৌদু ইঙক ঙকলম্মী তৌফম অমা খঙদ্রে। মমৈদা নিংথৌদুনা হংলকই — "মখোয় অনীনা তৌরিবদু করিনো? নখোয়না করিগীদমক্তা হান্না শিনীংলিবনো?" মরুপ অনীদুনা লাওনা খুমলকই, "হে অঙম্বা, ঙসিসে য়াম্না ফবা নুমিৎ অমনি, ঙসিগী নুমিৎসিদা শিবা মীদি শোয়দনা ঈশ্বরগী লৈফম য়ৌই, অদুননি ঐখোয়না হান্না শিবা পাম্লরিবসে।" মখোয়গী ৱাদু তারবা মতুংদা অপঙবা নিংথৌদুনা হায়রকই, "ঐগী নুংশিরবা মিনিষ্টর খুদিং ঐনা নিংথৌনিনা অসিগুম্বা শিবগী য়াইফৰবা নুমিৎসিদা ঐ ওইনা শিরগে, ঈশ্বরগী মফমদা য়ৌনবা, মখোয় থাদোকখ্রো, ঐ ওইনা ফাঁসি তৌরো।" মাগী মিনিষ্টরশিং অদুসু মাগী সিংহাসন্দু লৌবগী খুদোংচাবা ফংলনি খন্দুনা নিংথৌদুবু ফাঁসি তৌনবা হায়রম্মী।

অসুম্না নিংথৌদু ফাঁসি তৌদুনা হাৎলম্মী। লমদমদুগী মীয়ামদু মিনিষ্টরশিংনা তৌগে খন্না তৌরিবদু খঙনরম্মী। হৌজিক নিংথৌ ফাঁসি তৌদুনা হাৎখ্রে। মরুপ অহুমদুনা মিনিষ্টরশিংদা লান্দাদুনা মখোয় লোইনা লৈবাক্কুদগী তাম্থোকখিরম্মী। অসুম্না অহানবা মরুপ্পু নিংথৌ ওইহল্লে অদুগা অনীশুবা অমদি অহুমশুবা মরুপ অনীদুনা মিনিষ্টর ওইদুনা লৈবাক ঙাকপা হৌরক্লে। লমদমদুদা মখোয় অহুম্না নীতি নিয়ম কয়া শেমদুনা লৈবাক্তু চাওখৎনবা হোৎনরম্মী। অসুম্না প্রজা মীয়ামদু নুংঙাই য়াইফনা ইং-তপ্পা লৈবা ফংজখি।

M

---

N.B.: *অপঙবা মীদি অশিংবগী খুৎলাই ওই অমদি মীহৌ চাওবনা অৱাফমদা তাই হায়বসে ৱারীসিনা তাক্লী।*

# ভুত

মতম অমদা য়াম্না লাইরবা লৌমী অমা লৈরম্মী। নোংমগী নুমিৎনি ময়ুমদা মাগী চানবা করিমতা লৈরমদে। মহাক উমংদা ৱাইখু খরা ফানবা চৎলম্মী। মহাক নুমিৎ চুপ্পা উমংদা কোয়চৎ চত্তুনা ৱাইখু থিরম্মী অদুবু মহাক ৱাইখু অমত্তা ফংলমদে। নুংথিল ওইরক্লে মহাক চোকথবনা মশাদু তপ তারম্মী। উখোংদা ঙাইহাক পোথাগে খন্না ফমথবদা ঙাইহিরি অদুবু ৱামনখিবনা মহাক তুমথখিবা খঙহৌদে। য়োং ময়াম অমনা মানা অয়ুক্কুগী চৎপদু উরম্মী। থৌজাল লৈরবা য়োং অদুনা মাগী খোংবুরোইশিংদা ৱাইখু ফারগা নুপাদুগী হাংলবা বেক্তা হাপ্পীনবা হায়রম্মী। মাগী খোংবুরোই য়োংশিংদুনা খুদক্তা থবক্তো পাংথোক্লম্মী। মখোয়না উগী মরুমদা লোক্তুনা লৌমীদুগী মাইখোংদা করি অহোংবা লাকপগে হায়না য়েংলম্মী। লৌমীদু পুং অনী হেক্লফাও হৌগৎলমদে, য়োংশিংদুনা নুপাদু শিরে হায়না খল্লম্মী। অদুদগী মখোয়না নুপাদু মরেংবান্দা থাংগৎলগা মাগী খুঙ্গং তান্না পুরক্তুনা থম্মীরম্মী।

লৌমীদুনা মীকপ থোরকপদা মহাক মাগী খুঙ্গংদা লৈরম্বদা ইঙক ঙকলম্মী। মাগী খাওদসু ৱাইখু থন্না য়াওরম্না থেংনবদা মানা খল্লম্মী মসি খুদিংমক থৌজাল লৈবা য়োংশিংদুনা তৌবা ওইরমগনি হায়না মানা মাগী নুপীদা উমংদা থোকখিবা থৌদোকশিংদুগী মরমদা মরিক চুম্না লিরম্মী। ইকুই কুইদনা মাগী নুপীনা মখোয়গী গুমলোন্নবী নুপীদা মাগী নুপাদা থোকখিবা থৌদোক্কুগী ৱা পুম্বা লিথোক্লম্মী। মতৌ অসুম্না খুঙ্গংগী মী অয়াম্বা লোইনা খঙলম্মী।

খুঙ্গং অদুমক্তদা য়াম্না তনবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাকসু থৌদোক অদুগুম্না তৌগে হায়না মাগী বাখন্দা খল্লম্মী। মহাক উমংদা চৎলম্মী অদুগা উখোং অমদা হিপলম্মী। মহাক তুমশিন্নদুনা লৈরম্মী। য়োংশিং অদুনা নুপাদসু ৱাইখু থিবা চৎলুবদগী ৱামন্দুনা তুমথ্রমাক্লে খন্দুনা মাগী খাওদা ৱাইখু পীক থন্না হাপচিনবীদুনা মাগী মতৌ য়েংদুনা লৈরম্মী। নুপাদু মতম কুইনা হৌগৎলক্তবদুদা য়োংশিংদুনা শিরবোই খন্দুনা মখোয়গী মরেংবান্দা থাংগত্তুনা খুঙ্গং তান্না কুমথরম্মী। নুপাদু য়াম্না নুংঙাইরম্মী। মানা

য়োংশিংদুসু অপঙবা শিদুনা শিজিন্নরে হায়না খঞ্জরম্মী। য়োংশিংদু অঙম্বা লম্বী অমদা কুমথরম্মী। নুপাদু কীবনা লাওরকলম্মী, "চেকশিন্না চৎলু, চেকশিন্না চৎলু ঐ তাগনিকো।" অশিবা মীনা ভূত ওল্লক্রমানে হায়না য়োংশিংদুনা খল্লম্মী। মখোয় খুদিংমক্না নুপাদুবু লংথরগা "ভূত! ভূত!" হায়রগা লাওদুনা চেনখিরম্মী। অতনবা নুপাদু অঙম্বদা থরো থরো ওম্থরম্মী অমসুং মহাক মফমদুদা শিরম্মী।

M

N.B.: *ৱারীসিনা ঐখোয়দা তাক্লীবদি কনাগুম্বা মী অমনা মী অমদা মীনম্লবদি মদুগী মহৈদি মশানা থাকপা লাংদা মশা থুই হায়নবা ৱাফম্বু ঐখোয়না খঙগদবনি।*

# মীহৌ চাওবা য়োং

মতম অমদা চিমপু কৌবা য়োং অমা য়াম্না কুংনা হৌবা উমং অমদা লৈরম্মী। মহাক কৈদৌঙৈদসু মমান্নবা অমত্তগা উহৈ য়েন্নদুনা চামিন্নদে। মতম অয়াম্বদা মমান্নবশিংবু অপঙবা শিরগা মখোয়দগী চাথোক্লবা রাখল খল্লম্মী। মাগী লমচৎ শাজত্তুদা মমান্নবশিংনা মাবু পামলমদে। নোংমা চিমপু উশাশিংদা মথম্ত চোং চোংদুনা শান্নরম্মী। খঙহৌদনা মানা মখাদা নূং অহোবা অমা উরকই। মানা খল্লী, মফমদুদা করিগুম্বা খরদি শোয়দনা লৈরমগনি হায়না। মহাক মদু য়াম্না য়েংনীংলম্মী। উদগী নূং মতোন্দা চোংথরম্মী অদুগা মাগী মখূত্তু নূং অহোবদুদা থিংজিন্দুনা য়েংলম্মী। অহোবদু উহৈনা পিক থন্না লৈরম্মী। চিমপুনা উহৈদু খুবাম থন্না পাইশল্লম্মী। অদুবু মাগী মখূত্তো চিংথোকপা য়ারমদে। মহাক হোৎনবা য়াবা হোৎনরে অদুবু অরেম্বা তারে। মতমদুদা মাগী মনাক্তা মমান্নবা অমা চৎলম্মী। মমান্নবদুনা চিমপু অৱাফমদা তারমানে হায়না খল্লম্মী। মহাক্না চিমপুগী মখূত্তু লৌথোক্লবা মতেং পাংবীরম্মী।

মমান্নবদুনা চিমপুদা হায়রম্মী, "উহৈদো থাদখ্রো, অদু ওইরবদি নখূত্তু ইরাই লাইনা লৌথোকপা য়াগনি।" মমান্নবগী ৱাদু চিমপুনা পূক্লিং চঙনা তারমদে। মানা খল্লী অতোপ্পা য়োংদুনা মা অপঙবা শিরিবনি হায়না। মানা মখূত্তু হেক থাদোকপগা উহৈদু তাখিনি হায়বসে মাসু খঙলম্মী। অদুবু মানা উহৈদু মরু অমা ফাওবা তাহন্নীংদে। মানা উহৈদু করিগুম্বা হীরম অমতদা থাদোকপা সুকপাম পাল্লমদে অদুবু মমৈথংদদি উহৈদুবু মপান্দা পুথোক্লবা উপায় লৈত্রবদা মখূত্তু কোমথোকলম্মী। অদুদগী উহৈশিংদু লোইনা তাখিরম্মী। অসুম্না য়োংদু মানা য়াম্না পামজবা উহৈদু অরেম্বদা অমফাও ফংদনা তোক্লে। মবুক লাম্নবা চিমপু কপ্পুনা ময়ুম হনখ্রে।

N.B. : *করাম চাওমল্লবসু অরেম্বদা তাই হায়বসে ঐখোয় খঙজনবা ফৈ।*

# শিংনবা

নোংমা ললোনবা নুপা অমা সমুদ্র মপান্দা অসুম কোইনা চৎলম্মী। খঙহৌদনা মানা নুপা অমনা কপ অমদা লৈঙোই হাপচলদুনা হৈদোক হৈজিন শান্নবা উরম্মী। নুপাদুনা মাগী কপ্তুদা লৈঙোই হাপচল্লগা অমুক হৈদোকপদু করিগীনো খঙনীংদুনা মনাক্তা চঙশিন্দুনা হংলম্মী, "মহাশোয়, নঙনা তৌরিদু করি তৌরিবনো?" "ঐ মীগী মরাইবক লেপ্পা মীনি।" নুপাদুনা ললোনবা নুপাদুদা খুমলম্মী। "ঐনা মী অমগী নোংমদা চাগদবা চাং হায়বা ঙম্মী।" "তশেংনা মদু নঙনা তৌবা ঙম্বা?" ললোনবা নুপাদুনা হংলম্মী। নোকফেৎ তৌনা নুপাদু মঙক নোমলম্মী। "অদু ওইহৌরবদি ঐ নঙোন্দা শিংনরি, ঐ ঙসি নুংথিনগী চাক চাহন্দবা ঙমগদ্রা?" ললোনবা নুপাদুনা হংই। "নঙনা ফৈ হায়দু অদুম য়াই," মীগী মরাইবক লেপ্পা নুপাদুনা খুমলকই। ললোনবা নুপাদুনা নুপাদুবু মায়থিবা পীনীংলম্মী। মানা দরকার লৈবা পোৎ খুদিংমক থৌরাং তৌরম্মী। অদুগা ঙা অমা লৈরগা মাগী নুপীদা হাওনা থোংনবা হায়রম্মী।

মাগী নুপীনা হাওনবা ফজনা থোং-থাক্তুনা চানবা থৌরাং তৌরম্মী। ললোনবা নুপাদু চাক চানবা ফমথবগা মতোমতা হায়রকই, "হেবা মানসু ঐবু ঙসি অয়ুক্কী চাক চারোইকা হায়রদনা, মথন্তা মুরুম মুরুম শোল্লদুনা হৌনা নোকপা হৌরকলম্মী। মাগী নুপীনা মাগীদু মঙোন্দা লক্করিবনি খল্লদুনা লাওনা মঙোন্দা চৈরক্লম্মী। মদুদগী মঙোন্দা ললোনবা নুপাদু শাওরক্তুনা মমাঙদা থল্লীবা চাক্তু হন্দোকলম্মগা ফুক হৌগত্তুনা যুমগী মপান্দা থোকখিরম্মী।

মহাক শাওবা হন্থরম্মী, মতমদুদা মাগা উন্নখিবা মীগী মরাইবক লেপ্পা বিধাতাগী বাদু নীংশিংলকই। মহাক ৱাখল খনবা হৌরকই, বিধাতানা করম্না ঐগী চাক্লেন চাহন্দবা ঙমখিবনো?

M

---

N.B.: *পঙবু পঙলবা মশাগী ৱাখল লৈতবা মীদি মীগী শানফম ওই হায়বসে ঐখোয়না কাওরোইদবনি।*

# শিবা হায়বসে নাম্ভোকপা য়াদ্রবনি

মতম অমদা কীসাগোতানি কৌবী মশক মতৌ ফজবী নুপীমচা অমা য়াম্না ইনাক খুনবা ইমুং অমদা লৈহোংলম্মী। মহাক মশক মতৌ য়াম্না ফজরবা নুপা মচা অমা পোকলম্মী। মরাইবক থিবদগী অঙাংদু নুমিৎ খরনিগী মতুংদা শিখিরম্মী। নহা ওইরিবী মমাদুনা মচাদু য়াম্না নুংশিজরম্মী। মানা মচা অশিবদু মথাদা কোন্দুনা পুরগা য়ুমথোং খুদিংদা চঙদুনা মচা ফননবা হিদাক হংজরম্মী। নহা ওইরবী নুপীমচাদুগী মতৌদুদা মী খুদিংনা নুংশিবীরম্মী। অদুদগী মানা বুধিস লাইনিংবা অমগী মনাক্তা অমুক চত্তুনা মাগী মতেং নিজরম্মী। "অফবী নুপী, নঙনা হংলীবা হিদাক্তু ঐ ফাওবা ঙসিফাও ফংদ্রি, অদুবু মসিগী মরমদা খঙবা মী অমখক্তি ঐ খঙই।" "অদু ওইরবদি নুপাদুগী মমিং অমদি লৈফম অমুক্তা তাকপীয়ু।" কীসাগোতানিনা হায়জৈ। "গৌতম বুধ খক্তনা হায়রিবা হিদাক্তু হায়বা ঙমগনি মহাক্কী মনাক্তা চৎলু।" অসুম্না লম্বোইবা অদুনা তাকপিরকই। কিসাগোতানি গৌতম বুধগী মনাক্তা চৎচরম্মী অদুগা য়াম্না নোল্লুক্না হায়জরম্মী, "হে ঈশ্বর! নঙনা ঐগী ইচাসি ফনবা হিদাক অমতং পীবীবা য়াগদ্রা?" "হোয়, ঐনা নঙগী নচাদু ফহনবা ঙমগনি", বুধনা খুমলকই। মমাঙউৌদগী হৌনা হিদাক থিবগী চৎনবী লৈরম্মী। "ঐ হঙ্গাম মরু খর পাম্মী," গৌতম বুধনা হায়রম্মী। মরাইবক থিরবী নুপীমচাদুনা হঙ্গাম মরুদু য়াম্না থুনা পুরক্কবা তৌরম্মী, অদুবু গৌতম বুধনা মখা তারকই, "নঙনা হঙ্গাম মরুদু হৌজিক ফাওবা মী অমত্তা শিদ্রিবা ইমুংদগী পুরক্কদবনি। মরাইবক থিরবী নুপীমচাদু অশিবা মচাদু পুদুনা অঙাওবীগুম য়াম্না থুনা হঙ্গাম মরু ফংনবা থিবা চেল্লম্মী। মী খুদিংনা মরাইবক থিরবী নুপী মচাদুগী মতেং পাংনীংলম্মী। ইমুং অমগী নুপীনা হঙ্গাম পীরম্মী, "সে নঙগী হঙ্গাম হায়বদো সিদা লৈরে।" অদুবু মানা হায়রম্মী, "ঐনা পাম্লীবদি হৌজিক ফাওবা ইমুংগী মী অমফাওবা শিদ্রিবা ইমুংদগীনি।" মী খুদিংনা মানা হায়রিবদু করিনো হায়বা খঙলমদে। মখোয়না হংলকই, "নঙনা হায়রিবদু করিনো ইবেম্মা! ঙসি ফাওবা মী শিদবা ইমুং লৈরমগনি হায়বা নঙ করম খনবগে?"

মানা মাগী মচাগীদমক্তা ঙসি ফাওবা মী শিদ্রিবা ইমুং অমত্তা থিবা ফংবা ঙমদ্রে। হৌজিক্তি মাসু অশিবা হায়বসিদা য়াব তারম্মী। মহাক হৌজিক্তি তাইবংগী চৎনবীদু ভাব তারক্লম্মী, মীওইবা ঐখোয়সে অমুকপু পোক্লবদি নোংমদি শোয়দনা শিগনি। মদুদগী মহাক ভাব তারক্কুনা পুক্লিং তপথনা মচা কায়নবগী মৈচাক ফাথরম্মী। অদুদগী মহাক মাগী মচা অশিবদু উমংদা থনল্লগা গৌতম বুধগী মনাক্তা লাকচরম্মী। গৌতম বুধনা মোমোন নোক্কুনা মাগী চিংনবা খুদিংমক কোকহল্লম্মী অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা পাউতাক কয়াসু তাকপীরম্মী। নুপী মচাদু গৌতম বুধগী ধর্ম্মগী ওইবা পাউতাক কয়া তারবা মতুংদা মাগী থম্মোয়দা অপেনবা অমগা লোইননা গৌতম বুধদা খুরুমজরম্মী। মঙোন্দা থোক্লিবা থৌদোক্কু মাগী মরাইবক্তা ইরম্বনা থোক্লিবনী হায়না খঙ্গরম্মী। অশিবা হায়বসি নাম্বোকপা য়াদ্রবা অমনি। মসিদগী মী কনাসু নাম্বোকপা ঙম্লোই। মরম অদুনা মসিবু মীপুম খুদিংনা পাম্না নৎত্রগা পামদনা য়াব তাবনি। মদুগী মতুংদগী মহাক গৌতম বুধগী শিন্যাসি ওইনা পুন্সি লেল্লম্মী।

M

N.B. : *ঐখোয় মীওই খুদিংমক শিব নায় হায়বসে খঙগদবনি, পুন্সিবু মশাক খঙনা চৎপনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংই।*

# অপাইবা শামু

মমাঙঙৈ কুইরবগী মতম লাইগা মীগা শম্নরিঙৈগী ৱারীনি। মতমদুদা ঈশ্বরনা শামুদা পাইবা ঙম্নবগী শক্তি পীরম্মী। ঈশ্বরনা শামুশিংদু মখোয়গী গাড়ি ওইনা শীজিন্নরম্মী। শামুগী য়াম্না চাওবা মশা মরি লৈরম্মী। মখোয় পাইনিংবা মফমদা পাইবা ঙম্লম্মী। অদুবু মীওইবনা মালেমদা লৈবা হৌরকপদগী ঈশ্বরনা শামুদা পূক্নিং কয়া চংলক্লে। মদুদগী শামুশিংদু শাওবা হেনগৎলকলম্মী। করিগুম্বা মতমদা ৱাকতৌনা কোইপাই পাইরম্মী। অদুগা করিগুম্বা মতমদা পাইবা ৱাদুনা য়ুমথক্তা পোত্থাবা ওইনা তাশিল্লম্মী। মখোয়গী অশেংবা ৱাখল্লোন্দি য়ুমশিংদু নিংখায়নবা তৌবনি। ঈশ্বরনা শেম্বা অতোপ্পা কয়াদা অৱাবা ওইগনি হায়বসি ঈশ্বরনা থোইনা খল্লমদে। মীওইবনা ঈশ্বরদা শামুদুগী তৌরিবা মওং মতৌদু য়ানীংদদুনা ৱাকৎলম্মী। অদুদগী ঈশ্বরনা মখোয়গী মথক্তা থবক তৌরগে খল্লম্মী। মালেমগী খ্বায়দগী চাওবা শামুশিংবু চাক্কৌরম্মী। শামুশিংনা করাম চাওবা মওংদা লোইনা চাথোক্লম্মী। মবুক পিক থম্বনা মখোয় তুমথরম্মী। ঈশ্বরনসু মখোয়বু পরা অমা তম্বীরগে খন্না তাঞ্জা অমা ঙাইবকপনি। মখোয়না তুম্লিঙৈদা ঈশ্বরনা মখোয়গী মশা লোইনা লৌথোক্লম্মী অদুগা মশা অনী অমা ৱাহোংদা পীথোকখিরম্মী অদুগা অচৌবা অনী অমনা লফু পাম্বীদা পীথোকখি। অদুগী মশাশিংদুনি ৱাহোংগী মশা অমদি লফু মনা ঐখোয়না উনরিবা।

শামুশিংদুনা হৌগৎলকপদা মখোয়গী মশা অমতা য়াওরমদ্রে। মদুদগী মখোয় ইকায়দুনা উমংদা চত্তুনা লোৎলম্মী।

N.B.: *তৌরু তৌরুবা থবক্কী মহৈ ঐখোয়না ফংই হায়বসি ঐখোয়না ৱারীসিদগী খঙলে অমদি ঐ মঙাইরে হায়না চৎলবদি ঐঙোন্দগী হেনবসু লৈ হায়বসে কাওরোইদবনি।*

# ভুত অমসুং ব্রামিন

য়াম্না ইংবা অহীংনি, মীয়াই চন্নবা ব্রামিন নুপা অমা লমজাও লমহাং ফাওদুনা ময়ুম তন্না চৎলম্মী। য়াম্না ইংবা নুংশিৎ অমা মঙোন্দা হুমলকলম্মী, ব্রামিন নুপাদু য়াম্না ইংলম্মী। মহাক্না থাপলক্না মৈঙান অমা উরকই। খর নকশিন্নকপা মতমদা মী খরসু মৈ তিকপা উরম্মী। ইংবনা তর চিংশিন্নবা ব্রামিন নুপাদু মৈনাক্তা চঙলগা মশা ঙাইহাক শাহন্নগা ময়ুম য়ৌনবা চৎলগে খল্লম্মী। মহাক মৈনাক তন্না চঙশিন্নম্মী। মহাক মৈশাদুদা য়াম্না নুংঙাইহ্রম্মী। নুংঙাইবনা মহাক খঙহৌদনা লাওরকই, "তাপাই, তাপাই", অশেংবদি মানা হায়রিদু "ঐ শাগৎলে, ঐ শাগৎলে" হায়বনি। মহাক মৈনাক্তুদা ইকোই-কোইনা ফমদুনা মৈ তিক্লিবদু মীওইবগা মান্নদবা ভুতনি হায়বা খঙলমদে। মখোয় ভাব তাদনা লাওরকই, কনানো ঐখোয়গা মান্নদবা য়াওরে। তাপাই হায়বা মিংসি ভুতশিংগী মরক্তা য়াওবা ভুত অমগী মমিংনি। ভুতশিংদু মীওইবা অমগী মচিন্দগী মখোয়গী মমান্নবা অমগী মমিং পন্নকপদা মখোয় ঙকলম্মী। মখোয়না মাবু হাৎকনি হায়না কিহন্নম্মী। ব্রামিন্দু মথাই য়াম্না ৱারম্মী, মহাক তৌফম খঙলমদে, মাগী খঙজবা লাইশোল তিনশোল কয়াসু কীবদগী লোইনা কাওরম্মী। অদুবু মমৈথংদা মহাক লৌশিং অমদি লাকলম্মী। মহাক কীবা ফাথদুনা লৈজবা থৌনা পুথোক্তুনা তাপাইবু মশক মুন্না খঙই হায়রম্মী। তাপাইগী মপা-মপু শুরোল অহুমদগী হৌনা মখোয়গী ইমুং-মনুংগী থবক তৌরম্মী হায়না ব্রামিন্না হায়রম্মী। অদুদগী তাপাইদু মাগী ৱাদু তাবদা মমান্নবা কয়াগী মমাঙদা কপলম্মী, "মানা করিগুম্বা ঐগী ইপা-ইপুগী মমিং হায়বা ঙন্নবদি ঐ মাগী খূৎলাই ওইনা শিজিন্নবা য়াব মীনাই ওইগনি।" হৈ শিংবা পুরিক্তুনা খুমলকই, "ঐনা ঐখোয়গী য়ুমদা মীনাই-নাইথাং ওইরম্বা মীগী মমিং করিগীদমক্তা হায়বা ঙম্লোইদগে? তৌবদবু মখোয়গী মমিং মথা লোইনা লেজরদা ইদুনা য়ুমদা লৈ অদুনা ঐঙোন্দা মতম খর পীবীয়ু ঐ শোয়দনা মখোয়গী মমিং পীজগে।" অদুদগী মখোয় য়াম্নবা অমগী মখাদগী মাবু চৎপদা অয়াবা পীরে অদুদি নুমিৎ হুমনি শুবা নুমিত্তা তাপাইগী ৱাহংগী পাউখুম পিগদবনি। নৎত্রবদি মহাক্তা নক্তনা মাগী ইমুং-মনুংগী মী লোইনা শিবগী দন্দি পীগনি হায়না ভুতশিং অদুনা ব্রামিন্দুদা

M

কিহল্লম্মী। থাদোরক্লবা ব্রামিন নুপাদু ময়ুমদা চৎলম্মী। মতমদুদা মহাক হিংলে হায়না খঞ্জরম্মী। অদুবু মতুংদনা মহাক কমদৌবা হায়না ৱাখল ৱারম্মী। পুরিত্তু নুমিৎ নীনি তুম্বা চাব চঙলমদে। ভুতকী ৱাহংগী পাউখুম করম্না পীগনি খনবদা অৱাবা অমা ওইরম্মী। ব্রামিনগী নুপী অমদি মচানুপীসু মথাই য়াম্না ৱারম্মী।

মথংগী অহীংনি হুন্নী চনবগী, মাগী ইমুংগী মীনা তুমথনখিবা মতমনি। মতমদুদা অৱাফমদা তারবা ব্রামিন নুপাদু মশা মথন্তা শিজরগে খল্লম্মী। মহাক ভুতকী মখুত্তা শিবগী মহুত্তা মশা মথন্তা থৌরি য়ান্দুনা শিজরগে হায়না খঞ্জরম্মী। মহাক উ পাম্বী অমগী মনাক্তা চৎলম্মী, মদুদগী থৌরি য়ান্দুনা শিজনবা হোৎনরম্মী। খঙহৌদনা য়াম্না নক্কা ৱাং-চাওরবা অমুবগী শক্তম অমনিখক উরম্মী। মদু উরুবদা পুরিত য়াম্না কীরম্মী। মহাক মফমদু থাদোক্তুনা য়াম্না থুনা চেল্লগে হায়না খল্লম্মী। অদুবু মহাক্না মফমদুদা লৈজবা লিংজেন মথৌনা পুথোক্তুনা অকিবা ফাথদুনা মখোয়না ঙাজনরিবদু করিনো তারগে হায়না খল্লম্মী। অদুবু মহাক্না মশক খঙদবা অমুবা অনীদু তাপাই অমদি মাগী নুপী ওইরম্মী। মাগী নুপীদু নুপী অমা ওইবগী য়াম্না খঙজনীংদুনা মাগী মপুরোইবগী পারি-পুরি মমিং মথা হংজরম্মী। তাপাই অহানবদদি মাগী নুপীদা হায়দোক্লীংলমদে, অদুবু মাগী নুপীনা কন্না খঙনীংনা হন্না হন্না হংবদগী মানা মাগী পারি-পুরিগী মমিংশিং মথং মনাও নায়না হায়রম্মী, "হারামু, মাগী মচানুপা হারামু, অমসুং মাগী মচানুপা তাপাই অমসুং মাগী মচা নুপা অপাইনি। ব্রামিন য়াম্না পূক্লিং চঙনা তারম্মী। মানা মথং মনাও নায়না চিনফা পুদুনা অমম্বা উমংদগী ময়ুম হল্লক্লম্মী।

ব্রামিন নুপাদু মশাদা মানা ঙমগনি হায়না য়াম্না থাজরম্মী। মথংগী নুমিৎনি, মহাক শেম শাদুনা ভুতকী মনাক্তা চৎলম্মী। মানা ভুত ময়ামদুগী মমাঙদা তাপাইগী মপা-মপুগী মমিংশিং হায়রম্মী। তাপাই মানা হায়রিবদু থাজবা ঙমলমদে। অদুবু মা করিসু তৌবা ঙমলমদে। অতোপ্পা ভুত ময়ামদুনা মহাক ব্রামিন নুপাদুগী মতুং ইন্না চত্তুনা মাগী মীনাই ওইনবা হায়রম্মী। অদুবু ভুতশিংদুনা ৱাফম অমদি থনম্মী। নঙনা হায়বা থবক খুদিংমক নুমিৎ খুদিংগী নোং ঙান্দ্রিঙৈদা তাপাইনা লোইনা পাংথোক্কনি অদুগা নঙনা করিগুম্বা মাগী থবক পীবা ঙমদ্রবদি মানা নখোয়বু হাৎকনি। অদুনা মাবু নুমিৎ খুদিংগী থবক পীগদবনি। হায়রিবা ৱাফমশিংদু ব্রামিন নুপাদুনা ইবাই লাইবা থবক্কী হায়না খল্লম্মী। ব্রামিন নুপাদু মানা ঙম্বগী য়াম্না হরাওনা ভুত্তুগা লোইননা ময়ুম হল্লকলম্মী। অদুগা মানা অহানবদা য়াম্না ফজবা কোনুং অমগা লাইশং অমগা শানবা হায়রম্মী। মথংদা পুখ্রি অচৌবা অমগা লুহোংগদবগী ঙাইহিবী মচানুপীগী অচৌবা

কা অমগা শানবা হায়রম্মী।ব্রামন নুপাদুনা হায়বা খুদিংমক থবক ওইনা ভুক্তুনা লোইনা পাংথোক্লম্মী। অদুবু মীওইবগী অপাম্বা অরেপ্পা অমদি লৈফম থোকই। মানা অপাম্বা খুদিংমক ফংলবা মতুংদদি মহাক ভুতকী মখা তাবা থবক পীবদা অৱাবা অমা ওইরে। ব্রামিন নুপাদু হৌজিক সনা লুপা অরং অরাক মরাং কাইনা লৈরে। অদুবু মহাক্কী পূক্লিং ৱাখল লৈতাবা ফংলমদে' ৱাখলনা মহাক শিরদরা হায়না মখ্বাই ৱারম্মী। মাগী নুপী য়াম্না হৈথোই শিংথোইবী লৌশিং লৈবীনি। মানা মাগী নুপাগী অৱাবদু উদুনা মনাক্তা চঙলক্লগা মাগী নুপাদু অৱাবদগী কনবীরম্মী। মানা মাগী নুপাগী পীশুমদগী শম অমা ফোইরগা হায়রকলম্মী, "সে, মসি মঙোন্দা চুমথোক্লবা পীয়ু মদু মানা কৈদৌঙৈদসু চুমথোকপা ঙম্লরোইদবনি। হৌজিক তাপাই অৱাবা ওইরে, হন্দক মঙোন্দা পীরিবা থবক্তুনা মায়থিবা তারে হায়না খঞ্জরম্মী। মানা অখোয়বা শমদু চুমথোক্লবা হোৎনবদা অৱাবা অমা ওইরে। অখোয়বা শমদু অমুক চুমথোকই অমুক কোক্সিনখি চুমথোকপা ঙমদ্রে। মমৈথংদা তাপাইনা ব্রামিন নুপাদু পেলহনবা ঙম্লরোই হায়না খঞ্জরম্মী। অসুম্না ব্রামিন নুপাদু মাগী হৈ-শিংবা অমদি ঈশ্বরগী থৌজান্দগী নুংঙাই য়াইফনা নুপী অঙাংগা লৈজবা ফংখি।

M

N.B.: *হৈ-শিংবা অমদি ঈশ্বর থাজবা মী ওইরুবনা ঈশ্বরগী থৌজান ফংদুনা নুংঙাইবদা মতম চঙখিদে।*

# ইঙ্খোল কোইবা অমসুং শওম

মতম অমদা য়াম্না চিকপা মফম অমদা নুপা অমা মথন্তা ইঙ্খোল কোইদুনা লৈরম্মী। মহাক মতু-মচা কনা অমত্তা লৈরমদে। মহাক মথন্তা ইঙ্খোলদুদা অয়ুক লুংথিল নুমিদাং খাক্তনা থবক শুদুনা লৈ। করিগুম্বা মতমদা মহাক্কা রারী-রাতাই শাননবা মমান্নবা অমফাও লৈতবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইরমদে। নোংমদি মহাক মফম কয়াদা চত্তুনা রারী রাতাই শান্নবা য়াব মী খর উন্নরুগে খন্দুনা চৎকে তৌরিঙৈদা শওম অমা চঙলকপা উরম্মী। মখোয় অনী অমগা অমগা শক-তাক্লদুনা মরুপ শান্নরম্মী। ইঙ্খোল কোইবা নুপাদুনা শওমদুবু মাগী ইঙ্খোলদা পুশিন্দুনা উইহে-রাহে পীজরম্মী। শওমদুসু মফমদুদা মতম খরা লৈথোক্লগে খল্লম্মী। অসুন্না মতম খরা লৈমিন্নরে। নোংমা ইঙ্খোল কোইবা নুপাদু থবক য়াম্না কন্না শুমনবদগী রামন্দুনা ঙাইহাক পোথারম্মী। শওমদু নুপাদুগী মনাক্তা লেপলম্মী অদুগা হয়িং তাল্লম্মী। অসুন্না শওমদুনা মানা তুপ্লিঙৈদা হেক হেক হয়িং তাল্লম্মী। নোংমগী নুমিৎনি ইঙ্খোল কোইবা নুপাদু মহৌশাগুম রামনবনা নুংথিল ঙাইহাক তুমথরম্মী। নুমিত্তুদা মহৌশাগুম শওমদুনা মনাক্তা লেপ্তুনা নুপাদুদা তোংবা হয়িং তাল্লম্মী। নুমিত্তুদা মহৌশাগা মান্নদবা মওংদা য়াম্না চাওবা হয়িং অমা পাইরক্লুনা নুপাদুগী নাতোন্দা তোংলম্মী। শওমদুনা মদু তাপ্থোকই অদুবু অমুক পাইরক্লুনা তোংলম্মী। অমুকসু শওমদুনা তাপ্থোকই, অদুবু অমুক হন্না পাইরক্লুনা নুপাদুগী নাতোন্দা তোংলৈ। শওমদুনা ফাবগে খন্না মখুৎনা ফারম্মী অদুবু নাপ্থোক্লুনা পাইখি। শওমদু য়াম্না শাওরে, হন্দক্কী মহাক হাৎলগে হায়না খল্লম্মী। মহাক্কা য়াম্না চাওবা নুং অমা থাঙ্গৎলগা হয়িংদুদা নন্দুনা হাৎলগে খন্দুনা নুংদু রাংনা থাঙ্গৎলগা নুপাদুগী নাতোন মপাদা কন্না শুজিল্লম্মী। হয়িংদুদি পাইথোকখ্রে অদুগা নুপাদুদি অপংবা মরুপ্তুগী মখুত্তা শিরে।

---

N.B. : *১) ইপা ইপুশিংনা হায়নবা লৈ, অপঙবা মরুপ অমা লোইনবগী মহৎ অশিংবা য়েরুবা অমা লোইনবনা ফৈ নৎত্রগা, ২) অপঙবা মরুপ অমগা লোইনবগী মহৎ অশিংবা হুই অমা লোইনবনা হেন্না ফৈ হায়নবসু লৈ।*

# য়েনাওশিংনা লমন খুম্বা

মতম অমদা লমহুই অমসুং য়েন য়াম্না লুনা তিন্নদুনা লৈরম্মী। নোংমা মখোয় চাক চান্নসি হায়না হায়নরম্মী। নুমিত্তুগী ওইনা লমহুইনা বিয়ার থৌরাং তৌরম্মী অদুগা মাগী মরুপ য়েন্দুবু মাগী ময়ূমদা চাক্কৌরম্মী। য়েনবীদু লমহুইগী য়ুমদা চৎলম্মী অদুবু মাদি বিয়ারদু মনম য়াম্না নমথিবনা শোকপা ফাও শোক্লমদে অদুদগী য়েনবীদুনা নোংমা অমুক লমহুইদুবু ময়ূমদা চাক চামিন্নসি হায়না চাক্কৌরম্মী। লমহুইদু য়েন্দুগী ময়ূমদা লাকলম্মী। য়েনবীদুগী বিয়ারদু য়াম্না ফরম্মী। মখোয় মবুক থন্না থকলম্মী। য়েনবীদু কা হেন্না থকচিল্লুবনা মহাক ঙাওরম্মী। লমহুইগী রাখলদা য়েনবীদু চাখোক্লগা মাগী অরাম খৌরাং কোকহল্লগে হায়না খল্লম্মী। লমহুইদুনা করেম্নবা ঈশৈ শক্লম্মী, "হে য়েনবী করিগী ওল্লি লৈমাইদা থরো থরো! নঙবু উরগা লমহুইনা নোক্লিনে। ফৌগী উচেকশুম, পুখ্রিগী ঙাগুম ওইগনু। ..." অদুদগী লমহুইদুনা য়েনবীদু ময়াদা উমশিন্দুনা মচেৎ মচেৎ শেত্তুনা চাথোকখ্রে। অদুগা অমুক খল্লকই য়েন্নাওশিংদো লোইনা চাথোক্লগে। মরমদুনা মানা য়েনাওশিংদু কদায়দা তুম্লিবগে হায়না হংই। মখোয়না খুম্লকই, "লৈরং মনুংদা।" মতৌ অসুম্না লমহুইদুনা চৎখ্রবা মতুংদা য়েনাওশিংদো মখোয়গী মশা ঙাকথোকচনবা উপায় অমা তৌরম্মী। মমানা য়েরুম অমা কোকলম্মী, মদু কোনবীনবা লৈরমদে। মরমদুনা য়েরুমদুদা মখোয়না হায়রম্মী, "নঙনা লৈরংগী মনাক্তা লৈরো অদুগা লমহুইদো মমিৎ তাংহল্লো।" অদুদগী অমুক বাইদা হায়রম্মী, "নঙনা থোঙজিন্দা লৈরো অদুগা লমহুইনা লাকপদা মাবু ঈস্থরো অদুগা শুক নঙনা থোঙগী মথক্তা ঙাইদুনা লৈরগা লমহুইদুনা হেক তুবগা মকোক্তা তাশিন্দুনা মকোক্কু মচেৎ তানা শুগাইরো। মখোয়না য়েরুমদু লৈরং ময়াদা থম্লে অদুগা মখোয়না কোল-লিক থম্নবা থুমোক মনুংদা শিংজং অমমম পায়দুনা লমহুইদু লাকপা ঙাইরম্মী।

লমহুই লাকলম্মী, মহাক হেক লাকপগা লৈরং তন্না চঙখিরম্মী, মানা লৈরং ময়া য়ৌরকপদা য়েরুমদু পোখাইদুনা লমহুইগী মমায়দা পান্দুনা মমিৎ উহল্লমদে। অদুদগী লমহুইদু অকিবা অমগা লোইননা মফমদুদগী নাম্থোক্লবা হোৎনৈ। অদুদগী

ব্লাইদুনা মাবু ঈম্বুরম্মী। লমহুইদু মবুক্লা শিংল শিংলগা নাম্ব্বোক্লবা হোংনৈ অদুদগী শুকনা অমুক মকোক্তা তাশিন্দুনা মকোক্লু থুগাইরম্মী। অদুদগী য়েনাওশিংদু অশাওবা লোইননা মখুত্তা শিংজং অমমম পায়দুনা চেম্ব্বোরক্লুনা লমহুইদু মচেং তানা য়াম্বুংলম্মী। অসুম্না মখোয়না মমা হাংপগী লমন শিংলম্মী।

N.B. ঃ *ফত্তবা তৌবগী মহৈদি ফত্তবা ফংই, অদুনা ঐখোয় অফবা থবক তৌদুনা মহৈ ফংনবা হোৎনগদবনি।*

# কৃষ্ণ মশামক লেংবীরকপা

মতম অমদা য়াম্না ইং-তপ্পা চিংলেম্না থৌজাল লৈবা হরিহার কৌবা লৌমী অমা লৈরম্মী। মহাক মতম অয়াম্বদা মাগী লবুক্তা থবক শুদুনতা লৈ। মহাক শুবা নোম্বা কনবা মীনি। অদুগা মহাক অহাংবা মতমদা ঈশ্বরবু পুজা তৌজদুনা ঈশ্বরগী মিংথৈ শোঞ্জদুনা মতম লেপ্লী।

মতম কুইনদগী মাগী নীংজবা অমথক লৈরম্মী। মহাক উদুপিদা লৈবা লোর্ড কৃষ্ণগী লাইশংদা চত্তুনা অমুক্তং খুরুমজবা মাগী অপাম্বনি। উদুপি, খা-থংবা করনাতাকাদা লৈবা হিন্দু লাইনিংবশিংগী মরু ওইবা লাইফমনি। চহি খুদিংগী উদুপিদা লাইনিংবা লীশিং লীশিংগী মথক্তা চৎনরম্মী। হরিহার মশামক মফমদুদা অমুক্তদি চৎনিংবেনি। অদুবু লাইরবা মরম্না মহাক চৎপা ঙমলমদে। মতম থরগী মতুংদনি, হরিহার মশাগী শু-নোম্বগী মহৈনা চাবা থকপা মরাং কায়রক্লে। হৌজিক মহাক নুংঙাই য়াইফবা লৌমী অমা ওইরক্লে। মহাক অহানবমক্তদা মানা মতম কুইনদগী খল্লক্লবা লাইফম চৎপগী থবক হান্না পায়খৎলম্মী। মাগী নুপীনা খোঙচৎ অদুদা কোন্নবা অচা-অথক কয়া মরাং কাইনা থৌরাং তৌবীরম্মী। মহাক গাড়ীদা চৎলবদি শেল য়াম্না তিংলনি খন্দুনা মখোঙনা অশম্বা লম্বীদা চৎলগে খল্লম্মী।

মহাক্না লম্বীদা অসুম লাকপদা অহল ওইরবা নুপা অমা থেংনরম্মী। অহলদু য়েংবদা য়াম্না অরাবা তারবা শক্তমদা উই। মহাক্না লাইফম চৎলিবা মী খুদিংদা মতেং নিরম্মী মদু কনা অমতনা মাগী মতেং পাংবীরমদে। হরিহারনা অহলদুগী মথৌদু উবদগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হংলম্মী, "বাবা, নহাকসু উদুপিগী লাইফমদা চৎকদৌরিব্রা?" অহলদুনা খুমলম্মী, "করম্না ঐনা চৎপা ঙমগনি, ইচা অমনা নাদুনা লৈরি অদুগা অমনা নুমিৎ হুম্নিদগী চরা হেন্দুনা লৈরিবনি। হরিহারনা অহলদুগী ৱা তারবগী মতুংদা মহাক অহলদুগী ময়ুমদা হান্না চৎলগে হায়না খল্লে। হরিহারনা অহলদুগী ময়ুম হেক য়ৌবগা মাগী য়াওরকপা অচা অথক পুথোক্তুনা অঙাংশিংদুবু পীজরম্মী। অদুগা হিদাক লাংথক লৈবীদুনা অনাবা অঙাংদুবু পীজরম্মী অদুগা মানা পুরকপা শেল খরসু

অহলদুদা পীবীরম্মী। মহাক্না মতম খর অহলদুগী ময়ুমদা লৈদুনা অনাবা অঙাংদুগী সেবা তৌবীরম্মী। অঙাংদু নাব্ হেক ফবগা মহাক মখা অমুক চৎথরগে খল্লে। তৌইগুম্বসুং মাগী নীংবা কায়নিংঙাই ওইবা অমনা মহাক লাইফম য়ৌনবা শেল মরাং কায়না য়াওদ্রে। মরমদুনা মহাক ময়ুম হল্লগে হায়না লেপ্লে। অৱাবা তারবা অৱাৎপনা থল্লবা মীগী মতেং পাংথোকখিদুনা লাইফম য়ৌবা ফংদবগী থোইনা মঙোন্দা নুংঙাইতবা ফাওদে। উদুপিদা লৈরিবা কৃষ্ণমক্না হায়বীখিবা লৈ, "ঐবু পেন্নবা সেবা তৌবগী মহুৎ অৱাৎপনা থল্লবা লাইরবা মীগী মতেং পাংবনা হেন্না ফৈ, হরিহারনা মাগী ময়ুম হেক য়ৌবগা মাগী নুপীদা থৌদোক্কুগী ৱারীদু মরিকচুন্না তমলম্মী। মাগী নুপীসু মাগী ৱারীদু তাবদা য়াম্না হৱাওরম্মী। নুমিত্তুগী অহীংদা লোর্ড কৃষ্ণ মশামক মাগী ময়ুমদা লাকপগী মঙ অমা মঙলম্মী। মানা হরিহারবু থৌজানবীবগা লোইননা হায়রম্মী, "হরিহার, নঙ ঐগী অশেংবা ইনায়নি, মীগী অশেংবা মমল খঙদবা মীনা ঐগী ইনায় ওইবা য়ারোই। নঙনা নঙগী য়াম্না পামজবা, মতম কুইনদগী নিংজরক্লবা লাইফমগী খোংচৎপু থাদোক্লুনা অৱাৎপা কয়ানা পীক থল্লবা মী অমগী মতেং পাংবা হায়বসে ঐমক্না ফাওবা তৌবা ঙমদে। ঐ মতম খুদিংমক্তা নঙগা লোইননা লৈগনি। নঙগী থৌজাল হৈবা মীনুংশি চাওবা ৱাখন্দু কৈদৌঙৈদসু থাদোক্কনু।" অসুন্না হরিহারনা লাইফম চৎপগী মহৈ ফংজখি।

N.B. : *ৱারী অসিদগী ঐখোয়না খঙলে, মীনুংশি লৈবা, ধর্ম্ম লৈবা মীদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংই। ঈশ্বর পেন্নবা সেবা তৌবগী মহুত্তা মরাইবক থিরবা মীগী মতেং পাংবনা ঈশ্বরনা পেনবীবা হেল্লী।*

# তেজিমালা অমুক হল্লকপা

মতম অমদা তেজিমালা কৌবী নুপী মচা অমা মাগী মপা বসন্তগা য়াম্না নুংশিরবা তুরেল খোংবান্দা লৈরম্মী। মানা য়াম্না পিক্কিঙৈদা মাগী মমা লৈখিদ্রে। নোংমা মাগী মপা বসন্তগা লোইননা নক্কনা লৈবা খুঙ্গং অমদা লুহোংবা অমা য়াওবা চৎলম্মী। মফমদুদা মাসু মশক মতৌ য়াম্না ফজবী মিন্টি কৌবী নুপী অমগা লুহোংদুনা ময়ুমদা হল্লকলম্মী। লম্বীদা মিন্টিনা তেজিমালাবু য়াম্না নুংশিনা পম্বীরম্মী। মদু উবদা বসন্তনা খল্লম্মী মিন্টিনা মাগী মচা নুপী তেজিমালাবু য়াম্না নুংশিনা লোইনবীগনি হায়না। বসন্ত মগী নুপী মিন্টিদা মাগী মচানুপী তেজিমালাদু লুনা তৌবীনবা হায়রম্মী। মিন্টিসু বসন্তগী মমাংদা তেজিমালাবু য়াম্না লুনা তৌরম্মী। বসন্ত মতম খরগী মতুংদা মাগী করবারগীদমক্তা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎপা তারম্মী। মানা মাগী নুপী মিন্টিদা মচানুপী তেজিমালাবু চেকসিন্না শিন্নরম্মী অমগা লংফৈগীদমক্তা খোংশাল্লম্মী।

মতম খরগী মতুংদা মিন্টিনা তেজিমালাবু নুংশি হৈতনা লোইনবা হৌরক্লম্মী। বসন্ত মাগী নুপী মিন্টিনা মমাঙদা নুংশিবা শারিবনি হায়বসে খঙলমদে।

মানা তেজিমালাবু মীনাইনুপীদৌনা শিজিন্নবা হৌরক্লম্মী। করিসু লৈতবা মরম অমগীসু ঙাওবী চৈবীবা হৌরক্লম্মী। বসন্তদি ললোনবা মীনি, মতম অয়াম্বদা মহাক ময়ুমদা লৈতে। চহি খর হৌখ্রে মহাক ময়ুমদা হল্লক্তবা। তেজিমালা চাওবা শরেপ ফারক্তুনা মশক মতৌ ফজবী লৈশাবী অমা ওইরক্লে। নোংমা মখোয়গী কোৎ ময়াদা লিল অমুবা অমা চৎপা মিন্টিনা উরম্মী। মানা তেজিমালাবু কোক্তুগী থোঙ ময়াদা নুমিৎ চুপ্পা অমা ফন্নবা হায়রম্মী। তশেংবদি লিল অদুনা তেজিমালাবু চিক্লবা তৌবনি। অদুবু মরাইবক থিরবী নুপীমচাদু লিলদুনা চিকলমদে।

নোংমগী নুমিৎনি মশক মতৌ য়াম্না ফজবা পাখং অমা মাগী য়ুমদা লাকলম্মী অদুগা মানা তেজিমালাবু মাগা লুহোংনবা হায়রম্মী। তেজিমালা ইকায়দুনা ফক্লাংগী মরুমদা লোৎচরগা তাজরম্মী। মাগী পোক্তবী মমানা খঙলাও লাওনা চৈরকই, "হে ইকায়দবী মীনাইনুপী লৈশাবী চৎলুনে ফি-শুফমদা, অরৈবা ফিদো লোইনা শুদোক্লুসো।"

নহাদু নীংবা কায়না হনবা তারম্মী। পোক্তবী মমা মিন্টি অউনপোৎকী ৱাখন্দা মথাই ৱারম্মী। তশেংনা তেজিমালাগী লুহোংবদা মানা করিগুম্বা অমতা পীনিংলমদে। মরমদুনা মিন্টিনা তেজিমালাবু হাৎনবা থৌরাং অমা তৌরম্মী। মথংগী নুমিৎতা মানা তেজিমালাগী চানবদা হু য়ানশিল্লম্মী। তেজিমালাদি খঙদবনিনা লোইনা চারম্মী অদুবু ঈশ্বরগী থৌজান্দগী মহাক কবিসু তৌরমদে।

নোংমগী নুমিৎনি মমা মিন্টিনা শুম্বলদা মরু মরাং শুরম্মী মানা তেজিমালাবু হাৎলগে হায়না খল্লম্মী। তেজিমালাবু মনাক্তা কৌশিল্লগা শুম্বল মনুংদা অরংবা অমা য়াওরিসি করিনো য়েংউলাও হায়রম্মী। তেজিমালানা শুম্বল মনুংদা নোম্ণুনা য়েংলম্মী। মিন্টি অমুক্তদা লৈজবী পাঙ্গল ফুদোক্তুনা তেজিমালাগী মকোক্তা শুক্লা শুথরম্মী। মরাইবক থিরবী নুপীমচাদু লৈমাইদা লোংনা হাইথদুনা খুদক্তা শিরম্মী। মিন্টিনা অশিবা হকচাংদু য়ুমগী ইঙ্খোল মতাইদা ফুমলম্মী। মতম খর লৈরগা মফমদুদা মোরোক পাম্বী অমা হৌরক্লম্মী। মোরোক্তু মপুং মরৈ ফাদুনা মহৈ য়াল্লক্লে। নোংমা মিন্টিনা মোরোক্তু হেকলম্মী মদুদা খঙহৌদনা খোঞ্জেল অমা পাম্বীদুদগী থোরকলম্মী। তশেংনা তেজিমালাবু মানা হাৎখিবনিনা অমুক্তা তান্দ্রিবা অনৌবা খোঞ্জেন্দু তাবদা পাখৎপা অকিবা অমা পোকলম্মী। অদুদগী পাম্বীদু ফুক্তত্তুনা তুরেলদা লংথখিরম্মী। মতম খরা লৈরগা থম্বাল পাম্বী ওইনা অমুক হৌগৎলকই। বসন্ত মতম কুইরবগী মতুংদা ময়ুমদা হল্লকলম্মী। মানা লম্বীদা অশুম লাকপদা ফজখ্রবা থম্বাল অমথক তুরেলদা শাৎপা উরম্মী, বসন্তনা থম্বালদু উবদা থম্বালদুবু হেক্লগা মচানুপীগীদমক্তা পুগে খন্দুনা হেকলুবদা হান্ন গুম্না খোঞ্জেন অমা থোকলকলম্মী। মহাক খুদক্তুদা মাগী থম্মোয়দা চিংনবা অমা ফাওরকলম্মী। মানা ময়ুম য়ৌবা মতমদা মাগী নুপী মিন্টিনা তেজিমালা লৈখিদবগী ৱারীদু কপশিন্নদুনা লিননবা হোৎনরম্মী। বসন্তনা ৱারী খুদিংমক খঙলদুনা মিন্টিবু মঙক পায়দুনা য়ুমদগী তান্থোকখিলম্মী।

N.B. : *পূকচেল পিকপা মীনুংশি খঙদবা মীদি শাগী পাংখক্নি হায়নৈ।*

# অশিংবী নুপী

থায়না মমাঙউঙে খুঙ্গং অমদা মৌলানা কৌবা লৌমী অমা লৈরম্মী। নোংমা মাগী ষণ অমা মাঙখিরম্মী। মানা মাগী ষণদু থিবদা ফংবা ঙমদ্রে, খুদিংমক অরেম্বদা তারে। থিবা ফংদ্রবদা মানা মাগী নুপীদা হ্বারী শারম্মী, "নঙবু তারিব্রা?" "তাইএ, করি হায়গে?" "য়েংঙোই, ঐখোয়গী ষণসু মাঙখ্রবনিনা ষণ য়াওদনদি করম্না লৌ খোয়গনি? লৌফমদু খোয়দ্রগদি ঐখোয় করম্না হিংগনি? মালান্নাগী নুপী য়াম্না হৈ শিংবী লৌশিং লৈবী নুপীনি। মানা য়াম্না ইং তপ্না খুমলকই, "ঐখোয় অনৌবা ষণ অমা লৈবা তাবনি, অদুবু নঙদি য়াম্না হৈখোয় শিংদোইবা খর হ্বাৎলি, হোংনা লৈবা ঙম্লোই অদুনা ঐগা লোইন্না চৎলগা অহোংবা অফবা ঐখোয়গী হান্নগী অদুগুম্বা অমা লৈনবা।" মৌলানানা মাগী নুপীগী হ্বাদু য়ারোইদবগী মরম লৈতে, মঙোন্দগী মাগী নুপীনা হৈখোয় শিংদোইবা হেল্লী হায়বসে মশাসু খঙই।

মখোয় অনী ষণগী মেলাদা ষণ লাব অমা লৈবা চৎলম্মী। মখোয়না মেলাগী মফমদা চৎলিঙৈদা মৌলানাগী নুপীনা মখোয়গী মাংখিবা ষণদু উরম্মী। মানা মখোয়গী ষণদুবু মশক খঙবদা সেকেন্ড অমা ফাওবা চঙখিদে। তশেংনা হুরানবদো মেলাদা য়োনবা পুরকপনি। মানা মাগী নুপাদা মখোয়গী ষণ অমদি হুরানবদুগী মরমদা হায়রম্মী, মৌলানানা ষণ উবদা মখোয়গীনি হায়রম্মী। হুরানবদুনা য়ারমদে। ষণদু মাগীনি হায়না কন্না মরৈ তৌরম্মী। মানা হায়রকই, "ঐগী ষণসে নখোয়গীদুগা মান্নরম্বদি য়াই অদুবু মসিদি ঐগীনি। মেলাদা য়োন্নবা পুরকপনি।" মাগী মরৈদুদা মৌলানাগী নুপীনা লৌশিং অমা লাকলম্মী, খুদক্তুদা মানা ষণগী মমিৎ অনীদু মখুৎনা খুমজিল্লম্মী অদুগা হুরানবা নুপাদুদা হংলকই, "ষণসে নঙগীনি হায়রবদি মাগী করম্বা মিৎ য়াদবগে?" হুরানবদু নুপীদুগী হ্বাহংদা ঙাইহাক ঙকলম্মী খুমফম খঙলমদে। ঙাইহাক তুমিন লৈরম্মী মহাক খুমফম খঙলমদে। অদুবু মহাক্না খুমলকই, "য়েৎথংবা মিৎ য়াদবনি", "অমুক্তুংগা খল্লুখোদা, নৎত্রগদি তুংদা অমুক নীংঙমলোইদা", মৌলানাগী নুপীনা হায়রকই। অদুদগী হুরানবদো চমম্নবা হৌরক্লে, মহাক খুমফম খঙদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা অমুক খল্লগা

হায়রকই, "মদু হান্নদগী মিৎ য়েৎ য়াদবনি, মদু হান্নদগী মিৎ য়েৎ য়াদবনি।" মখোয়গী য়েৎনবদু তাবদগী মী ময়াম মখোয়গী মনাক্তা চঙলক্লুনা কোয়না লেপলম্মী। মৌলানাগী নুপীদুনা ময়ামদুগী মমাঙদা ষণদুগী মমিৎ খুম্বদু হাংদোকলম্মী। মমিৎ অনীমক করিসু তৌরমদ্রে। হৌজিক্তি মীয়ামদুনা মৌলানাগী নুপীদু নুংশিবীদুনা হ্বানবদু থিনা ফুবীরম্মী। হৌজিক মৌলানানা মাগী নুপীগা হরাওনা মখোয়গী ষণদু পুদুনা ময়ূম হল্লক্লে।

N.B. ঃ *হ্বানবা মী হাযবসি কনানসু নুংশিদে অদুগা অশিংবা, লৌশিং লৈবা হায়বসি মতম পুম্বদা খুদোংচাবা ফংই। ইপা ইপুনা হায়নবা রাহৈদা লৌশিংনা শামু ফাই হায়নরিবনি।*

# ওক্কী মপোক

মতম অমদা ওঝা অমগা মাগী য়াম্না নুংশিজবা হায়বা ইনবা ওঝা গুরু মশক খঙবা ছাত্র অমগা লৈরম্মী। ওঝাদু ঈশ্বরগী শক্তী লৈরম্মী, মহাক মথংগী মপোক্তা করি ওইনা পোক্কদগে হায়বা খঙবা ঙম্মী, অমদি মমিত্তা উবা ঙম্মী। নোংমা মানা মাগী মথংগী মপোক অমদা করি ওইনা পোক্কদগে হায়না য়েংবা পামলম্মী। নোংমগী নুমিৎনি, মানা ঈশ্বরগী শক্তি শিজিন্নদুনা মথংগী মপোক্তা করি ওইনা পোক্কদগে হায়না ধ্যান তৌদুনা য়েংলম্মী। মদুদা ইদুনা থনম্লবা মথংগী মপোক্তা পোক্কদবদু মাগী মমিত্তা উরম্মী। অদুদগী মানা মাগী য়াম্না ফবা মাগা চান্নজবা মবুকচেল শেংবা ছাত্র অমবু কৌশিল্লগা হংলম্মী, "নঙনা ঐঙোন্দগী ফর্ংলিবা মতৈ ময়ামদুগী মহুক্তা ঐগীদমক্তা করি তৌবা ঙমগনি?" মাগী ছাত্রদুনা খুমলকই, "ঐগী ওঝানা হায়বা খুদিংমক ঐনা তৌগনি।" ওঝাদু মাগী ছাত্রদুগী পাউখুমদা য়াম্না হরাওরম্মী অমদি মাগী মবুক পুকপেল পেল্লম্মী। মানা হায়রকই, "মসিনি ঐনা নঙবু ঐগীদমক্তা তৌহনবা পাম্লিবসে। ঐনা য়েংবদা ঐহাক মথংগী মপোক্তা ওক ওইনা পোক্কনি। ঐ কয়াম কুইনা লৈরগা শিগদগে হায়বা ঐ ইশানা খঙলবনি। য়েংঙু আ লমহান্দা অমোং অকাই মরক্তা ফত্ত-হাওদি চারিবা ওক অমোমসি উব্রা? মহাক য়াম্না থুনা মচা মরি পোক্কনি। মচা মরিশুব ওক মচা অমগী পিশুম মথক্তা দাকফম অমা লৈগনি মদু ঐগী মপোক্কী। মদু নঙনা নঙগী থৌরবা থাংনা মবুক্তা থিল্লগা হাৎকদবনি। মদু ওইরবদি ঐ ওক্কী পুন্সিদগী নাম্থোকপা ঙমগনি। ঐ ওক্কী পুন্সিদা লেনবা পামদে, মসি নঙনা ঐগীদমক্তা তৌবা ঙমগদ্রা?" ছাত্রদুনা মাগী ওঝাগী বাহৈদু তাবদা মথ্নাই য়াম্না নুংঙাইরমদে অদুবু মানা রাশকখিবনা মরম ওইরগা মহাক পামদ পামদ য়াব তারম্মী।

মতম খর লৈরগা মাগী ওঝাদু শিরম্মী, অদুগা মতম ইকান কান্নদনা ওক মপিদু মচা পোকলম্মী। ছাত্রদুনা ওক মচাশিংদু য়াম্না থুনা উবা ফংলম্মী, অদুদগী মানা মাগী থাংদু ফেংদোকলম্মী। অদুদগী মানা পীশুম (মীৎ) মপান্দা দাকফম লৈবা ওক মচা অমা লৌখৎলম্মী। অদুদগী মঙক্তা থাংনা লেনগে তৌরিঙৈদা অপিকপা

ওক মচাদুনা লাওরকই, "ঙাইখো, ঙাইখো ! নঙ ঐবু হাৎকনু !" ওক মচাদুনা মীওইবগী খোঞ্জেন্দা ঙাঙলকপ তাবদা মাগী থম্মোয়দা থুক লাওবা পাখৎপা অমা পোকলম্মী। ঙাইহাক্তং পূক্লিং ফাথবা ওইনা তুমিন্না লৈরম্মী। ওক্কী মপোক্তা পোক্লবা মাগী ওঝাদুনা অমুক হায়রকই, "ঐবু হাৎকনু ! ঐবু হাৎকনু, ঐ হৌজিক ওক্কী মপোক্তা য়াম্না নুংঙাইরি। নঙ ঐবু থাদোকউ ঐবু চৎহল্লু।"

খোঞ্জেন্দু তাবদা ছাত্রদুনা খল্লকই। ঐগী ওঝা ফাওবা মাগী মরাইবক লেপচবা ঙমজদে। তশেংনা হায়রবদা ঐখোয় মীওইবা খুদিংমক ইশাগী লাইবক ইশানা লেপচবা ঙমজদে। মসিগী ৱাখলসি হেক খল্লকপগা মানা ওক মচাদু থাদোকখিরম্মী।

N.B. : *ৱারীসিদগী ঐখোয়না খঙ্বা ঙম্লে অদুদি মীওইবা ঐখোয়সি শিরবা মতুংদা মপোক অমদা অমুক অতোপ-অতোপ্পা থরায় পানবা জীবদা অমুক পোকই হায়বা।*

# মীওইবা মমৈ পাল্লম্মী

মথায় থায়না মমাঙঙৈদা ঈশ্বরনা মী শেম্লকপদা মমৈ পাল্লম্মী হায়নৈ। মখোয়না চৎপা খুদিংদা লৈমাইদা মমৈ চিংদুনা চৎলম্মী। মখোয়না মমৈ অদুগীদমক্তা য়াম্না পোংজরম্মী। মখোয়না কেনা-নান্না চৎপা মতমদা মমৈদু মখুত্তা য়াম্থরগা চৎলম্মী।

মখোয় মমৈগী অশাংবগী মতুং ইন্না মীদুগী মওং লেপনৈ। অদুগা নুপীশিংগীসু মমৈনা মখোয়গী ফজবগী লৈতেং ওইরম্মী। মমৈ তেন্না পোকলক্লবা মীদি মরাইবক থিরবনি হায়না লৌনৈ। ময়াম মরক্তগী খ্বাইদগী মমৈ শাংবদুনা মখোয় ময়ামগী মকোক ওইনা খল্লম্মী। মমৈ খ্বাইদগী শাংবা মীবু মখোয় ময়ামগী লুচিংবা ওইনা খল্লম্মী। মমৈ খ্বাইদগী শাংবা মীবু ঈশ্বরনা মখোয়গীদমক্তা লৈবাক ঙাক্নবা থাবীরকপা মীনি হায়না লৌনরম্মী।

তৌইগুম্বসুং মসিনা অচৌবা ৱাথোক অমদি ওইরক্লম্মী। মী য়ামখৎলকপগী মতুং ইন্না মখোয়গী মমৈশিংদুনা মখোয়দা অৱাবা অমদি ওইরক্লে। মীয়াম মরক্তা, কৈথেলদা, লুহোংবদা অমদি য়ুমদা অমগী মথক্তা (মমৈ) দা অমনা নেত্তুনা তুশিনবগী অচৌবা অৱাবা অমা ওইররে। অসুম্না মিনিৎ কাংদনা ও, আ, উস হায়বা মখোলনা মালেম পুমনিন নিনবা হৌরক্লে। মসিনা মখোয়দা অৱাবা অমা ওইরকলম্মী।

পাখং লৈশাবী কয়া কয়াসু মখোয়গী মমৈ তেনবা মরম্না ময়ুম পানবা খঙদনা লৈবা কয়ানি। মখোয় মীমাঙদা থোকপা ইকায়নরম্মী।

নোংমা ঈশ্বর অমা কৈথেলদা কোয়রকলম্মী। মাগী মমৈ য়াম্না শাংলম্মী। মহাক মমৈ য়াম্না শাংবগী মতিক য়াম্না পোংজরম্মী। কৈথেলদু মীনা পিক থল্লম্মী মহৌশাগুম। ঈশ্বরদু হান্নদগী খঙলম্মী মীনা মাগী মমৈদা শোয়দনা নেৎলক্কনি হায়বসে। মাগী মমৈদা মীনা নেৎলকপদগী মহাক তুরম্মী অদুগা মাগী য়ামাঙ অনীসু নুংদা য়েশিন্দুনা তেক্লম্মী। মনাক্তা লেপ্লীবা মী কয়ানা হৌনা হৌনা নোকলম্মী মাগী মতৌ উবদা। শাওমনখিবনা মাগী মমৈদু খুদক্তা থদৎলগা লংথোকলম্মী। মীপুম খুদিংমক

মখূৎ তুংবুন্নদুনা লেপ্লগা য়েংনরম্মী। খঙহৌদনা মীপুম খুদিংগী মমৈশিংদুসু মথন্তা লোইনা কেনখিরম্মী। অদুদগী ঈশ্বরদু ময়ামদু থাদোক্তুনা থুনা চৎখিরম্মী।

অদুদগী খঙহৌদনা ঈশ্বরগী মমৈদু পার্ম পাম্বী ওইনা হৌরকলম্মী অদুগা মীয়ামগী মমৈশিংদুনা ময়া থৌনা পানবা নাপ্পী অৱাংবা ওইনা হৌরকখি মদুগী নাপ্পীশিংদু হৌজিক ঐখোয়না শুমচিৎ ওইনা শিজিন্নরি।

N.B. : *ঈশ্বরনা তাইবংগী মপুনি, তৌগে খনবদা তৌবা ঙম্মী হায়বগী মওং ৱারীসিনা তাক্লি।*

# শেল পানবা উ পাম্বী

মথায় থায়না মমাঙউঙেদা ব্রামিন নুপা অমা অত-পত নাগর কৌবা সহর অমদা লৈরম্মী। নোংমগী নুমিৎনি মাগী চানবা করিসু লৈরমদে, মদুদগী মানা নিংথৌগী মনাক্তা চত্তুনা মতেং খর নিরম্মী। নিংথৌনা মঙোন্দা মতেং ওইনা লুপা ১০০ পীরম্মী। অদুবু মদু ব্রামিন নুপাদুনা লৌ হায়বা য়ারমদে। ব্রামিন নুপাদুনা য়াম্না ইং-তপ্না ইকায় খুম্নবগা লোইননা হায়রকই, "ইনিংথৌ, ঐ নঙগী অৱাৎপা লৈত্রবা লনগৈদগী পীরকপা শেল পামদে ঐনা পাম্বদি নঙগী নশানা ৱানা থবক শুরুৱগা ফংলকপা শেলদগী নঙনা পীনিংবা পৈশা অমখক ওইরবসু নঙনা পীরকপদা ঐ য়াম্না হরাওনা লৌগনি। নৎত্রগা নঙনা থবক কন্না শুবগী তারকপা পিশুমগী পিরাং মরিক অমখক ওইরবসু য়াগনি। ব্রামিন নুপাদুদা নিংথৌদুনা পীগনি হায়না ৱাশকলম্মী। অদুবু মতমদুদদি মহাক করিশু পীবা ঙমলমদে, মরমদি মহাক্কী হুমাং মমন্না তানবা করিসু লৈরমদবনা। নিংথৌদুনা ব্রামিন নুপাদুদা নুমিৎ নীনিগী মতুংদা লাকপীনবা হায়জরম্মী।

মথংগী নুমিৎনি, নিংথৌদু অয়ুক ঙন্না হৌগত্তুনা মাগী নিংথৌগী ফিজেৎ লৈতেং লোইনা লৌথোক্লম্মী অদুগা শেগায়বা অমনবা ফিরোল শেৎ ইন্দুনা খুঙ্গং অমগী মনাক্তা চৎলম্মী। মাবু কনানসু নিংথৌনি হায়বা মশক খঙবা ঙমলমদে মাগী শেৎলি ইল্লিবা ফিজেত্তুদা।

মানা সরক্তা থবক শুরিবা মীয়াম মনাক্তা চঙলম্মী অদুগা থবক শুবা পান্নরিবা মীদুদা থবক শুবা য়াওজগে হায়জরম্মী। থবক শুবা পান্নরিবা দফাদারদুনা মঙোন্দা করি থবক শুবা ঙমগদগে হংলম্মী। অপীবা থবক অমা হেক্তা শুজগে হায়না নিংথৌদুনা খুম্নম্মী। "ফরে অদুদি নঙ গয়েন্তিসি পায়রো অদুগা সরক্তু তৌথায়য়ু, মদু লম্বী নৌনা শেমগদবনি।" অসুম্না দফাদারদুনা নিংথৌদা থবক পীরম্মী।

অদুবু নিংথৌদো অদুক য়াম্না ৱাবা থবক্তু শুবা ইহৈ হৈনরমদে, মহাক য়াম্না থুনা ৱাবনা মশা তপ তারম্মী। শ্বর মপি হোন্দুনা য়াম্না অৱাবা অমা ওইরম্মী। গয়েন্তি

কল্লা পায়শিনবগী মখূৎশু লোইনা ঈশিং হাল্লম্মী। মাগী মতৌ য়েংবদা নুংঙাইত্রদুনা দফাদারদুনা মাবু থবক শুবা লেপহল্লম্মী। মাগী খূৎশুমন ওইনা অননা মরিখক লংলগা পীরকলম্মী অদুগা মাবু তাম্বোরকলম্মী। নিংথৌদু অননা মরিদু খুল্লগা কোনুংদা হল্লকলম্মী। হায়নখিবা নুমিৎ অদুমক্তদা ব্রামিন নুপাদু নিংথৌগী মনাক্তা লাকলম্মী। নিংথৌনা মাগী ফুরিৎখাওদগী অননা মরিদু লৌথোক্লগা ব্রামিন নুপাদুদা পীরম্মী অদুগা হায়রকই, "সে মসিগী অননা মরিসে লৌরো, মসি ঐ ইশামক্লা থবক শুরুবগী ফংলকপনি।" ব্রামিন নুপাদুনা অননা মরিদু লৌরগা চৎখিরম্মী অদুগা মাগী য়ুমগী মনিংদা থারম্মী। অননা ময়েক্তু উহৈ মরু ওইনা ওল্লক্তুনা অচৌবা উ পাম্বী অমা ওইনা হৌরক্লম্মী। পাম্বীদু পামেল মপুং ফারক্তুনা শেল ময়েক ওইনা য়াম্ভদুনা পাল্লম্মী। নোংমদি নিংথৌগী মনাইশিংনা উ পাম্বীদা শেল পানবদু উরদুনা নিংথৌদা পাওদমলম্মী, "ইনিংথৌ ইবুংঙো, ব্রামিন নুপাদুগী য়ূমগী মনিং থংবদা হৌবা উ পাম্বী অমদা শেল ময়েক য়াওবা কোইল য়াম্না পাল্লি।" নিংথৌদু উদা শেল পাল্লি তাবদা য়াম্না ঙকলম্মী, খুদক্তা নিংথৌদুনা মনাইশিংদা উপাম্বীদু খুদক্তুদা মাগী মনাক্তা পুরক্লবা হায়রম্মী। নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না উপাম্বীদু লৌনবা চৎলুবদা ব্রামিন নুপাদুনা উদু শোকপফাও শোকহন্দনা হায়রকই, "নিংথৌনা ঐগী উ পাম্বীসি পাল্লবদি মহাক মশামক লাক্লগা লৌরলাও হায়য়ু।"

নিংথৌদুনা ব্রামিনগী ৱাহৈদু ভাব তারদুনা মহাক মশামক ব্রামিনগী মনাক্তা চৎলম্মী। ব্রামিন নুপাদুনা নিংথৌদা হায়রম্মী, "মসিগী উ পাম্বীসি নঙনা ঐঙোন্দা পীরকখিবা শেল ময়েক অননা মরিদুনা লৌরকপা উ পাম্বীনি। নঙনা ঐঙোন্দা পীরকখিবদি অননা মরিখক্তনি মদু নঙগী অশেংবা হুমাং মমলগী ফংলকপা শেলনি। করিগুম্বা নঙনা ঐঙোন্দগী লৌবা পাল্লগদি নঙনা ঐঙোন্দা পীরকখিবা অননা মরিদুমক লৌখিবা য়াগনি.

ব্রামিন নুপাদুনা করি হায়বা পাল্লীবনো হায়বদু নিংথৌদুনা ভাব তারম্মী। অদুদগী নহাক্লা ব্রামিন্দুবু অচুম্বা চৎপা অমদি হৈথোই শিংথোয়বগীদমক্তা য়াম্না থাগৎলম্মী অদুদগী নিংথৌদু করিসু তৌদনা কোনুংদা হল্লকখিরম্মী।

N.B.: *ৱারীসিনা ঐখোয়দা তাক্লি অচুম্বগী মমাঙদা অরানবা লেপ্পা ঙমদে।*

# দাউ য়াদবা নুমিৎ

রোহিত মতম (পুস্বদা) অয়াস্বদা মীগী মতেং পাংবা পাস্বা মীনি। নোংমদি মাগী যুমথংনবদা লৈবী য়াম্না অহল ওইরবী নুপীদুগী লংচাক চাকপদু মতেং পাংগে হায়না মহাক্না খল্লম্মী। মানা তরেংদু লৈদুনা লং চাকপা হৌরম্মী। খঙহৌদনা লংশিংদু য়েৎশিন্নরম্মী। মদু উবদা হনুবীদুনা রোহিত্তা খঙলাও লাওরদুনা চৈরকলম্মী, "রোহিত নঙনা তৌরিদু করিনো? মদু নঙনা করম তৌগনি হায়বসু খংদনা করিগী তৌরিবনো? চৎখ্রো চৎলো মফমসিদগী।" রোহিত ইকায় ইকায়না খোরক্লম্মী। অশুম মানা লম্বীদা চৎলিঙৈদা অঙাং অমা কেনেল মনুংদা চৎপা উরম্মী. মানা অঙাংদু কেনেলদা তাশিন্দুনা কাব ঙমদ্রমানে খন্দুনা চেলশিল্লগা অঙাং চিংখৎলম্মী। অদুদগী অঙাংদুনা শাওনা মঙোন্দা হায়রকই, "ঐনা কেনেল ফাওরগা চৎকে তৌরগা নঙনা করিগী ঐবু থাংগৎলিবনো?" অদুদগী মহাক তুরেল অমগী মপান্দা চৎলম্মী। খর চৎলগা নুপা অমা তুরেলদা মখুৎ লোন্নদুনা অমুক লিখৎ অমুক লুপথা তৌদুনা লৈবা উরম্মী। রোহিতনা নুপা অমা ঈরাক্নরে খন্দুনা তুরেলদা চোংথদুনা নুপাদু মখুৎ পায়দুনা চিংখৎলম্মী। নুপাদুনা খংবোই করিবোই "হে অঙাওবা, ঐনা লাই খুরুম্লগা নঙনা ঐবু করিগী চিঙখৎলিবনো? ঐগী লাই নিঙবা কাইরে। নঙবু করম্বা অঙাংনো?" রোহিত য়াম্না ইকায়না খুল্লম্মী; "ঐদি নঙসে ঈরাক্লরবোই খন্দুনা কল্লুবনি, সানখ্রে শাওবীগনু"। ৱাহৈসি হায়রম্লগা রোহিত য়াম্না ইকায়না হল্লকখিরম্মী। মরাইবক খিরবা রোহিত খোম্থি চাব নত্তনা তৌরুবা থবক্কী মহৈ অমত্তা ফংদে। রোহিত মথন্তা ভাব তারকই, ঙসিসে মহাক্কী দাও য়াদবা নুমিৎনি হায়না। অসুম্না রোহিত নুমিত্তু মথ্বাই নুংঙাইতনা ময়ুমদা হল্লকখি।

N.B. : *ইথৌ নত্তবদা ইথৌ শাদুনা থবক তৌরবদি মীরা তাই, ইকায়বা নংই হায়বসে ঐখোয় খঙজনবা ফৈ।*

# ঈশিংগী মরিক

খুঙ্গং অমদা য়াম্না লৌশিং লৈবদা মমিং চৎলবা মীয়াম্না খঙনবা বলদেব কৌবা লৌমী অমা লৈরম্মী। নোংমদি নিংথৌনা মাগী হৈ শিংবদু চাং য়েংবা পামলম্মী। নিংথৌনা মনাই থাদুনা মাবু কৌরম্মী অদুগা মঙোন্দা ৱাহং কয়া হংলম্মী, "সমুদ্রদা ঈশিংগী মরিক কয়াম লৈবগে?" বলদেবনা নোকফেৎ তৌনা খুম্লকই, "ইনিংথৌ, করিগুম্বা তুরেলশিংগী ঈশিংসি সমুদ্রদা তাহন্দবা ওম্লবদি ইনিংথৌদা ঐ মদুগী পাউখুম পীজবা ঙমগনি।" নিংথৌনা মাগী পাউখুমদু পেল্লম্মী। অদুগা মখা তানা অমুক হংলকই; "অতিয়াদা থরাম্মিচাক কয়াম লৈবগে?" বলদেবনা খুমলকই, "সমুদ্রদা লৈরিবা ঈশিংগী ইরিক অদুগুম্না থরাম্মিচাক্কী মশিংসু অদুমক মান্নে।" নিংথৌনা অমুক অরোইবা ওইনা ৱাহং অমা হংলকই, "ৱায়েন চৎথগদবা মশীং কয়াম য়াম্না লৈরিবগে?" বলদেবনা খুমলকই, "সমুদ্রগী ঈশিং ইরিক অদুগুম্না অদুমক লৈরি।" নিংথৌনা বলদেবগী পাউখুমদু যাম্না পেল্লম্মী; অদুদগী মাবু নিংথৌগী পাউতাক পিবীনবা মী ওইনা থবক হাপ্লীখি।

N.B.ঃ *লৌশিং লৈবা হৈথোই শিংদোইবা মীদি মফম খুদিংদা চন্নে, খুদোংচাবা কয়া ফংই হায়বসি ঐখোয়সু কাওরোইদবনি।*

# সনাগী লিক হুরানবা

সংগীতা ময়াই ওইনা নুংঙাইবা ইমুং অমগী নুপীনি। নোংমা মাগী লিক মাঙখিরম্মী। সনাগী অতাংবা ওইবনা মহাক মথ্বাই য়াম্না নুংঙাইরমদে। মাঙফম চাদনা মাঙবনিনা মহাক মাগী মীনাই নুপীদা চিংনরম্মী অদুবু অশেংবা খঙদবনিনা মঙোন্দা হায়বা ঙমলমদে। য়ুমদগী পোৎ মাঙবনিনা মীনাই নুপীদু নত্তনা অতৈ অমনা লৌরক্লোই হায়না খল্লী। নোংমা মাগী ৱাখলদা লৌশিং অমা লাক্রম্মী। মথংগী নুমিত্তা মাগী মীনাই নুপীগা লোইননা পুলিস ষ্টেসন্দা লাক্রম্মী। মানা পুলিস ইন্সপেক্তরদা হায়বম্মী, "সার, ঐগী লিক নিংথৌকাব নুমিত্তা মাঙখ্রে। ঐনা থিবা য়াব থিরে অদুবু ফংবা ঙমদ্রে, ঐনা ঐগী য়ুমদা থিদবা মফম লৈত্রে। অদুনা মদুগী কমপ্লেন অমা তৌজগে লাক্লীবনি।" "মেদাম, কনাগুম্বা মীগা চিংনবা মীগা লৈবীব্রা? পুলিস ইন্সপেক্তরনা হংই। সংগীতানা খুম্লকই, "লৈজদে সার, অদুবু কনাগুম্বা ঐগী লিক্তু পুথোরকপা ঙম্বা মীদা ঐনা মদুগী সনাগী লিক অদুদগী মমল হেন্না শেল ওইনা মনা পীজগনি. মদু মাংবা য়াদবা লিক্নি। মাগী ৱা তাবদা মাগী মীনাই নুপী অপঙবী অদুনা শেল পাম্বদগী হরাওনা খুম্লকই, "ঐ খঙই, ঐ খঙই, সনাগী লিক্তো কদায়দা লৈবনো হায়বা। মীনাই নুপীদুগী ৱা তাবদা সংগীতা অমদি পুলিস ইন্সপেক্তর য়েংনরম্মী। মতৌ অসুম্না অশিংবী নুপী অদুনা মাগী সনাগী লিক হুরানবা মীদু ইরাই লাইনা ফারম্মী অমদি মাগী পোৎ ফংলম্মী।

N.B. : *লৌশিংনা শামু ফাই। অপঙ্বা মীনা অৱাফমদা তাই*.

# লমহেনবা অঙাং

মতম অমদা য়াম্না ঙাওশিন্নবা লমহেনবা লমচৎ নাইদবা রিশি কৌবা অঙাং অমা লৈরম্মী। মহাক নুমিৎ খুদিংগী বস তোংদুনা স্কুল কারম্মী। বসনা চৎলিবা লম্বী মপান্দা উ পাম্বী পরেংনা হৌই। উশাশিংদু য়াম্না নেম্না খুৎনা লাম্বা ফংনা চোম্বুরম্মী। বস মনুংগী অঙাংশিংনা ইরাই লাইনা লাম্বা ফংলম্মী।

রিশি মতম খুদিংমক্তা গাড়ী মনুংদগী মপান্দা মখূৎ তিংথোক্লুনা উশাশিংদু লাম লামদুনা শান্নবা মাগী হৈনবীনি। মহাক মতম পূম্বা তুমিন লৈবা হৈনদে। নোংমদি রিশি গাড়ী মনিংদা ফমলম্মী। উশাশিংদু মথং মথং লাম লামদুনা চিংলম্মী। অকোনবদা মানা উশা খরা চাওবা অমা পায়দুনা চিংলম্মী। হন্দকমুক্তি উশাদু তৎলমদে, উশাদুনা মাবু চিংথরম্মী। রিশি মখোঙ অনীমক তেকলম্মী, মহাক লেংবা খোৎপা য়ারমদে। থা অনী চৎপা ঙমদনা ময়ুমদা কুন্দুনা লৈরম্মী। অদুদগী মহাক মতুংদা অদুগুম্বা থবক অমুক হন্না তৌররোই হায়না ৱাশক্লুনা মতুংদা অফবা অঙাং অমা ওইখি।

N.B.: *শোয়রবা মতুংদা চেকশিনবগী মহুৎ শোয়দ্রিঙৈদা চেকশিনবনা হেন্না ফৈ। ঙাওশিন্নবা হায়বসি মতম খুদিংমক্তা খুদোংথিনিঙাই ওই হায়বসি ঐখোয়না খঙজিনবা ফৈ।*

# ইপা মিনিষ্টরনি

মোহিৎ মিনিষ্টর অমগী মচানুপানি। মহাক মী য়াম্না উশিত্তে, কনা অমতগী মরা লৌরমদে। মাগী অপাম্বা অনীংবা তৌনিংবা মওংদা তৌই। নোংমা মহাক কার অমদা কোয়রম্মী। মহাক্না চৎনিংবা মাইকৈদা থৌরা শাদনা নিয়ম কায়না গাড়ী থৌরম্মী। মহাক অদুক্কী মতিক-ভাওশিন্নবা অঙাংনি। মপানা মিনিষ্টর ওইরি হায়বগী মওংদা মী কনাবুসু মানা উশিংলমদে। নোংমদি মানা লম্বী লান্না গাড়ী থৌরকপদা ত্রাফিক্কী পুলিস অমনা মাবু খামলম্মী অদুগা মাগী দ্রাইভিং লাইসেন্স য়েংহন্নবা হায়রম্মী। মোহিৎনা নোক্লদুনা হায়রকই, "ঐগী ইপা লৈবাক অসিগী মিনিষ্টর অমনিনে, অদুগা নঙনসু ঐগী দ্রাইভিং লাইসেন্স য়েংগে হায়রিবা।" ত্রাফিক পুলিস অদুনা য়াম্না ইং-তপ্না খুমলকই, "হোয়, ঐ নঙগী লাইসেন্স য়েংগনি, নঙগী নপা মিনিষ্টর ওইরম্বসু য়াই অদুবু ঐদি নঙগী দ্রাইভিং লাইসেন্স শোয়দনা য়েংগনি। নঙনা করিগুম্বা য়াদবা তারগনা ঐনা নঙগী নপা কৌগনি অদুগা নঙগী লমচৎ নায়দবা মওংদু য়েংহনগনি। হায়যু নঙ হৌজিক ঐঙোন্দা নঙগী লাইসেন্স য়েংহনগেরা নৎত্রগা নঙগী নপা কৌ হায়ব্রা?" মোহিৎ পাখৎলম্মী, মহাক উপায় লৈরমদে, লাইসেন্স পুথোক্লুনা ত্রাফিক পুলিস নুপাদুদা য়েংহল্লম্মী অদুগা লাল্লে হায়না হায়জরম্মী।

N.B. : *লমচৎ নায়দবা মীদি ইকায়বা নংই, ইমা ইপানা অচৌবা সরকারগী ফম্নাইবা ওইরগা ঐখোয়না অচাওরম কাব ফত্তে। ঐখোয়গী লমচৎ শাজৎনা ইমা-ইপাবু চেম্থহনবা ফত্তে।*

# অশিংবী মমা

ইম্ফাল সহরগী চিদায়দা মনিতোম্বী কৌবী মৌনহা অমা লৈরম্মী। মনিতোম্বী লাইরিক লাইশু হৈবী ৱাখল লৌশিং লৈবী নুপীনি। মহাক্না মীরোল্লীগুদা অফ-অফবা চিঞ্জাক চারম্মী। অদুগা নুংঙাই নুংঙাইবা লাইরিক কয়া পাদুনা মতম লেল্লী। মহাক ৱাঙাঙ শঙাং য়াম্না ফজে ৱাহৈ ৱাতা য়াম্না নীংথিজে। মহাক মচা নুপা অমগা নুপী অমগা পোকই। মাগী মতৌ লৌদুনা মাগী মচাশিংদু মমাগুম ৱাঙাঙ শঙাঙ য়াম্না ফজে। মতম শংবা খুদিংগী মচাশিংগা ফম্মীন্নদুনা লৈবাক্কী ফম্নাইবা অচৌ অশাং কয়াগী ৱারী লিবীরম্মী। অদুগা ফত্তবা থবক তৌবগী ফংখিবা অৱাবা কয়াগী ৱারীসু মমুৎ তানা লিবীরম্মী। মাগী মচা অনীমক মমা শিংবগী মতিক অদুক্কী মতিক শিংলম্মী। মাগী নুপাদি মতমগী ইরাংদা ঙাওজবা মীনি। য়ুমদা নিংথি নুংঙাইনা লৈতে, পার্টি তৌবা, নুপী কোয়বা ইথক ইরাং য়াম্না পামজবা মীনি। মহাক নোংমতা মচাশিং করি তৌরিবগে হায়বা নোংমতসু য়েংশিন্দে। মাগী নুপী ফমনবদগী কোমথোকপগুম তৌই।

মেত্রিক পরিক্ষা মাগী মচানা খ্বাইদগী মকোক ওইনা লাকলম্মী। পাওমী কয়া ময়ুমদা লাক্কুনা মীনা পুন্নীন নিল্লম্মী। পাউমী অমনা অঙাংদুদা হংলম্মী, "নঙনা হন্দক পরিক্ষাদা খ্বাইদগী মকোক ওইরকপসি কনাদা ক্রেদিট পীনিংবগে?" মমাগা মপাগগী ময়াইদা ফম্নীবা মচানা মকোক ওইরকপদুগী মতাংদা হায়রকই, "ঐনা হন্দক খ্বায়গী মকোক ওইরকপদি ঐগী নুংশিরবী য়াম্না ৱাজরবী ইমাদা ক্রেদিট পীনিংই।"

মচাগী ৱাহৈদা মপাদু মরু লুকথখি। নুমিৎ অদুদা মহাক ভাব তারকই। ঐনা ইচাশিংবু নোংমতা হন্না করি তৌরিগে হায়বা হন্না ফাওবা য়েংখিদবগী মরম্না ইচানা ফাওবা ঐগী মিং পন্নীংদবনি। অসুম্না নুমিৎ অদুদগী মহাক ৱাখল লাক্কুনা লমচৎ শাজৎ হোংলক্কুনা অফবা মী ওইখি।

---

N.B.: *পৃথিবী মালেম্নবু লৈহাও লৈবা অফবা ওইরবদি থাখিবা মরু খুদিংমক অফবা পাম্বী ওইরকপা অদুগুম্না মমা হায়বসি য়াম্না মরু ওই।*

# অচৌবা শঙ্গ

মফম অমদা য়াম্না নুংশিননা তিন্নবা মরুপ অহুমখক লৈরম্মী। মখোয়গী মমিং রামেশ, সুরেশ অমসুং ফিলিপ কৌরম্মী। মখোয় অহুমগী অচৌবা কম্পেনি অমা লিংখত্তুনা শেল তাল্লম্মী। মখোয় অফবা মী ওইরমদে, নুমিৎ খুদিংগী মখোয়না মখোয়গী শিন্মীশিংবু নিংথি নুংঙাইনা লোইনবীদে। মখোয়বু য়াম্না ওৎপী নৈবীরম্মী। মখোয় তশেংনা মীনুংশি খঙলমদে। উপায় লৈত্রবা শিন্মীশিংদু মখোয়দা করিসু হায়জবা ঙমলমদে অদুবু মথাইদি য়াম্না নুংঙাইরমদে।

নোংমগী অহীংনি মী চিকপা মতমদা টেরোরিষ্ট খুৎপু অমনা লান্দাশন্দুনা মখোয়গী কম্পেনি অদুবু অমাঙ অতা থোকহল্লম্মী অমদি লৌবা য়াদনা মাং তাকহল্লম্মী। মরুপ অহুমদু মথাই য়াম্না নুংঙাইরমদে। মখোয়না মথা শানা লেপ্লীঙৈদা অঙাং নুপা মচা অমা চঙলক্তুনা হায়রকই, মফম অসিদা লৈরিবা কম্পেনি অতৈদা তৌদ্রগা নখোয়গী খক্তদা তৌরম্বগী মরম নখোয় খঙব্রা ? অঙাংদুগী ৱাহংদা মখোয় অহুম ইঙক ঙক্লা য়েংলম্মী। অঙাংদুনা মথা শমদরকই, "মসি টেরোরিষ্টকী থবক নত্তে মসিদি ঈশ্বরনা নখোয়দা পীবা দন্দিনি। নখোয়না নখোয়গী শিন্মীশিংদা ওৎখিবা, নরক্কী কোমদা লৈবগুম লৈহনবা অদুগীদমক্তা নখোয়দা পীরকপা ঈশ্বরগী দন্দিনি হায়না নখোয় খল্লু।" অঙাংদুগী ৱা তাবদা নুপা অহুমদু মখোয়না শিন্মীশিংবু ওৎখিবদু ফত্তে হায়বা খঙলকলম্মী।

N.B. : *মীগী মাঙনবা তৌরবদি ঐগী মাঙই হায়বসি ৱারী মচাসিনা তাক্লি। অদুনা ঐখোয় খুদিংনা অফবা থবক তৌদুনা নুংশি চান্নবা লৈরবতদা পুন্সিগী মহাও খঙগনি।*

# মিনিষ্টরগী মচানুপা

জগদিস মিনিষ্টর অমগী মচানুপানি। মহাক য়াম্না ঙাওশিন্নবা মী উশিত্তবা অঙাংনি। মহাক মতম অয়াম্বদা মী খৎন চৈনবা পাম্মী। মানা কৈদৌঙৈদসু স্কুলদা মাগী ওঝাশিংবু ইকায় খুম্নবা উত্তে।

নোংমগী নুমিৎনি অনৌবা ওঝা অমা মখোয়গী ক্লাস্তা চঙলক্নম্মী। মহাক য়াম্না চেকশিনবা ওঝানি, ক্লাস্তা ছাত্র অমত্তা লম হেনবা য়ারমদে। জগদিস মাগী হান্নগী হৈনবী মতৌদা ফাল মথক্তা কাখত্তুনা ওঝাদুদা করেম্নরম্মী। ওঝাদুনা জগদিসপু চৈরদুনা হায়রকই, "জগদিস, নঙগী নপা মিনিষ্টর অমা ওইরম্বা য়াই অদুবু নঙ ক্লাস্তা লম হেনবা য়ারোই। করিগুম্বা নঙনা ক্লাস্তা লম হেনবা তারবদি ঐনা নঙবু ক্লাস্তগী তাগ্নোক্কনি।" জগদিস য়াম্না ঙকলম্মী। ওঝা অমগী মচিন্দগী অদুগুম্বা ৱাহৈ হায়রক্কনি হায়বা মহাক থাজরমদে। ওঝাগী ৱাহৈদু মঙোন্দা নুংঙাইতবা অমা ফাওরম্মী। মহাক্কী শোয়খিবা লমচৎ শাজৎ অদুগীদমক্তা মহাক ওজাদুদা লাক্লে হায়জরম্মী।

N.B. : *ইপানা নিংথৌ ওইরগা ঐনা নিংথৌ শাব য়ারোই। ফত্তবা লমচৎ শাজৎনা পুম্নিবু লৈখা তাহল্লী।*

# পরিক্ষাদা মার্ক

লিনা পিক্রিবী নুপীমচা অমনি। নোংমা মহাক পরিক্ষাদা মার্ক য়ামদনা ফংবগীদমক মথাই য়াম্না নুংঙাইরমদে। মমান্নবী কয়ানা মঙোন্দগী হেনখিবদা মথাই নুংঙাইতদুনা মাগী কাদা চঙদুনা কপলম্মী। মাগী মমানা মাগী কাদা চঙলক্লগা মপূক্লিং থৌগৎপীবা ওইনা মঙোন্দা হায়রম্মী, "য়েংঙোই লিনা, নঙ কপ্পগী মথৌ তাদে, ঈশ্বরনা নঙোন্দা অদুক ফবা ব্রেল পীবীরগা। মদুবু নঙনা নিয়ম চুম্না শিজিন্নরবদি নঙগী মার্ক করিগী নেম্না লাক্কনি। নহাক্তি মতম অয়াম্বদা শান্নরগা, তি. ভি. য়েংলগা অমসুং কম্প্যুটর শান্নদুনা মতম মাঙহল্লে। মতম পুম্বদা নঙগী লাইরিক্তা পূক্লিং চঙদুনা নথাই য়াওনা লাইরিক পারবদি করিগী মার্ক নেম্না লাক্কনি? নখোয় ছাত্রদি লাইরিক্কী মরুপ ওইগদবনি, অদুদতা নঙ মার্ক য়াম্না ৱাংনা ফংবা ঙমগনি। মমাগী ৱাহৈদু তাবদগী মাগী ৱাখল য়াম্না চাওনা অহোংবা অমা লাকই। মহাক্কী খল্লকই, মীনা থাগী পরিক্ষাদা হেনখ্রগসু চহীগী পরিক্ষাদদি মানা হেন্নবা হোৎনগে হায়না খল্লম্মী। অসুম্না মহাক কন্না হোৎনবদগী চহীগী পরিক্ষাদা মার্ক ৱাংনা ফংদুনা সেকেন্দ দিবিজন্দা পাস তৌরম্মী। মহাক হন্নাওবগা লোইননা মাগী রিপোর্ট কার্ট পুথোক্তুনা মপাদা য়েংহল্লম্মী। মপানা মচাগী পূক্লিং থৌগৎপীবা ওইনা হায়রম্মী, 'ইচাদি য়াম্না ফরে হান্নদগী য়াম্না হেল্লে।" মথংদা মমাদা অমুক পুশিন্দুনা মমাদা য়েংহল্লম্মী। মমানা মচাগী মার্ক য়েংলগা হরাওদুনা মচাবু চেজেৎ কোল্লগা চুপলম্মী অদুগা হায়রকই, "য়েংঙোই লিনা, মীওইবসে হোৎপু হোৎনরবদি ঙমদবা লৈতে অদুনা নঙ কন্না হোৎনৌ মতুংদসু অসুম্না মার্ক য়াম্না ৱাংনা ফংনবা। মথংদদি ইচা ফার্স্ট দিবিজন্দা শোয়দনা পাস তৌগনি।" অসুম্না লিনা মমাগী পাউতাক লৌদুনা লাইরিক কন্না পাবদগী অফবা ছাত্রি অমা ওইখি।

N.B. ঃ *ঐনা তৌরিবা থবক্তুদা পূক্লিং চঙনা তৌরবদি থবক অদু শোয়দনা মায় পাক্কনি হায়বসি ৱারীসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে।*

# হৈথোয় শিংথোয়বা নহা

রোহিৎ য়াম্না হৈথোয় শিংথোয়বা নহা অমনি। মহাক লাইরিক তম্বা লোইদুনা থবক থিরম্মী। নোংমা মানা রেলরে ওফিসকী লাইনমেন খর লৌগদৌরি হায়বা থেংনরম্মী। মহাক থবক অদুগীদমক্তা চে পীশিল্লম্মী। থবক লৌবগী চাংয়েং নুমিত্তা ওফিসার অদুনা মাবু ব্রাহং হংনবগী কৌশিল্লম্মী। মঙোন্দা ওফিসার অদুনা ব্রাহং অমা হংলকই, "রোহিৎ, চপ মান্ননা মতম অমতদা রেলরে লাইন অমতদা মাইকৈ অনীদগী ত্রেল লাক্লবদি নহাক করি তৌগনি?" "অদু ওইরবদি লিবর অদু চিংলগা মাইকৈ অমদা ত্রেল অমা থাদোকখিগনি।" অসুম্না রোহিৎনা পাউখুম পীরম্মী। মথংদা অনীশুবা ওফিসার অদুনা অমুক হংলকই, "করিগুম্বা লিবর অদু য়ারমদবা তারবদি নঙ করি তৌগনি?" "ষ্টেসন মেনেজরদা পাউ পীদুনা খঙহনগনি", রোহিৎনা পাউখুম পীরম্মী। মথংদা অমুক অহুমশুবা ওফিসার অদুনা অমুক হংলকই, করিগুম্বা ওফিসার খুদিংমক লোইনা ছুতিদা লৈখিবা থোক্লবদি নহাক করি তৌগনি? "অদু ওইরবদি ঐনা ঐগী খুরাবু ষ্টৈসন্দা লাক্নবা কৌগনি" রোহিৎনা খুমলকই। "করিগী কৌগদৌরিবা?" ওফিসার অমনা হংলকই। "মরমদি ঐগী খুরাদু কৈদৌঙৈদসু ত্রেল একসিদেন্ট থোকপা উদ্রি" রোহিৎনা খুমলকই। অসুম্না রোহিৎকী হৈ শিংবা উবদা মহাকপু থবক্কী খুদোংচাবা পীবীখি।

N.B.: *হৈথোয় শিংথোয়বা হায়বসি মফম খুদিংমক্তা চম্লে।*

# লৌশিং লৈবা থেঙ্গু

নোংমা লমহুই অমনা মবুক য়াম্না লাম্নদুনা চানবা থিবা উমংদা চৎলম্মী। মানা অসুম লাকপদা উমংদা থেঙ্গু অমা চৎপা উরম্মী। মহাক্না থেঙ্গুদু চারগে খন্না ময়ানা চিক্লম্মী অদুবু থেঙ্গু অদুগী উনশাদু য়াম্না কনবনা চাবা ঙম্লমদে। লমহুইদুনা হোৎনবা য়াবা হোৎনৈ অদুবু থেঙ্গুগী মকু কনবনা মহাক অরেম্বা তারম্মী। থেঙ্গুনা লৌশিং তৌরম্মী অদুগা লমহুইদা হায়রম্মী, "মরুপ ঐ নঙগী অরাম খৌরাংবদু উবদা য়াম্না নুংঙাইত্রে, অদুনা নহাক ঐবু চাগে খল্লবদি ঐবু ঈশিংদা ঙাইহাক তিংলবদি ঐগী মকুসি থোৎলক্কনি অদু ওইরবদি নঙনা ইরাই লাইনা চাবা ঙম্লগনি।" থেঙ্গুগী ৱাদু লমহুইনা থাজদুনা থেঙ্গুদু সমুদ্র মপান্দা পুদুনা থনম্মী, অদুদগী থেঙ্গুদু সমুদ্রদা প্রপ প্রপ চেম্ছখিরম্মী। লমহুইদু থেঙ্গু ঙাইদুনা লেপ্লগা লৈহৌবে অদুগা থেঙ্গুনা সমুদ্রদা ইরোইদুনা নুংঙাইনা লৈখ্রে।

N.B. ঃ *লৌশিংবু লৈরবদি মতম খুদিংমক্তা খুদোংথিবদগী নাম্থোকপা ঙম্মী হায়বসি ৱারীসিনা উৎলি।*

# দাওরা নৎত্রগা হোৎনমল্লা

নোংমগী নুমিৎনি রাজু কৈথেলদা চৎলম্মী। মহাক খুঙ্গংগী ইনাক-খুনবা ললোনবা নুপা অমা থেংনরম্মী। মহাক্কা ললোনবা নুপাদুদা য়াম্না খঙনীংনা হংলম্মী, "সার, নঙনা অদুক য়াম্না পায়রিবা শেল অদু নহাক করম্না তানবগে? মদু নঙগী নরাইবক্কীরা নৎত্রগা নঙনা থবক কন্না শুবদগীরা?"

ইনাক খুনবা নুপাদুনা নোক্লগা খুম্লকই, "রাজু মী অমগী লাইবক হায়বসিসু য়াম্না দরকার ওই অদুবু ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সিবু মায় পাকপা পুন্সি অমা ওইগে হায়রবদি থবক কন্না শুবগী হৈনবী লৈগদবনি, ইথৌদা পূক্লিং চঙগদবনি। তৌগদবা থবক খুদিংমক নিয়ম নায়না ফজনা শিন্দোক্লগা তৌগদবনি। অদুগা য়াম্না মরু ওইরিবদি মীঙোন্দা মীনমদবা, পুকচেল শেংবা, অমদি মতমগী মমল খঙনা চৎপা অসিনি। মতম হায়বসি খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎশকনি। ঐখোয়না মতমগী মমল খঙদ্রবদি কৈদৌঙৈদসু মী ওইবা ঙম্লোই।" রাজু ললোনবা নুপাদুগী ৱা তাবদা য়াম্না নুংঙাইখি অদুদগী মানা মখুৎ লোল্লদুনা হায়রম্মী, "থাগৎচরি, সারবু, ঐঙোন্দা পূক্লিং লৌশিং ওইগদবা কয়া তাকপীবগীদমক্তা অমদি পুন্সিবু মায় পাক্লবা অরোনবা লম্বী তাকপীবগীদমক ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি।" অসুম্না রাজু ললোনবা ইনাকখুনবা নুপাদুগী পাউতাক লৌদুনা থবক তৌবদগী মাসু মতিক চাব ইনাক খুনবা মী ওইবা ঙমখি।

N.B. : *ৱারীসিদগী ঐখোয়না খঙলে, পুন্সিবু মী অমা ওইনবা হোৎনবদা মতমগী মমল খঙনা ইথৌদা পূক্লিং চঙলবদি হিরম খুদিংদা মায় পাকপা ঙম্মী।*

# পূকচেল শেংবা শ্যাম

শ্যাম য়াম্না পূকচেল শেংবা লাইরিক লাইশু মতিক চানা হৈবা নুপামচানি। মতমগী চৎনবী শেল পীরগা থবক চঙবগী অসিনা মহাক নীংবা কায়না লৈরম্মী। অদুবু মাগী ৱাখলদা মানা থৱাই য়াওনা তমজরকপা মহৈসিগী থবক অমদি শোয়দনা ফংগনি হায়বগী থাজবদি লৈরম্মী। মহাক থবক চঙনবা ৱানোম শেল লৈরমদে। থবক চঙনবগীদমক্তা নোংমতসু মীঙোন্দা হায়জরুবা লৈখিদে।

মহাক নোংমা অচৌবা কম্পেনি অমগী থবক চঙনবা ইন্টরভিয়ু য়াওবা চৎলম্মী। ওফিস অদুগী মেনেজরনা মাগী মহৈ-মশিংগী চে-চাং য়েংলবা মতুংদা মাবু য়াম্না পামলম্মী। অদুদগী মেনেজরনা মঙোন্দা হংলম্মী, "নহাক কনাগুম্বদা থবকসিগীদমক্তা হায়জখিবা লৈব্রা?" শ্যাম হায়ফেৎ নীংজিং মাঙজিংননা খুমলকই, "নো সার, ঐগী কনাগুম্বা অমতা লৈজদে।" "অদু ওইরবদি ঐনা নঙবু থবক অসিগীদমক্তা খল্লগনি," মেনেজরনা হায়রম্মী। "ঐনা নঙগুম্বা পূকচেল শেংবা নোল্লুকপা ৱানোম্বা লৈতবা নহা অমগী মথৌ ওইরিবনি।" অসুম্না শ্যাম থবক অদু ফংজখি।

N.B. : *লাইরিক লাইশু মতিক চানবু হৈরবদি মীঙোন্দা অমুক হায়জদ্রবসু থবক অদুম ফংই হায়বসি ৱারীসিনা তাক্লি। অদুনা লাইরিক তম্নবদি হৈনবা তমগদবনি। লাইরিক হৈবা ছাত্র লেম্না অমত্তা মাঙখিদে।*

# এরোপ্লেনগী খোঙচৎ

মোনিকা দেল্লীদা মনাও নুপীগী লুহোংবা য়াওবা চৎকদবনি। ওফিসকী থবক মানা তৌগদবা ময়ামদু তৌরম্লগা নুংথিলগী প্লেন্দা তোংলম্মী। ঙাইহাক লৈরগা প্লেন্দু চেনবা হৌরকলম্মী। অসুম্না প্লেন্দু পাইখত্তুনা ঙাইহাক পাইরবা মতুংদা নোং নুংশিৎ ফিভম ফত্তবনা অনকপ এয়ার্পোর্টঅমদা তারম্মী। মোনিকা মনাওনুপীগী লুহোংবা নংলরোই হায়না মথ্বাই ৱারম্মী। মানা এয়ার হোষ্টেজ কৌরগা হায়রম্মী, "নখোয়না তৌরিসি করিনো? ঐদি ইনাওনুপীগী লুহোংবা চৎলিবনি। ঐ য়াম্না লেট ওইৱে লুহোংবা য়াওবা নংলরোই। ঐ মফমদুদা মতম চানা থুংদবা য়াদবনি। নখোয় কয়াম কুইনা লৈখিগদগে মফমসিদা?" এয়ার হোষ্টেজদু নোকফেৎ তৌনা খুমলকই, "মেদাম, ঐখোয়না মফমসিদা এরোপ্লেন লেন্দিং তৌবদা মেদাম্না লেট ওইরে ননাওনুপীগী লুহোংবা নংলরোই হায়বীরি, অদুবু ঐখোয়না মফমসিদা লেন্দিং তৌরমদ্রবদি মেদামগী মিংগী মমাঙদা 'লেট' হাপ্পা শোয়দবনি।' মোনিকা ভাব তারকই, মাগী অপঙবা মওং অদুগীদমক্তা মহাক ইকায়জরম্মী।

N.B.ঃ *খন্থবা তৌদনা রা ঙাঙবা মীমাঙদা চোপ্পা নংই হায়বসে ঐখোয় খঙজিনবা মথৌ তাই।*

# চাং নায়না লাইরিক পাবগী মহৈ

ভিভেক কলেজ তম্লীবা ছাত্র অমনি। মহাক মথৌ মশক খঙবা মীনি। মহাক চাং নায়না লাইরিক পাই। লাইরিক্তা পূক্লিং চঙই, ইমূংগী থবকসু অদুমক শুই। চহীগী পরিক্ষা ময়াদসু মমান্নবগা কোয়দুনা অদুম লৈথোকই। লাইবক থিবদগী মাগী মপাদু পরিক্ষা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা হার্ট এতেক তৌদুনা হোসপিটালদা পুখৎলম্মী। অহীং চুপ্পা মপাগী সেবাদা তুমলমদে, হয়েংদি অক্ষ থোকই। মমান্নবশিংনা মাগীদমক্তা য়াম্না নুংঙাইরমদে। মমানসু মাবু পরিক্ষা লেপথোক্লবা হায়রম্মী অদুবু ভিভেক্না য়ারমদে। মথংগী নুমিত্তা মহাক পরিক্ষা থাবা য়াওরম্মী। মমান্নবা কয়ানা মহাক হন্দক্কী পরিক্ষাদা মার্ক য়াম্না ফংলরোই হায়না খল্লম্মী।

পরিক্ষা হায়দোক্লে ছাত্র ময়াম লাংলম্মী। ভিভেক মমান্নবা ময়ামগা পরিক্ষাগী রিজল্ট য়েংবা চৎলম্মী। মহাক মমান্নবশিংনা থাজদবা মওংদা ফার্স দিবিজন্দা পাস তৌরম্মী অদুগা অঙ্কদা ৯৮ মার্ক ফংলম্মী। মহাক করম্না মেনেজ তৌরিবনো হায়না মমান্নবশিংনা ভিভেক্তা হংলম্মী। ভিভেক্না খুল্লম্মী, "ঐহাক নুংতিগী চাং নাইনা লাইরিক পারকপনিনা ঐঙোন্দা থোইনা খেন্নবা লৈতে অমদি অবাবা ওইখিদে।

N.B. : *ছাত্র অমনা মাগী লাইরিক চাং-নাইনা পাদুনা লাক্লবদি পরিক্ষা ময়াদা কন্না পারুদ্রবসু অকায়বা লৈতে হায়বসি ৱারীসিনা তাক্লি।*

# অচুম্বা লম্বী

নোংমগী নুমিৎনি, লম্পাক অমদা লিনা মপুগা ফম্মীন্নরম্মী। লিনানা মপুদা হংলম্মী, "পুপু, ঈশ্বর হায়বসিবু মফম খুদিংদা লৈব্রানে?" "হোয়, ঈশ্বরদি মফম খুদিংদা লৈ।" মপুনা পাউখুম পিরম্মী। লিনানা মখা তানা হংলম্মী, "অদু ওইরদি ঐখোয়না করিগী উবা ঙমদ্রিবনো?" লিনা ঐ নঙোন্দা ৱা অমা হায়গে, নঙ য়েংউ শিৎলিবা নুংশিৎসি উব্রা?" মপুনা লিনাদা হংলম্মী। "পুপু, নুংশিৎ শিৎলি হায়বদি খঙই অদু পুপু, নুংশিত্তি উবা ঙমদে।" লিনানা খুমম্মী। মপুনা মখা তানা হায়রকই, "নুংশিৎ মফম খুদিংদা লৈ হায়বসিদি নঙ খঙব্রা?" "খঙই পুপু" লিনানা খুমলম্মী। "মফম খুদিংদা লৈরিবা নুংশিৎপু ঐখোয়না উবা ঙমদবগুম ঈশ্বর মফম খুদিংদা লৈ হায়বসে খঙনা খঙনা ঐখোয়না উবা ঙমদ্রিবসিনি। মহাক্না ঐখোয় খুদিংমক্না তৌরিবা থবক্কী রেকোর্ট তৌদুনা থম্লিবনি। অদুনা ঐখোয় খুদিংমক পাপকী থবক তৌরোইদবনি অদুগা ফজবা লম্বীদা কৈদৌঙৈদসু চৎলোইদবনি।" লিনা মহাক্কী মপুনা অদুগুম্বা অফবা পৌতাক তাকপীবগীদমক্তা মহাক য়াম্না নুঙাইজরম্মী।

N.B.: *ঈশ্বর লৈ হায়বা চেংনা থাজদুনা ঐখোয় অফবা থবক তৌগদবনি। অমদি অহলশিংগী পাউতাক লৌবনা ঐখোয়গী পূক্নিং লৌশিং ওই হায়বসি কাওরোইদবনি।*

# নিয়ম থুগায়বা

নোংমা নুপী অমনা ত্রাফিক্কী নিয়ম থুগায়দুনা চৎলুবগীদমক্তা ত্রাফিক্কী পুলিসনা মাবু ফারম্মী। নুপীদুনা মরম শুগায়না হায়নবা হোৎনৈ অদুবু মাগী ৱাদু পূক্কিং চঙনা তারমদে। মখোয়না মাবু ম্যাজিসত্রেট অমগী মমাঙদা পুথোক্লম্মী। ম্যাজিত্রেট অদুনা মাবু করি থবক তৌবগে হায়না হংলম্মী। নুপীদুনা খুম্লম্মী, "সার ঐ ওঝানি।" মাগী ৱা তাবদা ম্যাজিসত্রেট অদুনা হায়রম্মী, "অসিগুম্বা কেস অসিদি নঙ ফাইল অনী থিগদবনি। নঙনা ওঝা অমা ওইনা নঙগী ছাত্রদা শোয় ঙামদনবা ত্রাফিক্কী নিয়ম তম্বীরি অদুগা নঙনা ত্রাফিক্কী নিয়ম থুগায়রি।" নুপীদু য়াম্না ইকায়না লানখ্রে হায়জরম্মী অদুগা ফাইল থিরম্মী।

N.B. : *নিয়ম হায়বসি মীপুম খুদিংমক্কীনি অকক্নবা মী থরগী নত্তে। নিয়ম্মু ঐখোয় খুদিংমক্না ঙাক্না চৎলবদি একসিদেন্টথোকপদগী কনবা ঙমগনি।*

# মপাগী মচা উগী মহৈ

চাওবা অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না ঙাওশিন্নবা পাম্বা মমা মপানা কয়া শেন্নরক্তুবা অঙাং ওইনা হৌরকই। পিক্লিঙৈদগী লমচৎ শাজৎ তম্বীরক্তুবা অঙাং ওইবনা মহাক য়াম্না ঙাওশিন্নে। মমা মপাগী ফুরিংখাওদগী শেল লৌথোক্তুনা চানিং চানিংবা চারম্মী। মমা ইবেম্মা চাওবীসু অদু মঙাই, নোং হেক ঙানবগা ক্না জর্দা চাদ্রদি য়াদে। নোংমদা ক্না মতপ ১০ গী মথক্তা চারমগনি। মপাসু য়ুদা ঙাওজবা মতমগী য়ক লাওবা নুপানি। মখুত্তা শেল থোকপগী মতিক ঙাওশিন্নে। নোংমতা মচানা করি তৌরিবগে হায়বা য়েংশিনবা তৌদে, মমান্নবশিংগা পার্টি তৌবা, চাকচা-হৈজানবা তৌদুনা মতম লেল্লী। মচানুপা চাওবসু অদু মঙাই মমা-মপানা নিশা পাম্বগুম নিশাগী ঈপাক্তা তাওবা হৌরকখি। চাওবা নিশাদা লাইচুবা অমা ওইদুনা মহাক নিশা থাদোকপা ঙমলমদে। য়ুমলোন কৈরোন্নবা লৈকায়দগী পোৎ হুরালদুনা য়োল্লগা মহাক নিশা চারম্মী। নোংমা মানা পাখং মচা অমগী সাইকল হুরাল্লম্মী। মরাইবক থিবদগী মহাক নুমিত্তু ফারম্মী। খঙহৌদে মীয়াম থোমজল্লক্তুনা হাৎলো হাৎলো হায়দুনা নেৎপগা কাওবগা তৌদুনা অচঙ অচঙ মাবু ফুরম্মী। মকোকসু কাইরে, মখুৎসু থুদেকপিরে। ঙাইহাক লৈরগা পুলিস লাক্তুনা মাবু পুখ্রে।

N.B. : *মীগী মপোং হুরানবা হায়বসি অচৌবা পাপনি। অদুগা নিশানা পুন্সিবু লৈখা তাহল্লী। নিশা চাবা অমদি হুরানবা মীদি কন্নানসু নুংশিদে।*

# নূং অনীগী মরক্তা হা

দিজেন লৈত লাইরা থিদুনা চীংয়াদা ফার্ম তৌদুনা মাগী নুপী অমদি মচা অনীগা লোইননা লৈরম্মী। মখোয় অনীমক শু-নোম্বা য়াম্না কল্লী, মাগী নুপী অদুক্কী মতিক হৈথোয় শিংথোয়। মখোয়গী হোৎনজমন্না মখোয় হৌজিক চাব-থকপা মরাং কায়না চাজবা ফংজরে। মখোয় অনীনা উমংদগী উ-ৱা য়ান্দুনা যূম অমা নীংথিনা লৈবা য়ানবা শাজরে। হৌজিক মখোয়গী ফার্মদা ফংদবা লৈতে, লফোই, কল্লা, হৈনৌ, য়োংচাক মরাং কায়না থাই। মনা মশিংসু মতম মতমগী ওইবা কয়া থাই। হৌজিক মখোয়গী ফার্ম ললোনবী কয়াগী কৈথেল কাফম ওইরক্লে। অসুম্না মখোয় অনীগী শুজ-নোমজবগী মহৈনা চাবা-থকপা মরাং কায়জরে। মচা অনী মতম কুইনদগী লাইরিক তমহনবা ঙমদব্দগী লেপ্পুনা লৈরম্বদু হৌজিক ইম্ফালদা থমদুনা লাইরিক মখা তমহল্লে: মচাশিংবু লাইরিক কন্না তমহন্দুনা অচৌবা মতিক চাব মী অমমম ওইহনগে হায়বসি দিজেন অমদি মাগী নুপী মখোয় অনীগী য়াম্না চাওরবা মঙলান্নী।

নোংমগী নুমিৎনি, য়াম্না থাজদনা মওংদা নুপা মচা অহুমখক মখোয়গী যুমদা চঙলকই। দিজেন মহৌশাগুম ইঙ্খোন্দা মনা-মশিং থাদুনা লৈ। নুপামচা অহুমদু মাগী মনাক্তা চঙলক্লম্মী, দিজেন্দি মখোয়দু হৈ-ৱা লৈবা লাকপা ওইরমগনি হায়না খল্লী। নুপা মচা অমনা কৌরকই, "তামো ৱা অমত্তা হায়জগে।" "ইবুংঙো করি ওইববনো?" থবক লেপ্লগা খুমলকই। "তামো, ঐখোয় হয়েং অঙনবদা অথাপ্পা মফম অমদা চংকদবনি অদুনা ঙসি অহীংসিমদি মফমসিদা লেকচবা তারে।" "অদুবু ইবুংঙো ঐগীসি নখোয় লৈবদা কয়া খুদোং চাগদবা মান্দে। অহীংদা সিফাই-পুলিস কমান্দো য়াম্না লাকই, করিগুম্বা থেংনবা থোক্লবদি লৈত লাইর কোক্লবা শুজ-নোমজরিবা ঐসু দশা তানি ইনাওশিংসু অৱাফমদা তানি, অদু য়ারগদি থংননা লৈরিবা খুলসিদা চঙবনা ফরোইদ্রা?" নহা অমনা য়াম্না ফিংনা খুমলকই; "তামোগী ৱাসি ঐখোয়দা করিমত্তা মতেং পাংনিংদবগী ৱানিনে, ঐখোয়না তৌরিবসে লনাইগী থবক নত্তেনে, ইরমদম ইমা লৈবাক অসিগীদমক্তা শিবা নাব খঙদনা চৎলিবসি তামোখোয় করিমত্তা খঙবীদ্রা?"

দিজেন য়ান্না ইংনা খুন্নকই, "ইনাওশা ঐ নখোয়গী মতেং পাংনিংদবগী ব্রা নত্তে। ঐসু হিংনবা লাম্ছেংনরিবা মীশকনি, চীংয়াসিদা লেপ্লিবা পুন্সিসে অমুক অৱাবা তাহন্নিংদে অদুগী হায়জবনিদা।" ব্রাঙাঙ ফজখিদ্রবা অঙাং অমনা হায়রকই, "ঐখোয় নঙগীসিদা ঙসি অহীং লেক্তবা য়াদবনি অদুনা নঙনা ঐখোয়গী চানবা অমদি তুম্ফম শিনগদবনি।" দিজেন মখোয়গা ঙাঙনবা তল্লকপদগী মখা তানা মরৈ য়েংনদ্রে।

মথংগী নুমিৎনি দিজেন হৌগত্তুনা য়েংবদা মখোয় অমত্তা লৈরমদ্রে। দিজেন শ্বর শাংনা হোন্দোকই।

অয়ুক্কী পুং ১০ মুক তাব অদুৱায়দা পুলিস কমান্দো খুৎপু অমা মাগী ফার্ম তান্না লাকপা উই, দিজেন হায়ফেৎ চিংনৈ মখোয় ঙরাংগী নহা অহুমদুগী খোঙগুল লিবা লাকপা ওইরমগনি হায়না খল্লী। কমান্দো ও. সি. না মাবু কৌরগা হংলম্মী, "ঙরাং অহীং নঙগী শঙসিদা লালহৌবা খর লেকখিব্রা?" দিজেন করিমতা চিংনবা লৈতনা খুম্মী, "সার ঙরাং নুপা মচা অহুমখক ঐঙোন্দা লেকফম পীদবা য়াদে হায়না কিহন্দুনা অহীংদি লেকখি অদুবু মখোয় চৎখিবদি খঙজহৌদ্রে সার।" "অদুদি নঙ ঐখোয়গা ওফিস ফাওবদং চৎলুসি য়ান্না থুনা অমুক হনবা য়াগনি" ও. সি. না দিজেনবু ফাব য়ানবা য়াম্না চম্বা মওংদা হায়রম্মী। দিজেনগী নুপীনা ও. সি. দা মাগী নুপাবু ফাবীগনু হায়না মখোঙ কোন্দুনা হায়জরম্মী, "সার নচনবু নুংশিবীয়ু, মহাক মরাল লৈতবনি মাবু পুবীখিনু সার।" পুলিস কমান্দো কাংবুদু মরাইবক থিরবী নুপীদুগী ব্রাকৎ তাবীদনা দিজেন গাড়ীদা হাপকত্তুনা পুখিরম্মী। উপায় লৈত্রবী মরাইবক থিরবী নুপীদু কপ কপ্পুনা লৈহৌই।

দিজেন্না খল্লী ঙরাং অহীং নহারোল অহীং লেকখি হায়বা মখোয়না করম্না অদুক থুনা খঙলিবনো? মসি ঐবু মাঙনবা শিনবা ওইরগদ্রা নৎত্রগা মখোয় ফারবা জাৎলা? অসুম্না মপূক্লিংদা খল্লগা চৎলি। মানা গাড়ী হেক কাখৎপগা নুপা অমা মমিৎ পুন্দুনা লৈরম্বা থেংনখি। গাড়ী মনুংদা নুপাদুগী মমিৎ হাংদোক্লগা দিজেন্দা মশক খঙব্রা হায়না হংলম্মী। দিজেন্না খুল্লকই, "সার মহাক ঙরাং ঐগীদা অহীং লেকপদা য়াওবা ইবুংঙোনি।" অসুম্না মখোয় পুলিস ষ্টেসন্দা পুখ্রে।

দিজেনগী নুপী মপামদা চত্তুনা মাগী নুপাবু লৌথোক্লবা হোৎনরম্মী। পুলিস ও. সি. নসু দিজেন মরাল লৈতে হায়বা খঙই অদুবু আইনগী মতুংইন্না মহাক ফাদবা য়াদবদগী ফাবনি। দিজেন অহীংদু লোকপ্তা লৈরম্মী, অহীংদু কমান্দো নহা খরনা

লমচৎ নাইদবা মওংদা নরোল চুম্মু, নহাক লালহৌবগী মতেং পাংলিবা করিগীনো হায়না লিচৈনা অনী অহুমলক কল্লম্মী। দিজেন করিসু খুল্লমদে, মহাক মখোয়দা করিসু হায়রুবা কান্নদে খন্না চৈনা খাওদুনা তুমিন লৈরম্মী। মথংগী নুমিৎনি ও. সি. না মহাক মরাল লৈতে খঙবদগী মেজিষ্ট্রেটকী মমাঙদা পুথোকপিরম্মী। মেজিষ্ট্রেটনা পুলিসকী চেরোল অমদি মাগী বা তাবদগী লীশিং তরাগী শিওরিটি বোন্দা দিজেন থাদোকপীরম্মী। দিজেন য়াম্না হরাওনা মেজিষ্ট্রেট মমাঙদা মকোক নোন্না খুরুমজৈ। দিজেন য়াম্না হরাওবগা লোইননা পুলিস ও. সি. দা হায়জরম্মী, "সার ঐ য়াম্না নুংঙাইরে সারগী তৌবীমল ঐ কাওজরোই, অদুবু সার মীচম ঐখোয়সে নুং অনীগী মরক্তা হা হায়বদো ওইরে। ঐখোয় করম্না হিংগনি। মসিগী অকিবনা প্রজা মীয়াম পুম্বা কোক্কী লাইনা নারে।" "লালহৌবা লৈবা মফমদা মীচম প্রজা অরাবা নংবা হায়বসে হৌনশানি।" পুলিস ও. সি. না হায়রকই। দিজেন মাগী নুপীগা ময়ুমদা হল্লক্কুনা ফার্মগী থবক্তা মায় ওক্পিনখ্রে।

N.B. : *লালহৌবা লৈবা মফমদা মীচম প্রজা রাবা হৌনশানি অদুবু লালহৌবা অমদি পুলিসনা প্রজাগী খনবীরগা থবক তৌরবদি প্রজাগী অফবা ওইগনি খল্লী।*

# শেল মাঙহনবা

রুপা অচৌবা প্রাইভেৎ কম্পেনি অমদা থবক তৌরম্মী। মদুদা থবক তৌবা খুদিংমক থাংজ খুদিংগী ময়াম পুন্দুনা চামিন-থকমিন্নবগী প্রোগ্রাম অমা শিল্লম্মী। মখোয় খুদিংমক শেল খায়নরম্মী। মেনেজরসু য়াম্না হরাওনা শেলখায় পীরম্মী। মহাকসু অদুগুম্বা ময়াম পুন্দুনা চামিন-থকমিন্নবা য়াম্না পাম্লম্মী। অসুম্না থাংজ খুদিংগী শেল খায়নদুনা পার্টি তৌরম্মী। অদুবু রুপাদি কৈদৌঙৈদসু পার্টিদুদা শেল খায়দুনা য়াওরমদে। নোংমদি ময়াম থাংজ নুমিৎনি হায়দুনা শেল খায়নদুনা মেনেজরগী কাদা পুল্লম্মী। মেনেজরনা রুপাবু মাগী কাদা কৌশিল্লগা হংলম্মী, "রুপা, নহাক করিগী ময়ামগী পার্টি য়াওদবা করিগীনো? মসি ঐখোয় নুংঙাইমিন্নশি হায়দুনা তৌবা পার্টিনি।" রুপানা খুম্লকই, "সার মসি ঐঙোন্দদি নুংঙাইবা নত্তে শেল অরেম্বদা মাঙহনবনি হায়না খল্লী, ঐদি মসিদা শেল মাঙহনবগী মহুত্তা মরাইবক থিরবা লাইরবা অঙাংশিংদা মতেং পাংবীবনা হেন্না ফৈ খল্লী।" মেনেজর রুপাগী ৱাহৈদা ইকায়বা নংই, রুপাগী ৱাখলদু য়াম্না ফজবা মরম্না মহাক রুপাবু য়াম্না থাগৎলম্মী। অদুদগী মেনেজরদি মতুংদা পার্টি য়াওখিদ্রে।

N.B. ঃ *অরৈবা মীনা অরেম্বদা শেল মাঙহনবগী মহুৎ মরাইবক থিরবা মীগী মতেং পাংবনা হেন্না ফৈ, মদুগী মহৈসু শোয়দনা ফংগনি।*

# ইচাদো মরাল লৈতবনি

তোম্বা য়াম্না শু-নোম্বা কনবা, য়াম্না ইং তপ্পা রা কয়া ঙাঙগন্দবা মীনি, মাগী নুপী চাওবী য়াম্না হৈথোয় শিংথোয়বী ইচঙ থৌবী নুপীনি। মখোয়গী মচানুপা অনী মচানুপী অনীগা মচা মরিনি। মখোয়ময়াই ওইরপ নুংঙাইবা ইমুংনি। মখোয়গী মচা নুপা অনীমক মপান্দা লাইরিক তমহল্লী। মচাশিং লোইনা মরম ওকই, লাইরিক ফৈ ঙাওশিন্নবা য়াওদে। চাওবী মচাশিংনা ওফিসার অমমম ওইহনবগী মঙলান্দা হিংজরিবীনি। মচাশিং ফবা মরম্না থম্মোয়দা চাওথোকচৈ। তশেংনা হায়রবদা লৈকায়দা মখোয়গী মচাগুম্বা অতাংবনি।

কালেন ছুটি মতমনি মপান্দা তম্বা ছাত্র অয়াম্বা ময়ুম ময়ুমদা লাক্লুনা মমা-মপাশিংগা লৈমিন্নরি। ছাত্র অয়াম্বা মমান্নবা উন্নবা চৎপদা মথৌ চিন্নরি। চাওবীগী মচা অহলবু নুংশিনা সনাহল অদুগা মচা অতোনবনা সনাতোম্বা কৌই।

সনাহল নোংমা মমান্নবা উন্নরুগে হায়না মমাদা হায়রম্লগা নুমিদাংদা চৎথোকখি। সনাহল খর চৎলগা লম্বীদা ইথা থাজদনা য়াম্না লুনা তিন্নরম্বা স্কুলদা তম্মিন্নরম্বা মমান্নবা অমনা কৌরক্লম্মী। কুইরবগী মতুংদা থেংনবদুদা ঙাইহাক লেপ্লগা রারী রাতাই শান্নে। সনাহল কান্তোদা হংই, "মরুপ নঙবু হৌজিক করি তল্লীবগে? ঐদি বেঙ্গলোরদা বী. এ. তল্লী।" কান্তো মরু লূকথরপ তৌনা খুল্লকই, "মরুপ ঐদি নঙনা খঙলিবদুনি, লাইর মচা ওইবনিনা লাইরিক মখা তমথবা ঙমদনা তোকখ্রে।" "অদু হৌজিকপু করি তৌরিবগে?" সনাহলনা হংই। "মরুপ, হিংন-হিংনবা অদুম অফং অফংবা শুদুনা লৈরি।" কান্তো ইকায় ইকায়না খুল্লম্মী। সনাহলনা মখা তানা হংই, "হৌজিকপু কদায়দা চৎকদৌরিনো?" "ঐ থবক অমত্তা চৎকে তৌবনি অদো নঙ য়াম্না থুরব্রা, ঐবু অমুক্তা থিনবীরম্বা য়াগদ্রা? কান্তোনা হংই। য়ানি থিল্লমগে, ঐসু ইমান্নবা খর উন্নরুগে তৌবনি।" সনাহলনা হায়রম্মী। মখোয় অনী সনাহলগী বাইক্তা চৎমিন্নরম্মী। খর থৌরগা কান্তোনা অশম্বী লম্বী লৈরক খুল্লক্তা চৎনবা হায়রম্মী। সনাহল হায়ফেৎ চিংনরকই, কান্তোগী মওং মতৌদুদা। খর চৎলগা তুংদা কমান্দো গাড়ী অমনা তান্নরকপগী মওং উরম্মী।

কান্তোনা সনাহলদা কন্না থৌনবা হায়রম্মী। সনাহল কান্তোগী মতৌদা য়াম্না চিংনরম্মী। সনাহল মশাদা পাখৎপা অমগা লোইন্না মাগী গাড়ীদু কন্না থৌরম্মী। মাইকৈ অহুমদগী থৌজিল্লকপা কমান্দোগী গাড়ীদগী লেপ্পবা লাওরকখি। সনাহল পাখৎনা থৌবদা তুশিল্লম্মী, কান্তোনা হৌগৎলগা চেনগে তৌরম্মী অদুবু মখোং লেপখৎপা ঙমদনা তুশিল্লী। হৌগৎপা ঙমদ্রে, নঙ উপায় তৌদুনা চেনখ্রো।" সনাহল পাখৎপগা লোইন্না লাংখোঙ চোংদুনা চেল্লম্মী। কমান্দোনা লেপ্পবা কন্না লাওই অদুবু সনাহল পাখৎপদগী পংচেন্দা চেল্লম্মী।

মাইকৈ খঙদনা নোংমৈ কাপশিল্লকপা হৌরকপদা কান্তো মশামক শিরনি হায়বা খংলম্মী অদুবু মানা মাগী মরুপ সনাহলবুদি কনবা পাল্লম্মী। পুলিসনা সনাহলদা নোংমৈ তমদুনা কাপ্পা হৌবদা কান্তোনা কন্না লাওরকই, "মাদি মীচম্নী, মাদি মীচম্নী, মাবু কাপকনু।" লেপ্তনা কাপশিল্লকপা মরুনা মখোয় অনীমক পাল্লম্মী। হিংনা ফাব য়াব মফমদা নোংমৈ কাপশিন্দুনা হাৎখিবদা মনাক্তা লৈরম্বা মীয়াম্না য়াম্না নুংঙাইনখিদে।

চাওবী মচানা অথেংবা অহীংফাও হল্লক্তবদা মথায় য়াম্না ব্বারম্মী। মখোয় থিবা য়াব থিরে, মমান্নবা কয়াদসু হংদবা লৈত্রে। চাওবী থিবা য়াব থিবদা ফংদ্রবদা ময়ুমদা হল্লক্নুনা নুমিদাংগী পুং ৭.৩০ গী রেদিওপাউ তানবা ঙাইরম্মী। পুং ৭.৩০ গী পাউদা মোতোর বাইক্তা লাকপা নহারোল অনীনা কমান্দোদা নোংমৈ কাপশিল্লখ্বদগী হন্দুনা কাপ্পদা শিরে, অমদি মমিং সনাহল কৌই অমদি মশক মমিং খঙদ্রি হায়না হায়রকপদা মচাগী ব্বাখন্দা ঙাওরবী চাওবী ব্বাম্থখ্রে। মখোয় মী খর চত্তুনা মোর্গতা য়েংলুবদা সনাহল নোংমৈনা মফম কয়াদা পানবগী দাকফম লৈরম্মী। উপায় লৈত্রবী চাওবী তেংথাদুনা কপলকই, "ঐগী ইচাদো মরাল লৈতবনি, মীচমনিনে ইচাদো, করিগী অসুক তমথিনা হাৎতোকপীরিবা, মীনুংশি খঙদেদকো হিংচাবশা।" মরাইবক থিরবী চাওবী মচাবু কোন্দুনা তেংথানা কপ্পী।

অসুম্না ব্বাখল খন্দবা মীওইশিংগী মখুত্তা মচা শিবগী নুংঙাইতবা ব্বাখন্দা লাও খোংদুনা কপ্লিবা মমা কয়ানি।

N.B. : *মরুপ মপাংনি হায়দুনসু মাগী লমচৎ শাজৎ খঙদনা খক চৎমিন্নরোইদবনি। অদুগা চিংনৈ হায়দুনসু মীবু অহকপা চৈরাক পীরোইদবনি।*

# হিন্দিগী মার্ক

লোকেস ক্লাস ফোরদা তম্বা ছাত্রনি, মহাক হিন্দি য়াম্না হৈনদে। হিন্দিগী পরিক্ষাদা মহাক মার্ক ৱাংনা ফংবা ঙমদে। মাগী ওঝানা মঙোন্দা য়াম্না তোয়না হায়রম্মী, "লোকেস, হিন্দি হায়বসি ঐখোয় খঙদবা য়াদবনি অদুনা নহাকসু খঙনবা কন্না হোৎনৌ।" লোকেসনা খুম্লকই, "মেদাম ঐদি হিন্দি য়াম্না হৈনদে মসিবু তমদবা য়াদ্রা?" মাগী ওঝাদু নোক্লগা খুমলকই, "লোকেস মদু য়াদেনে, লাইরিক খুদিংমক হৈনবা হোৎনগদবনি নৎত্রবদি নহাক করম্না পরিক্ষা পাস তৌগনি? 'হোয় মেদাম, ঐ কন্না হোৎনরগে" লোকেসনা খুম্লকই।

নোংমা লোকেস মমাদা হিন্দি সবজেক্কী মতাংদা ৱারী শারম্মী। মমানা মঙোন্দা হায়রম্মী, "লোকেস হিন্দি সবজেক অরুবা নত্তে, য়াম্না লাইবা লাইরিক্নী। নঙনা কিবা মরম্না মদু অরুবা ওইনা খনবগী ৱানি। নঙ অমুক্তা হোৎনরগা য়েংউ অতোপ্পা সবজেক অদুগুম্না। নঙোন্দা য়াওরিবা ঈশ্বরনা পীবা অদুক ফবা কোক্তু নঙনা নিয়ম চুম্না শিজিন্নরবদি নহাক করিগী হিন্দিদা ফেল ওইরুনি।" মমাগী পুক্নীং থৌগৎপা ৱাহৈদা হরাওবগা লোইননা নুমিৎ অদুদগী কন্না থৱাই য়াওনা হোৎনবগী চহীগী পরিক্ষাদা মার্ক ৱাংনা ফংদুনা পাস তৌরম্মী। মাগী ওঝানা মাগী মার্ক উবদা ঙক্লদুনা হংলম্মী, "লোকেস নহাক করম্না মার্ক অসুক য়াম্না ফংলিবনো?" লোকেসনা হায়রম্মী, "ঐগী ইমানা হায়বা মতুং ইন্না ঐনা হোৎনবদগী মার্ক য়াম্না ফংলিবনি মেদাম।"

N.B.: *মমা ফরবদি মচা ফৈ, লৌশিং লৈবী মমাগী মচাশিং শোয়দনা লৌশিং লৈগনি। হোৎনবদা ঙমদবা লৈতে।*

# মরুপ অনী

সোনু অমদি মোনু য়াম্না লুনা তিন্নবা মরুপ্নী। সোনুদি মবুক কয়া ফত্তে অদুগা মোনুদি মবুক ফবা য়াম্না ইং তপ্না অফবা অঙাংনি। মহাক মাগী ম রুপ সোনুনা তৌসি হায়বা খুদিংদা নোংমতা মাই হায়দে। নোংমগী নুমিৎনি মখোয় অনী লমজেন চেন্দুনা কনানা হেন্না পাঙ্গল কনবগে হায়বা য়েংনসি হায়নরম্মী। সোনুনা মবুক ফত্তবগী ৱা অমা হৌদোরকই, "মরুপ, ঐখোয় চেনবদা নঙ্গলদা অরুম্বা অমমম পুনসি।" সোনুসু মাগী ৱাফমদু য়াদুনা মখোয় অনী লমজেন চেন্নবা লেপনরে। সোনুনা লশিং বেগ অমা পুরে অদুগা মোনুদনা থুম বেগ অমা পীরে। মখোয় অনী থুংফম হায়নদুনা লমজেন চেনবা হৌরে। খর চেনবা হৌরকপদা মোনু য়াম্না কন্না চেনবা ঙম্লকত্রে। অদুবু সোনুদি ফন্না য়াম্না চেনখৎখ্রে। খঙহৌদনা নোং কন্না চুরকপদগী মোনুগী থুমদু মহি লাংথোরক্তুনা মখাদা লোইনা তাখ্রে। অদুগা সোনুগী লশিংদি নোং চোক্তুনা হেন্না হেন্না লূম্বা হেনগৎলক্তুনা চেনবা ঙম্লকত্রে। সোনু মায়থিরে লমজেন্দু মোনুনা থোইরে। সোনু মথ্বাই নুংঙাইত্রে মথংদদি মানা থোয়নবা তৌগে হায়না খল্লম্মী।

নোংমা মানা মোনুদা সাইকল লমজেন তান্নসি হায়রম্মী। মোনুসু য়াই তৌসি হায়না খুমলম্মী। সোনুনা সাইকল য়াম্না ফত্তবা চেন তোইনা তাগনবা অমা মোনুদা পিরগা মানা অফবা অহনবা অমা পায়রগা মবানি লমজেল থাদুনা মবানি য়ৌবা তান্নরম্মী। সোনুদি মাগী সাইকল ফবনিনা য়াম্না কন্না থৌদুনা মোনুগী মাঙ থারম্মী। মোনু মাগী সাইকল ফত্তে খঙবনিনা য়াম্না চেকশিন্না থৌরম্মী। সোনু হন্দক্তি মানা থোইরনি খন্না হরাওনা লম্বী থুংনা হায় হায়দুনা থৌরম্মী। খঙহৌদনা মাগী সাইকল য়াম্না লুম্লম্মী। মহাক থৌবা ঙমলমদে, মহাক মাগী সাইকল হোরে হায়বসে খঙলকই। মহাক মথ্বাই য়াম্না ৱারম্মী, মহাক মাগী সাইকলদু হোনা হোনা থৌরম্মী অদুবু খর থৌরগা ৱাদুনা থৌবা ঙম্লকত্রে। মোনুদি লেপ্তুনা চেকশিন্না থৌরকপনা সোনুদগী হেনগক্তুনা পম্থুংফম য়ৌখ্রে। অদুবু সোনুদি য়ৌবা ঙমদনা লমখাংদা লেপখ্রে। সোনু মহাক্না তোইনা মাইথিবগী মরম মহাক খঙলকই। "ঐনা ঐগী মরুপ্তু মাইথিবা পীগে খন্দুনা পূক ফত্তবগী থবক

তৌরুবনা ঐনা মাইথিবগী মরম ওইরিবনি।" অসুম্না সোনু রাখল লাক্কুনা মতুংদা অমুক তৌররোই হায়না খল্লকই।

N.B. ঃ *ফত্তবা রাখলনা অমদি ফত্তবা লমচৎনা পুস্তিবু লৈখা তানবগী মরম ওইরকই হায়বসি ইশানা খঙগদবনি।*

# ঈশ্বরগী থৌজাল

বীরেন অমসুং রাজেন য়াম্না লুনা তিন্নবা মরুপ্নী। মতম অয়াম্বদা মখোয় অনীতমক লোইনৈ। অদুগা রাজেনদি ইনাক খুনবা চাবা-থকপা ব্রাত্তবা ইমুংগী মচানি অদুগা বীরেন্না য়াম্না লাইরবা লৌমী অমগী মচানি। রাজেন্না মতম অয়াম্বদা মাগী মরুপ বীরেনগী অৱাৎ অপাদা মতেং হেক হেক পাংই। বীরেন ঈশ্বরবু য়াম্না থাজবা অঙাং অমা ওইনা হৌরকই। মহাক করিগুম্বা থবক অমা তৌগে খল্লকপদা ঈশ্বরদা হান্না থৌনিরগা তৌই। মহাক মীনম্বা ঙাঙদে, অচুম্বা মফমদদি মহাক শিবা কীদবা মীতানি। রাজেন্না মাগী লমচৎ শাজৎ ফজনা খঙই, অদুবু মহাক্তি ঈশ্বর লৈ হায়বসি মহাক য়ানিংদে। মীনা করিগীদমক্তা লাই নীংলিবনো ঈশ্বর কদায়দা লৈগে হায়না হেক হেক মরৈ তৌনৈ। নোংমদি বীরেনগা রাজেনগা মবানি ফম্মীন্নরম্মী, বীরেন মখুত্তা ঈশ্বরগী ওইবা লাইরিক অমা পায়রম্মী। রাজেন্না বীরেনদা হায়রকই, মরুপ নঙসিদি ঈশ্বরদা ঙাওরেকো, মমৈথংদদি নহাক লমবোইদুনা লাইগা নীংখিগদবা মাল্লীকো।" বীরেন নোকফেৎ তৌনা খুমলকই, "মরুপ মীওইবা ঐখোয়সে ঈশ্বরগী মনাইনি, মঙোন্দগী লাকপনি মঙোন্দা হনখিদোইনিনে।" রাজেন মরৈ য়েৎলকই, "নঙ ঈশ্বর লৈ হায়বসি করম্না প্রমান পীবা ঙমগনি? ঐদি ঈশ্বর লৈতে হায়না প্রমান পীবা ঙমগনি।" বীরেন য়াম্না ইংনা তপ্না খুমলকই, "মরুপ, ঐখোয় অনী মসিদা মরৈ য়েৎনগুমসি, ঐনা ঈশ্বর লৈ হায়ন' প্রমান পীরবসু মরুপ্না থাজরোই, থাজবা ঐগীদি ঈশ্বর লৈ হায়বসে অদুম থাজে।" "ফরেনে অদুদি নঙ ঐঙোন্দা ঈশ্বর লৈ হায়বগী খুদম অমতং পীয়ুদনা।" রাজেন্না হায়রকই। " ফরে অদুদি ঐ নঙোন্দা খুদম অমগা প্রমান অমগা পীগে নহাক মুন্না তারগা অমুক্তা খঙ্গৌ।" বীরেননা হায়রকই, "য়েংঙোই মরুপ, নহাক শিৎলিবা নুংশিৎসি উব্রা?" "উদে।" রাজেন্না খুম্মী। "অদুবু নুংশিৎনা নঙোন্দা থেংলকপদি নঙ খঙব্রা?" "খঙই" "অদু ওইরবদি নহাক ঈশ্বর লৈ হায়বসি য়ানিংদব্রা? অদুগা অমনা ঐখোয় মীওইবা চহী কয়াদগী লাই নিংবা হৌরকই হায়বা ঙমগদ্রা?" বীরেনগী ৱাহংদা রাজেন ঙাইহাক খল্লী অদুগা খুমলকই, "মরুপ, নুংশিৎপু ঈশ্বরনি হায়গেরো, নুংশিত্তি নুংশিৎনি। অদুগা মীওইবনা লাই নীংনরকপসি কন্নানসু হায়বা ঙম্লোই।" অদু ওইরবদি

নহাক (লাই) ঈশ্বর লৈ হায়বসে নহাক থাজৌ, ঐখোয়না উবা ফংদবা নুংশিৎ অদুনা ঐখোয়গা লোইননা লৈবগুম ঈশ্বরসু লৈ হায়বসে ঐখোয় থাজগদবনি। অদুগা অমনা ঐখোয় মীওইবনা করম্বা মতমদগী ঈশ্বর নীংলকই হায়বা কনাসু ঙম্লোই, মরমদি ঈশ্বরদি মীওইবা ঐখোয়গা লৈমিন্নরকই হায়বগী খুদমদি হায়বা ঙম্বা য়াই। অদুনা ঐখোয়না ঈশ্বর লৈ হায়বসি থাজফম থোকই। মসি ঐগী রাখলনি। ঈশ্বর থাজবা মীনা ঈস্বর লৈ হায়বা খঙই অমদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবা ঙম্মী। থাজদবা মীদি কৈদৌঙৈদসু ঈশ্বর উবা ফংলোই অমদি মাগী থৌজাল ফংলোই" "নঙবু করম্বা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবগেনে?" রাজেন্না হংলকই। "ঐনা ফংবা ঈশ্বরগী থৌজাল নঙনা খঙবা ঙম্লোই ঐনা হায়রগসু নঙনা থাজরোই।" বীরেন্না খুমলকই। অসুন্না নুমিত্তু মবানি ঈশ্বরগী মরমদা মরৈ য়েৎনরগা লোইশিনখি।

নোংমগী নুমিৎনি মখোয় কলেজগী ছাত্র ময়াম লমকোইবা মোইরাংদা চৎলম্মী। নুমিত্তু নোং য়াম্না তাই, মখোয়না হল্লকপদা থেংলে হায়দুনা গাড়ীদু খর কন্না থৌরম্মী। লাইবক থিবদি মখোয়গী গাড়ীদুগী ব্রেক ফেল ওইখ্রে। ড্রাইভরদু ময়ামদা পাখঙনবা লাওরক্লম্মী, "নখোয় খুৎপায়ফমদা কন্না পায়য়ু, গাড়ী ফেল ওইরে" হায়না লাওরক্লম্মী। বীরেন্না মদু তাবদগী মমিৎ উইশিন্দুনা ঈশ্বরদা মখোয় ময়াম্সু কনবীনবা হায়জরম্মী। মহাক্না জ্ঞান তারকপদা মী ময়াম লাংনবগী খোঞ্জেন তারকই। অশোকপা ময়াম অমা য়াওরম্মী। মী অয়াম্বা মখুৎ তেকপা, মখোঙ তেকপা কোক কায়বা কয়া অমা য়াওরম্মী। অদুবু মাদি মশাদা করিগুম্বা অমত্তা শোক্লমদে। মাগী মমান্নবা য়াম্না লুনা তিন্নজবা রাজেনসু মখোঙ তেকলম্মী। রাজেন মতম খর হোসপিতালদা লৈরম্লগা ময়ুমদা পুরক্লুনা লৈরম্মী। নোংমা বীরেন রাজেনগী য়ুমদা রাজেনগী অনাবা খর ফংরব্রা হায়না হংবা চৎলম্মী।

বীরেন রাজেনগী লৈফমদা চঙলগা মাগী অনাবগী ফিভম হংলম্মী, "মরুপ, নাব খর ফংরব্রা?" "খর ফংবগুম তৌই, ঙরাংদি য়াম্না চিক্লম্বনি অদু ঙসিদি করিমত্তা চিকত্রে।" "ফংরনিদা ঈশ্বরগী থৌজান্দগী" বীরেন্না হায়রকই। রাজেন্না য়াম্না ইকায়না খুমলকই, "হোয় ফংরনিদা" রাজেন ঈশ্বরবু থাজরকপা তৌই, মহাক মখা তানা হায়রকই, "মরুপ, ঐ ঙসিদি ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজরে, নুমিত্তুদা ঐখোয় শিব য়াবনি অদুবু ঈশ্বরনা কনবীবদগী ঐখোয় শিব ফাওবদি অমত্তা শিদ্রে। নুমিত্তুদা মরুপ্না খোঞ্জেন থোক্লা লাওখিবদো ঐ ঙসিসু নাকোংদা অদুম তারি।" তশেংবদি নুমিত্তুদা বীরেন্না খোঞ্জেন থোক্লা লাওখি হায়বা মহাক মশাদি খঙহৌদে। "নঙনা ঈশ্বরবু চেৎনা থাজবা মরম্না

ঈশ্বর মানা উবীদুনা অমদি নঙগী হায়জবা তাবীদুনা কনবীরে। ঐনা য়াম্না ঙক্লীবদি ঐখোয় খুদিং লোইনা শোকই অদুগা নঙনা করিমত্তা শোক্তে, মসি খুদিংমক নঙনা ঈশ্বরবু নীংজবগী মহৈনি।

অসুন্না রাজেন ঈশ্বরবু থাজবা হৌরকখি। নোংমগী নুমিৎনি বীরেন মাগী কাদা ঈশ্বর মানা য়াম্না পামজবা ভগবান সৈত্যা সাই বাবাদা ধুপ কত্তুনা খুরুম্লীঙৈদা মাগী মরুপ রাজেন্না চঙলকই। মপান্দগী কৌরকই। বীরেন্না অশুক কুইবসি মমান্নবা অমত্তদা মহাক সাই বাবা নীংই হায়বা তাকথোক্তে, অদুগা মাগী কাদা বাবা লাৎলিবা অদু উহন্দে। অদুবু মহাক নুমিত্তুদা মাগী ম রুপ রাজেন উহল্লম্মী। রাজেন্না বাবাগী ফোতো উবদগী মাগী মমঙদা উখিবা নুপা অদুগা মান্নরম্বদগী মহাক ঙক্রম্মী। মহাক্না বীরেনদা খঙনিংনা হংলকই, "মরুপ নঙনা খুরুম্লীবা ফোতোদু কনাগী ফোতোনো?" বীরেন নোকফেৎ তৌনা খুমলকই, "মরুপ, মহাকসি কল্লি যুগকী অবতারনি হায়নরিবা সৈত্যা সাই বাবাগী ফোতোনি।" "মহাক ঙরাং ঐগী মঙদা উরম্মী, মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রম্মী, "নখোয় নঙগী মরুপ বীরেন্না কনবীরে, নহাক নঙগী মরুপ্পু থাজৌ, ৱাহৈসি হায়রম্লগা অদুম উখিদ্রে।" রাজেনগী ৱারী তারবা মতুংদা বীরেন্না হায়রকই, "মরুপ, নহাক নরাইবক য়াম্না ফরবনি, মাবু থৱাই তানা নীংজরিবা ঐগী মঙদদি ঙসিফাও উদ্রি।" রাজেন হান্নদি চানিংবা চা থক্লীংবা থক তৌরম্বদু তোকথোক্কুনা অচুম্বা লম্বীদা চত্তুনা ঈশ্বরবু থাজবা অফবা মী অমা ওইখি। লোইননা বীরেনসু ঈশ্বরগী থৌজান্দগী পুক্সিদা মাই পাকপা মী অমা ওইখি।

---

N.B.: *য়োৎনা উগা তিম্নরগা ঈশিংদা তাউই, উসু য়োৎকা তিম্নরগা ঈশিংদা লুপ্পী হায়বসি ঐখোয়না খঙগদবনি। ঈশ্বরবু থাজবা মীদি অফবা মী ওইগল্লী।*

# ঐগী ইপাপ্পনি

সরত, তোম্বী য়াম্না নক্পবা মরী মতানি। মখোয় চহী লেঙ্গা ওইনা হৌরকপগী মরী মতা ওইরবসু মরুপ মপাং অমা ওইনা তিন্নরকই। সরত লাইরিক লাইশুদা থৱাই য়াওবা হোৎনবা কনবা মীনি। মাগী মমা ঈশ্বরবু থাজবী ধর্ম্ম লৈবী নুপীনি। তোম্বীগী মমা মীহৌ চাওবী কলক য়েংথিগনবী নুপীনি। মীগী ইমুংনা নুংঙাইবা উরগা লৈফম খঙদবীনি। মহাক নোংমতা ময়ুমদা নিংথি নুংঙাইনা লৈতে, মাইবা মাইবী থিদুনা মন্ত্র তম্বা চৎলি। মীঙোন্দা খুৎশেম যাদু তৌদুনা মীবু লৈখা তাহন্নবা হোৎনবা নুপীনি। অসুম্না য়ুম্লোন কৈরোন্নবদা লৈবা মীগী ইমুংদা পোৎশেম তৌশিন্দুনা মীগী ইমুং য়াম্না তোইনা অৱা-অনা নংহল্লী। সরতকী মমা ধর্ম্ম লৈবী মীনুংশি লৈবী নুপী ওইবগী গুণ চেনবীনি। মহাক্ক মচানুপা অনীবু লাইরিক মতিক চানা তমহল্লী। হৌজিক সরত সরকারগী থবক অমা ফংদুনা ইমুং পুবদা মমাগী মতেং পাংবা ঙম্লে। মাগী মনাওগী থবক তৌনবা মহাক য়াম্না কন্না হোৎনজৈ অদুবু মরাইবক থিবদগী থবক ফংদবদগী হিংনবা লম্বী অমদি থিদবা য়াদবনিনা মহাক দুকান অমা হাংদুনা মনাওনুপাগা মাগা শিন্ন শিন্নদুনা ফম্মী। মীনা ফৱকপদা কল্লকপা মীহৌবা মীওইবগী হৌনশানি। অদুবু মীওইবা ঐখোয়না কল্লকপবু নিয়ম চুম্না শিজিন্নরবদি অফবা ওই। মীনা ফৱকপদা কল্লরুবা মীনা মীদুনা ফরিবা অদুগুম্না ফনবা হোৎনগদবনি মীদুবু মাঙনবা তৌরোইদবনি। তোম্বীগী মমা, মচাবু ফনবা শেম্বগী মতুং মীবু মাঙনবা তৌদুনতা লৈবী নুপীনি। সরতকী ইমুংনা খর নুংঙাইরকপা উরবদি মহাক লৈফম খদে। করম্না নমথসিগে খনবদা অমাইবা অমাইবী তান্নবা কোইচৎ চৎলি। মহাক মীগী মাঙনবা হোৎনবদা ময়ুমদা শেল তুংদে। সরতকী ইমুংসু নুংঙাইফম খঙদে, হোৎনজমনগী খর ফংগৎলকপদা অমুক হেক্তা ঈষ্টুবী। মখোয়সু খংই তোম্বীগী মমানা পোৎশেম যাদু তৌই হায়বা অদুবু হকথেংননা থেংনবা উরুবা নত্তবনিনা করিসু হায়বা ঙমদে। মাগী মওং মতৌ ৱাঙাঙ শঙাঙ কয়াদদি মানা পোৎশেম তৌই হায়বা খঙলবনি। য়েংলুবা খুদিংদা মানা তৌবনি হেক্তা হায়রকই।

অসুম্না সরত নুংঙাইফম খঙদে, পূক্লিং লৈতাবা ফংদে। করিগুম্বা মতমদা য়ূম হোংলসিরা হায়বফাও খল্লকপা য়াওই। তোম্বীগী মমা অহল ওইশিল্লক্লে, মাগী মচা অমত্তা মীরোল তাদ্রে। মানা তৌজখিবা কর্ম্মগী মহৈ হায়গদ্রা মহাক নোংম নোংমগী বাবা হেঞ্জিল্লক্লে। ইপা ইপুগী বাহৈদা লিলনা মকোন চঙলমদাইদা চুম্মী হায়নবগুম অহল ওইশিল্লকপা মঙ মখূৎনা লাম্বা ফংলকপা মতম য়ৌরক্লবা কান্দদি মহাক অফবা থবক তৌগে খল্লক্লে। মানা তৌখিবা থবক্কী ফংলিবা মহৈ কোক্লবা উপাই থিবা হৌরক্লে। মহাক মাগী মচা ফাওবনা মাবু য়ারকত্রে। নোংমদি ইথা থাজদনা সরতগী য়ূমদা লাক্লগা হায়রকই, "ঐসে য়াম্না পঙবীনি, বাখল থেনবী ওইরুবনা ঐনা নখোয়বু মাংনবা কয়া তৌখ্রে, নখোয় ঐবু বারৌগনু, ঐ য়াম্না লানখ্রে। ঐখোয় ইচিন-ইনাও ঙাক্তনি বারৌনবা য়াদেকো।" সরত খূজিন্দা তুম চঙবা শৎখিবগুম খঙয়াং য়াংনা নুংঙাইবগুম তৌই। মতমদুদগী মহাক অয়েকপা লৈতনা নুংঙাইনা লৈবা ফংজখি।

---

N.B. : *মীগী ফত্তনবা তৌরবদি ইশা মাঙই হায়বসি ঐখোয়না কৈদৌঙৈদসু কাওরোইদবনি। মসি ঈশ্বরগী বায়েল্লী।*

# খোইদা দন্দি পীবা

রামভারোস য়াম্না মবুকচেল ফত্তবা মরৌ লৈবা উকিলনি। মী খুদিংমক্না মাগী মওং লোইনা খঙই। নোংমা রামভারোস জগৎকী য়ুম ময়াদা ফাওরগা চৎলম্মী। জগৎ খোই লোইবা মীনি। খঙহৌদনা রামভারোস খোই অমনা চিকলম্মী। মহাক য়াম্না শাওরম্মী। মহাক্না জগৎপু ৱায়েনশঙদা ৱাকৎকনি হায়না কীহল্লম্মী। জগৎনা ঙাকপীনবা হায়জরম্মী অদুবু রামভারোসনা থওইনা তারমদে। মা কোর্ট চৎলম্মী অদুগা জর্জজদা থৌদোক অদুগী মরমদা তমলম্মী। জর্জজসু রামভারোসগী মওং অমদি লমচৎ শাজৎ ফজনা খঙই। জর্জ্জসু খঙলম্মী মবুক ফত্তবা পূকচেল পীকপা রামভারোসনা লাইরবা খোই লোইবা নুপাদুবু অরাবা পীনিংদুনা তৌবনি হায়বা। মহাক্না রামভারোসতা হায়রম্মী, "নঙোন্দা চিকপা খোইদু মফমসিদা পুরকউ মাগীসু ষ্টেটমেন লৌবা দরকার ওই।" রামভারোসনা হায়রকই, "খোইবু করম্না কোর্টতা লাক্রগা ষ্টেটমেন পীবা ঙমগনি?" "অদু ওইরবদি মহাক থাদোকপা নত্তনা অতৈ অমা লৈতে। মফমসিদা নঙনা মতিক চাবা প্রমান পীবা ঙমদ্রে।" খোইনা নঙোন্দা চিকপনিনা মরালগী মতুং ইন্না খোইদা দন্দি পিগদবনি। জর্জ্জনা রামভারোসদা হায়রম্মী। মবুক ফত্তবা রামভারোস মীমাংদা চোপ্পা নত্তনা করিসু তৌবা ঙম্লমদে।

N.B. : *ফত্তবা মীগী মীচঙ লৈতে হায়বা ঐখোয়না খঙজিনবা ফৈ।*

# মসি খঙজিল্লু

রাজু য়াম্না ঙাওশিন্নবা লমহেনবা নুপামচানি। মাগী ক্লাসকী ছাত্র খুদিংমক মাগা থেংনগনি খনবদা অৱাবা অমা ওই। মহাক মমান্নবা কয়াদা লক্লবা করেম কথায়নবা মী উশিত্তবা অঙাংনি। ওঝানা মাবু কয়ারক হন্না ভাব তানবা ঙাওই অদুবু মহাক কৈদৌঙৈদসু হনবা তৌদে। মহাক য়াম্না ঙাওশিন্নবা নুপামচানি। মতম অয়াম্বদা মীবু লক্লবা মীঙোন্দা করেম কথায়নবা, মীঙোন্দা চেদুম তারগা লংদুনা মীবু লক্লবা মীনি। মহাক তশেংবদি মাগী মমা মপানা ৱারক্তবা অঙাং অমা ওইবদগীনি। অঙাংগী লমচৎ শাজৎ অয়াম্বা ইমুংদুগী মমা মপাগী মখা য়াম্না পোল্লী।

নোংমগী নুমিৎনি, ওঝা নুপী অমা চঙলক্লুনা লাইরিক তাকলম্মী। রাজুদি ওঝানা লাইরিক তাক্লিবদুদা পূক্লিং চঙলমদে, মাগী হৈনবী মীঙোন্দা লক্লবা করেম কথায়নবা তৌদুনা লৈরম্মী। ফম্মীন্নরিবা মমান্নবশিংনা মাবু য়াম্না হৈনরমদে। অদুবু হায়বা কীবদগী অয়াম্বা ভুমিন্না লৈনৈ। রাজুনা তৌরিবদু ওঝানা লৈথোরকপদা উরম্মী। ওঝা নুপীদু মাগী মনাক্তা চঙলক্লগা রাজুদা হায়রম্মী, "রাজু, ঐসু নঙদৌনা তৌরকপা মতমদা য়াম্না ঙাওশিন্নরম্মী, মীবু করেম্নবা, মীবু লক্লবা, মী উশিত্তবগী হৈনবী ঐঙোন্দা লৈরম্মী। অদুননি ঐগী ঙসি ওইরিবা শক্তমসে। রাজু, নঙ অমুক্তা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংউ, ঐগী থিরিবা শকসে অসুম্না থিরম্বা নত্তে। মসি ঐনা তৌজরম্বা ইরালনা ঈশ্বরনা পীরকপা মহৈনি। অদুনা নঙ কৈদৌঙৈদসু মীঙোন্দা করেম কথায়নদনা অমদি উশিৎ থওইদনা লক্লবা তৌরম্নু নৎত্রবদি নঙসু ঐগুম্না শকথিবা মী অমা ওইরক্কনি।" রাজু থাজরম্মী, মঙোন্দা অকিবা অমা পোকলম্মী, মহাক শ্বর মপি হোন্দুনা হায়রকই, "ওঝা ঐ মতুংদা অমুক হন্না তৌররোই, মতুংদা ঐসু অফবা ছাত্র অমা ওইনবা হোৎনরনি।" অসুম্না ওঝানা রাজুবু অচুম্বা লম্বীদা পুবীখি।

---

N.B. ঃ *ফত্তবা তৌবগী ফত্তবা ফংই হায়বা অঙাংদা নীংথিনা তাকপী তম্বীরম্বদি ফত্তবা থবক কৈদৌঙৈদসু তৌরোই।*

# খন্থহৌদবা ৱাখলদগী

বীজেন মতোমতা পোকপগী মতিক মমা মপানা য়াম্না লুনা তৌই। লুনা তৌবগী মতিক বীজেন য়াম্না কেথোক মৌথোক্না লৈ। বীজেনগী মপা রাজমনি লৌয়াম চাবা খুঙ্গংগী ইনাক খুনবা মীনি। মাগী মরল মপুঙ্গিগী চাব লোইররোই হায়না লৈকায়গী মীনা হায়নরিবনি। বীজেন লাইরিক তম্মী খোইজংদে, ঙাওশিন্নবা য়াম্না পাম্মী। ইম্ফালগী মীগা তিন্নদুনা কোয়বা, চাকচা হৈজানবা, জুৱার শান্নদুনা মতম লেনবা য়াম্না পাম্মী। মমা মপানদি মাবু লাইরিক হৈহন্নীংবনা ইম্ফালদা থমদুনা চহী কয়া লাইরিক তমহল্লুরে অদুবু ফেল ওইদুনা স্কুল কয়া হোং হোংদুনা তম্বদা স্কুল মশীং শুরক্লে।

মাগী ৱাথোক্তা মমা মপাদি ইজ্জৎ লৈখা তারে, বীজেনগী মপা রাজমনি ৱাখলগী লৈনানা নাদুনা খঙহৌদনা ৱাষ্টরক্কুনা লাইকন্নবা ঙমদনা লৈখিদ্রে। মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা ইমুং পুবগী থবক খুদিংমক মঙোন্দা তারক্লবনি। অদুবু মাগী ঙাওবা হন্দবদগী মমানা নুপী অমা থিজিনবীরে খর ঙাওবা হন্নবনি খন্দুনা। মাগী মমানা হায়বা লৌদে মাগী থোকপা পংতৌদা তৌই। অসুম্না মখোয়গী লৈরম্বা মপানা থনম্বা শমপতি ময়াম কায় কায়দুনা জুৱার শান্নবদা লৌফম অফ অফবা ফনা য়াম্না লোইখ্রে। বীজেন শুবা নোম্বগী হৈনবা লৈরক্তবনা নোংমতসু লবুক্তা চত্তুনা লৌ রেংশল্লুদ্রে। য়ু থক্কুনা লাক্লগা নুপী ফুবা চৈবা তোইনা তৌরকপদগী নুপীসু লৈবা ঙমদ্রদুনা মচা পুদুনা মপামদা চেনখ্রে। ৱাখলনা লৈনা ওইরবী মরাইবক থিরবী তম্ফা কপ্পা কপ্পা মাগী নুপা কৌরদুনা কপ্লকই, "হো পুকফবা নঙনা পঙলবী ঐঙোন্দা নচা ওক্তবা শিন্নরম্লগা করিগী নঙনা চৎখ্রিবনো? নঙদি নুংঙাইনা লৈরম্লগনি ঈশ্বরগী মনাক্তা, ঐবুসু পুবীরোনে ননাক্তা, ঐবু করিগী হন্দোকপীরম্লীবনো নঙনা?" অসুম্না ৱাখলনা লাইমন ওইরবী মমা তম্ফা নোংমা খংহৌদনা মকোক ঙাওরক্কুনা তুবদগী লাইকন্নবা ঙমদনা মফমদুদা শিরে। বীজেন য়ুমদুদা মতোমতা ঙাইরে মহাক তৌফম খঙলকত্রে। মাগী নুপী লাক্কুনা মনেমগী তৌফম থোকপা শ্রাদ্ধ লোইরগা ময়ূমদা হনখ্রে। বীজেন হৌজিক অঙাওবগুম পাঙ্খক ওইরে। মাগী য়ামখ্রবা মপানা থম্বীরম্বা মান-চাং কায়বা লোইদুনা মপানা শাবীরম্বা ময়ুম য়ুমজাও শিদুনা য়োনবা হৌরক্লে।

নোংমগী থেংলবা অহীংনি বীজেন মাগী নুপীগী মনাক্তা চৎলম্মী। মী তুম্নখিবা মতম ওইবনা ইচিক চিক্লম্মী। অহীংদো হুই য়াম্না খোংই কৈদৌরবজাৎনো হায়না মাগী নুপীনা লেমটন অমা পায়রগা থোরকপদা বীজেন শুমাং মচিদা তুরগা লৈরম্বা উরকই। মখোঙসু ঈনা পুমতৈ তৈরম্মী, মাগী নুপীনা কোনখৎলগা মাঙ্গেলদা পুখত্তুনা ফক অমদা হিপহল্লম্মী।

বীজেন মরোল মরৈ ফাইনা মাগী নুপীদা হায়রকই, "লনধোনি, নঙ ঐবু য়াম্না ৱারৌরমগনি, ঐনা মরম ওইরগা নঙসু ঙসিদি অৱা মৈশা লাংলেদো, ঐ নঙোন্দা য়াম্না লানখ্রে।" "অদুম হায়হৈদে, তোল্লবী ননাইদা অদুম্না হায়বীগনু।" লনধোনি মপি ঈরা শিঙ্গদুনা খুমলকই। "ঐ ঙসিদগী অমুক হন্না য়ু থক্লরোই অদুগা ইখুৎসিনা অমুক হন্না জুৱার চে পায়দুনা শান্নখ্ররোই, নঙনা ঐবু অনৌবা মপোক অমা অমুক্তা পোকপীয়ুনে লনধোনি, ঐগী খম্বহৌদবা ৱাখলদগী নখোয় খুদিংমকপু অৱাবা তাহল্লে। লাঞ্জদ্রবা ঐগী ইমা ইপাবুসু ঐনা মরম ওইরগা নৌনা পুন্সি কেমখ্রে। নঙ ঐবু ঙাকপীয়ুকো লনধোনি, ঐনা নঙবু য়াম্না ওৎপীখ্রে, নহাক য়াম্না ৱারম্লগনি।"

বীজেন মাগী নুপীনা ময়ুমগী থোংগান্দা শঙ মচা অমদা হোতেল ফমদুনা চা-বোরা য়োনবদা মতেং পাংদুনা অনৌবা পুন্সি মরেল অমদা পুন্সিগী অনৌবা লম্বী শেম্বা হৌখি।

N.B.: *শোযদ্রিঙৈদা চেকশিলহৌবনা খ্বাইদগী ফৈ। হৌখ্রগা তুংদা নীংঙমলক্কবা ৱাখল খন্দবা মীগী হৌনবীনি।*

# কনানা খ্বাইদগী কনবগে?

অয়ূক অমা নোংশা তুম্বদগী হৌগৎলম্মী, খঙহৌদনা মাগী ৱাখলদা ফাওরক্লম্মী অদুদি মানা উমংগী শাশিংদগী খ্বাইদগী কনবা শানি হায়না। মানা শুরুংদগী থোরক্লগা অহানবদা য়োং অমা ফারম্মী অদুগা হংলম্মী, "উমংগী শাশিংদগী খ্বাইদগী কনবা শা কনানো?" উপাই লৈত্রবা য়োংনা খুল্লকই, "মপু গুইবা নহাক্লা খ্বাইদগী কল্লী।" মহাক য়োংদু থাদোক্লল্লগা মথংদা শজি অমা অমুক ফারম্মী অদুগা মঙোন্দসু অমুক হংলম্মী, "হায়য়ু, উমংদা লৈবা শাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী কনবা কনানো?" তোল্লবী মরাইবক থিরবী শজিদুনা খুমলকই, "নহাক্লী, নহাক নত্তুনা কনা লৈরিবগে অকনবা।" নোংশাদু হরাওদুনা শজিদু থাদোক্লল্লগা মথংদা শামুগী মনাক্তা অমুক চত্তুনা শামুদুদা হংলম্মী। শামুদুনা অমুক্তদা মনাতোন্না চপ্লগা লংলম্মী। মহাক উজাও অমদা য়ৈরগা তারম্মী। মহাক ফিভম থিনা শোকলম্মী। অদুদগী মহাক শামুদা লাপ্লে হায়জরম্মী অমসুং শুরুংদা অমুক চঙদুনা লৈরম্মী।

N.B. : *ঐ মঙাইরে খল্লবদি ঐঙোন্দগী হেন্নবা মীসু লৈ হায়বা ঐখোয় কাওরোইদবনি অমদি নাপল কাবা তৌরোইদবনি।*

# লৌফম য়েন্নবা

বীরেন চাওবগী নুপী অহলগী মচানি, মহাক মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা মপানা নুপী অমা থিদুনা মমা অতোম্বীনা য়োকলকই। মমা অতোম্বীগী মচা অহুম পোকলম্মী। মমা অতোম্বী শখি পূকচেল খর পীকই, মতম খুদিংমক্তা মশাগী ওইজবতা থিবী নুপীনি। মাগী নুপা চাওবা লৈকায়গী মীনা শিংথানদবা নুপীনা ঙম্বা নুপা হায়না খঙনরম্মী। শখিগী অয়াবা য়াওদনা মানা কৈদৌঙৈদসু থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে। বীরেন নুপী অঙাং লৈরবনিনা মাবু তোঙান্না পীজরম্মী। লৈকায়গী মমাঙদা ফজরোই হায়দুনা য়াম্না ফণ্ডবা লৌফম অমা থুংবীরম্মী। লৌফমদু উবদা চহী খুদিংগী নিংথি নুংঙাইনা ফৌ লোক্তবা লৌফম্নী। বীরেন ঈশ্বরবু য়াম্না থাজবা ধর্ম্ম লৈবা মী অমনি। অদুগা মাগী নুপীসু অদুক্কী মতিক লাইনিংবীনি। বীরেননা মথ্বাই নুংঙাইতনা লৈবা উবদা মাগী নুপী রাজেশোরিনা হায়রকই, "করিগী অদুক নথ্বাই নুংঙাইত্রিবনো? ঐখোয়গীসু ঈশ্বর লৈরিসিদি।" বীরেন লৌ উনবা লৌ খোয়বা চৎপদা নুংঙ্গ্রেংনা থল্লবা লৌফমদু উবদা মথ্বাইনুংঙাইতনা মপি ঈরা চেন্না কপলম্মী। খঙহৌদনা অমম্বদুদা নুপীগী ফিজোন্দা শক্তম অমা লেপ্পা উরম্মী। বীরেন হায়ফেৎ পাখৎলপ তৌই। "পাখৎকনু ঐ মফমসিবু কোল্লিবা লাইরেম্বীনি, ঐনা নঙগী অৱাবা খঙই। ঐনা নঙগী নতেং পাংগনি, নহাক করিসু ৱাগনু। ৱাফমসি নহাক কন্নাদসু হায়দোকপা য়াদে, নহাক নতোমতা খঙগদবনি অদুবু নঙগী নুপীদি খঙহনবা কায়দে। বীরেন্না লাইরেম্বীগী ৱাদু তাবদা হৱাও নুংঙাইবগা লোইননা মকোক নোন্না খুরুমজে। মানা হৌগৎলকপদা লেপলম্বা শক্তমদু মাঙলম্লে। বীরেন অঙকপগা লোইননা নুমিৎতো লৌ খোয়বা লোইরগা হৱাওনা ময়ূমদা হল্লম্মী। মহাক থৌদোক্কুগী মরমদা মাগী নুপীদা তম্লম্মী। মাসু হৱাওবগা লোইননা হায়রকই, "মসি খুদিংমক ঐখোয়গী অৱাবা উবীদুনা লাইরেম্বী ইমানা থৌজানবীবা ওইগনি।"

লৌরোক পম্বা য়ৌশিল্লক্কে মাগী লবুক্কী ফৌ চরোং উবদা মী খুদিংনা অঙকপা পোকৈ। মাগী লৌ লোকপদা থোক্লীবা ফৌথোক্কু উবদা মী খুদিংমক ঙক্করে। কলক

মীহৌ চাওবী মমা শখি লৈফম খঙদ্রে। ওল্লকপা চহীদদি লৌফমদু মখোয়না অমুক লৌশিল্লগা অতোপ্পা য়াম্না ফত্তবা অমা অমুক পীরগে খল্লী। বীরেন মাগী নুপীগা য়াম্না নুংঙাইনা অৱাৎ অপা লৈতনা লৈবা ফংজরে। নোংমা মমা শখি থাজদনা মাগী য়ুমদা লাকই। বীরেনগী ফৌ কয়াম কাবগে হায়বা খঙনা খঙনা খঙজিন্নদনা অফবা শাদুনা হায়রকই, "ইবুংঙো, নঙোন্দা নপানা পীরিবা লৌফমদু ফত্তবনি ইমা য়াম্না নুংঙাইতে অদুনা মথং চহীদি তম্পাক্কী অফবা লৌফম পীরগে অদুগা হৌজিক নঙনা উরিবা লৌফমসিনা নঙগী নপা উহল্লগে।" "য়ানিদা ইমা অসুম উরগে, ফবা ফত্তবা ঐখোয়গী চাবা কোন্নবা খর ফংলদি য়ারেদা" বীরেন্না খুম্মী। "নঙগীদুবু ইমাদা ৱারৌরিব্রা? ইমাদি নঙগী ফন্নবা হায়বনি, অদুগনে হন্দক্তি নঙগী নপাদা হায়রগে নঙগী নমিংদা নমা পালহৌনবা।" শখিনা য়াম্না নুংশিবা শাদুনা হায়রকপদুদা বীরেনগী নুপী রাজেশোরিনা তঞ্জা চারে খন্দুনা হায়রকই, "ইমানা ঐখোয়গী খনবীদুনা হায়রিবনি, ইমানা হায়বসি তৌরসি কৈদৌবগে, ইমানবু ঐখোয়গী ফত্তনবা তৌগদ্রো, হোয় ইমা, ইমানা ফন্নবা শিনবদো অদুম য়াইদা।"

বীরেন মথ্বাই য়াম্না নুংঙাইরমদে মরমদি লৌফমদুদা লাইরেম্বী ইমা লৈ হায়না খঞ্জরম্মী অদুবু মমা ফত্তবীগী মওংদা কীবোই তনবোই য়ারম্মী। নোংমা মথ্বাই য়াম্না নুংঙাইতনা লৌফমদা ফমদুনা অথেংবা অহীং ফাওবা লৈরম্মী। মহাক লাইরেম্বী ইমানা মাগী অৱাবা শোয়দনা উবীগনি হায়না খল্লম্মী। ইথা থাজদনা হান্নগুম নুপীগী ফিভমদা মমাঙদা লেপ্পুনা বীরেনদা হায়রক্লম্মী, "বীরেন নহাক করিগী নথ্বাই নুংঙাইত্রিবনো? ঐনা নঙগী ফন্নবা তৌবীগনি, লৌফমদু নঙ লৌ অদুগা মসিনা মঙোন্দা পীখো। মসি খুদিংমক ঐনা নঙগীদমক শিনবনি। মফমদুদসু ঐ নঙগী ননাক্তা লৈগনি নঙ করিসু ৱাগনু। অদুগা নঙনা নঙগী ইখোলদা ঐগী লৈফম অমা পীয়ু, মদুদা ঐ লৈদুনা নঙগী মতেং পাংগনি।" ৱাহৈসি হায়রম্লগা লেপলম্বা শক্তমদু মাঙখিরম্মী। বীরেন ময়ুমদা লাইরেম্বী ইমাগী শঙ অমা শাদুনা ময়ুমদা নুমিৎ খুদিংগী সেবা চঙলম্মী।

বীরেন চীংজিন মতম য়ৌরক্তুনা লৌ শেম শারম্মী। মমা শখি বীরেননা উরম্বা ফৌ য়াম্না থোকখিবা লৌফমদু উবদা ফৌ য়াম্না থোক্রনি হায়না য়াম্না নুংঙাইজরম্মী।

লৌরোক পম্বা য়ৌরক্তুনা লৌ লোক্লবা হৌনরক্কে। শখিনা লৌখিবা লৌফমদু ফৌ য়াম্না ফরম্মী অদুবু ফৌহাম শাত্তুনা ফৌ ইরোক লোক্ত্রে। অদুবু মখোয়না ফত্তবা লৌফম খন্দুনা পীখিবা লৌফমদু বীরেননা উবদগী ফৌ য়াম্না থোক্লম্মী। মী খুদিংনা

ঙক্লৈ, মী অয়াম্বনা হায়নৈ বীরেননা উবা লৌফম্না ফৌ অসুক য়াম্না থোকইবসিবু করম্না তৌবজাৎনো? মমা শখিদি হায়নিংঙাই লৈতনা মথাই নুংঙাইরমদে। বীরেননা নুংঙাইরকপা উবদা মহাক লৈফম খঙলমদে, বীরেনবু করম্না ঈশ্বরসিগে হায়না খনবা হৌরম্মী। নোমগী অথেংবা অহীংনি, মহাক্না মাইবগা তান্নরুরগা পুরকপা পোৎশেম অমা বীরেনগী চুরি তাফমদা ফুমগে হায়না লৈবাক তৌরিঙৈদা মাগী মমাঙদা য়াম্না ৱাং চাওবা নুপীগী শক্তমদা লেপ্লা উরম্মী। শখি মদু উবদা পাখত্তুনা খঙলাও লাওরম্লগা ৱাম্থখি। বীরেন অমদি মাগী নুপীনা তাদুনা থোঙ হাংদোক্নুনা য়েংবদা মমা শখি লোংনা তাদুনা লৈরম্বা উবদা মখোয় ইঙক ঙকলম্মী। শখিনা করি তৌরম্লীবনো হায়বা মখোয় ভাব তারম্মী অদুবু খুদক্তা পমখৎতুনা মাগী ময়ুমদা পুদুনা মপা হৌদোক্লগা লাইকন্নরম্মী। শখিনা জ্ঞান তারকপদা বীরেনগা রাজেশোরিগা মাগী সেবা তৌরম্বদা মহাক ইকায়বোই মবুক্লিং নুংশিবোই কপ্লগা হায়রক্লম্মী, "ইচাশা ইমানা অপঙবী ওইরুবনা নখোয়বু ইচা ওইনা খল্লুদ্রে। নখোয়বু মাঙনবা খল্লুবা ঐ ওহ্লোক্লা পঙখ্রেদকো। ইমানা নখোয়দা য়াম্না য়েৎখ্রে, নখোয় ইমাবু ৱারৌগনু, মসি খুদিংমক ইমানা অপঙবী ওইরুবনা থোকখিবনি।" শখি মথন্ত নীঙমদনা কপলকই। অসুম্না লাঞ্জদ্রবা ধর্ম্ম লৈবা বীরেনগী ইমুং তংদ্ লৈত্তানা নুংঙাইনা লৈখি।

---

N.B.: *অচুম্বা চৎপা ধর্ম্ম লৈবা মীদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংই অদুগা পূকচেল পীকপা ফত্তবা মীগী মীচঙ লৈতে, পোলোইদা অৱাবা নংই।*

# নাপল

রোবীন্দ্রো য়াম্না ইনাক খুনবা অরাৎপা করিসু লৈত্রবা নিংথৌগুম লৈবা শেঙ্গাও পায়বা অমগী মচানি। মহাক নাপল য়াম্না তৌবা মীতানি। মহাকপু কনানসু পাম্নমদে অমদি মশক উবদা লৈথোক লৈথোক্কুনা চৎনৈ। মহাক মীওই মুর্টি য়াম্না ফজে ইনাক খনবা ইমূংগী মচা-মশু ওইবগী মতিক য়াম্না নাপল তৌই। মচুম খর ফংনবা লোইনবা মী খর নত্তনা মী কনানসু মাবু পামদে। নোংমগী নুমিৎনি কলেজগী ফংসন অমদা সুরজ মাগী লৈজবা ফি শেত্তুনা লাকই। রোবীন্দ্রোনা মীয়াম মমাংদা করেম্নদুনা হায়রকই, "বা! ঙসিদি মরুপ সুরজ য়াম্না কেনা লাকইকো. ফুরিৎনা ফজরিবা. খোংগ্রাওনা নাপ্লিবা।" সুরজ শাওদে, মহাক ইনাক খুনবা মচানি পূকচেল ফত্তবা মীনি খঙবনা সুরজ তুমিন্না নোক্লগা লৈরম্মী। সুরজ মমান্নবা ময়াম্না য়াম্না য়াবা মীনি মহাক শুবা কনবা মথৌদা পূক্লিং চঙবা মীনি। কলেজগী ছাত্র অয়াম্বা মাবু য়াম্না য়াই।

সুরজ হোৎনজমনগী মহৈ ফংলে, মীয়াম্না শকখঙলবা ওফিসার অমা ওইখ্রে রোবীন্দ্রো হামু-হামু অদুম মাগী লমচৎ হোংদনা লৈরি। মপানা শেল পায়বনিনা অচৌ অশাং শঙ্গা তৌবনিনা মচাগী চান্নবা থবক ঙাঙনদুনা ওফিসকী ক্লাক ওইনা চঙলম্মী মহাক লাইরিক্তা পূক্লিং চঙলক্তবনা বি এ পাস তৌবা ঙমদনা তোকখ্রবনি। মহাক্ল তৌরিবা ওফিস অদুগী খ্বাইদগী চাওবা ওফিসার কনানো হায়বা খঙলমদে।

নোংমগী নুমিৎনি, সুরজ স্তাপ মীতিং কৌরম্মী, ময়াম ইকোই কোইনা ফমদুন ওফিসার থোরকপা ঙাইরম্মী। সুরজ থোরক্কুনা স্তাপ ময়াম শকখঙ মাইখঙনবা ওইন খূৎ শোক্লরম্মী। মথং মথং খূৎ শোকপদা রোবীন্দ্রোগা খূৎ শোক্লরম্মী। সুরজনা হান্ন শক খঙবনিনা মানা রোবিন্দ্রো কৌরম্মী, "মরুপসু ওফিসসিদা থবক তৌবীব্রা, কয়াম কুইবীরে, হৌজিক্লা করি ওইনা থবক পায়বীরিবগে?" রোবিন্দ্রো য়াম্না ইকায়রম্মী: কৌদবা য়াদবনিনা সার হায়না কৌরদুনা পাউখুম পীরম্মী, — "সার ঐ কুইড্রি চঙজরকপা, হৌজিক ঐহাক দিলিং ক্লাক ওইনা সারগী মখাদা থবক তৌজরি।' "ফৈ, অদুদি ঐখোয় পুন্না থবক তৌমিন্নবা হায়বদুনি।" সুরজনা হায়রম্মী। রোবীন্দ্রো

সুরজগী মখাদা থবক তৌবা ইকায়রম্মী অদুনা মহাক ওফিস কারমদে। তৌফম খঙলমদে, মতম লেনবা ৱারম্মী। মতম লেন্নবা হোৎনবদা লৈকায়দা জুৱার শান্নদুনা নুমিৎ চুপ্পা লৈরম্মী।

ওফিসতা মাগী থবক পেন্দিং য়াম্না লৈরম্মী। নোংমদি সুরজ ফাইল থাদোক্তবগী কমপ্লেন অমা লাকলম্মী। সুরজনা ফাইল কনাদা পন্দুনা লৈবগে হায়না এস ও (সেকসন ওফিসার) কৌরগা হংলম্মী। সুরজ ভাব তারম্মী, রোবীন্দ্রোনা করি মরমগী ওফিস কারক্তবনো ?

N.B. ঃ *ঐ মঙাইরে হায়না নাপল তৌরবদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মীগী মীখা পোনবা শোয়দবনি। পুন্সি হায়বসি ইশাগী ৱাখলনা লমজিংলগা অচুম্বা লম্বীদা চৎকদবনি।*

# বেহালা খোংবা মী

চহি কয়াগী মমাংদা মফম অমদা নিংথৌ অমগী তাংনা ফংজবী রাজকুরী অমা লৈরম্মী। মহাক য়াম্না লমকেৎ লমহেনবী লোইনবা য়াম্না ৱাবী লৈশাবী ফারক্লবী রাজকুমারিনি। মানা তৌবা খুদিংদা মপা ইবুংঙো নিংথৌসু অদুম য়াই অমদি মাগী অপাম্বা খুদিংমক তৌহল্লি।

নোংমা খঙহৌদনা মরম শুকচা চাদনা হায়রকই, "ঐ য়েরুম পামদে, অনপ্পা অনংবা পোৎ চানীংদে, শঙ্গোম মপালসু চানীংদে, অদুগা মমিৎ ঙৌথাংনবা মীসু পামদে, মখোয়গী মশক য়েঙনীংদে।" অসুম্না থা কয়া মহাক য়েরুম নৎত্রগা অনপ্পা পোৎ অমসুং শঙ্গোম মপাল চাদ্রে অদুগা মমিৎ ঙৌথাংনবা মী অমত্তা মাগী শুমাং কাহন্দ্রে।

নোংমগী নুমিৎনি, রাজকুমারি তুম্বদগী হৌগৎলগা হায়রকই, "ঐ মখুৎ ওইনা হৈনবা মী পামদে। মখুৎ ওইনা হৈনবা মী অমত্তা কোনুংদা লৈবা য়ারোই, ঐ মখোয়বু উইহনগনু।" অসুম্না কোনুংগী রাজসভাগী অঙম অথৌ ওইনানা হৈনবা কয়া লৈবাক্কী ৱাংমদা থাদোকখ্রে। মী অয়াম্বা করিসু হায়জবদি ঙমদে অদুবু মখোয় অয়াম্বা নুংঙাইহ্রমদে।

নোংমগী নুমিৎনি, কোনুংগী মপান্দা লৈবা লম্বী অমদগী য়াম্না নুংশিবা ঈশৈগী শুরদা বেহালা খোংবগী মখোল অমা তারম্মী। বেহালা খোংবা নুপাদু য়াম্না হৈনা পুক্নিং শুমহৎলবা ঈশৈগী শুরদা খোংলম্মী। মাগী নুংশিরবা ঈশৈগী শুর তাবদা রাজকুমারি ঙাওরম্মী। খুদক্তা মানা মনাইশিং কৌশিল্লগা হায়রম্মী, "চৎলু নখোয় বেহালা খোংলিবা নুপাদু ফারগা পুরকউ অদুগা সিদা খোংহল্লু।" কোনুংগী অঙম-অথৌশিংদু মাগী ৱা তাবদা ঙকলম্মী অমসুং নুপাদু ফাদুনা পুরক্কদবা ইচিং চিংনরম্মী। অদুনা মখোয় মানা হায়বদু তৌরমদে। "কৈদৌরে নখোয়, ঐনা হায়বা ইন্দ্রিবা করিগীনো?" রাজকুমারি শাওনা হায়রকই। "বেহালা খোংবা নুপাদু ওইনা হৈনবা মীনি।" মরু লুকথরগা অঙম-অথৌশিংনা খুমলকই। রাজকুমারিগী অচৌবা অশোয়বা

অমা ওইরক্লে। মহাক নুংশিরবা বেহালা তাদবা তারম্মী। অদুদগী মহাক মাগী রাখল হোংলম্মী অমসুং ওইনা হৈনবা বেহালা খোংবা নুপাদু মাগী শুমাংদা লাকপগী অয়াবা পিরম্মী। মহাক ঙাইহাক রাখল খল্লবা মতুংদা মাগী রাখল হোংলগে হায়না খল্লম্মী। বেহালা খোংবা নুপাদুগী নুংশিরবা শুরদা খোংলকপা ঈশৈগী শুরদা রাজকুমারি অদুক্কী মতিক নুংঙাইজরম্মী।

মতুং তারকপদা মাগী রাখল্লোন্দু অরানবনি হায়বসে মহাক ভাব তারক্লম্মী। মহাক অসিগুম্বা রাখলসে মমাংদা কৈদৌঙৈদসু খল্লুবা লৈখিদে। থৌদোক অদুদগী রাজকুমারি মশানা তৌখিবা অশোয়বা ময়ামদু মশানা অরানবা থৌওংনি হায়বসি মশানা য়াজরম্মী অদুগা পুন্সি হায়বসি মীপুম খূদিংগা হরাও তয়াম্না লোইনগদবনি অমদি মীওইবা মরক্তা খেন্নবা থল্লোইদবনি হায়বসি মাগী রাখলদা ফাওরম্মী।

N.B. : *রাখল খল্লুবা তৌদনা অনিংবা অপাম্বদা তৌবা হায়বসি পুন্সিদা নিংঙমদবা কয়া লাকপদা নত্তনা মীয়াম্না অঙাওবা রাখল খনবা ঙমদবা মীনি হায়না লৌনৈ।*

# খঙমিন্নসি

মতমগী মমল খঙবনা
পুন্সিবু মহৈ য়ালহল্লী,
পুন্সিসে করিনো খঙবনা
ফত্তবা থবক তৌনীংদে,
ফত্তবা থবক তৌবনা
পুন্সিবু লৈখা তাহল্লী।।

**অইবগী ফোঙপ্রবা লাইরিকশিংঃ**

১। ঐগী খুঙ্গং ঐগী পোক্লফম (২০০৪)

২। নিঙোল্লক্তুগী অথোয়বী (২০০৬)

৩। সুরগী লৈচল (২০০৯)

৫। ইচাদো মরাল লৈতবনি (২০০৯)